( মৈতৈরোন্দ হন্দো'কপ ) সেক্সপীয়ারগী

# জুলিয়স সীজার

—:(0):—

(০)



জিঃ সিঃ তোংব্রা

**যামিণী সুন্দর গোল্ড মেডালিষ্ট:**

হেড ওফ মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট, ইম্ফাল কেলেজ।

প্রিন্টর এণ্ড পব্লিসার ঃ

জি, এম, প্রেস এণ্ড জি, এম, ষ্টোর, ইম্ফাল।




জুলাই ১৯৬৯ ইং

অহানব কোংব—৫০০ কোপী।





মমল লুপা ৪.০০ তনি।

# লীলা মীকোক

১। জুলিয়স সীজার

২। ওক্টেভিয়স সীজার
৩। মার্কস ঐন্টোনীয়স
৪ এম, ঐমিল লেপিদস
} সীজারগি মতুংদ লৈবাক পুহোব অহুম

৫। সিসরাও
৬। পব্লিয়স
৭। পোপিলিয়স লেনা
} সিনেটত ফম্বশিং

৮। মার্কস ব্রুটস
৯। কেসিয়স
১। কাস্কা
১। ট্রেবোনিয়স
২। লিগারিয়স
৩। দেসিয়স ব্রুটস
১৪ মেটেল্লস সিম্বর
১৫ সিন্না
} সীজারবু ইম্থুনব লৌতুনবশিং

১৬। ফ্লেবিয়স
১৭। মেরুল্লস
} প্রজাগি অধিকার ভাক্লব হাপ্প অওম্ব

১৮। আর্টেমিদোরস — শেরান্নন য়েংকনব

১৯। কিথুমপুব ১

২০। সিন্না — কবি ১

২১। অতোপ্প — কবি ১

## লীলা মীকোক

২২। লুসিলিয়স
২৩। টিটিনিয়স
২৪। মেশালা } —ব্রুটস অমসুং কেসিয়সকি মরূপশিং
২৫। নহা কেটো
২৬। ভোলুমনিয়স

২৭। ভেরো
২৮। ক্লাইটস
২৯। ক্লাউদিয়স
৩০। ষ্ট্রেটো } —ব্রুটসকি মনাইশিং
৩১। লুসিয়স
৩২। দার্দানিয়স
৩৩। পিন্দারস —কেসিয়সকি মনাই
৩৪। কেলফুর্নিয়া —সীজারগি মুপী
৩৫। পোর্শিয়া —ব্রুটসকি মুপী

সিনেটরশিং··· লৈবাক মচাশিং··· সন্ত্রীশিং···

**উৎকম:**—লীলাগি অয়াম্ব শরুক রোমদ; মতুংদ সার্দিসত অমসুং ফিলিপ্পাইদ।

# জুলিয়স সীজার

## ১ব মতাং

## ১ব উৎপা।

রোম, লমজাও শোরোক।

[ চংঙকই ফ্লেবিয়স, মেরুল্লস অমস্তুং চাওখৎতব লৈবাক মীয়াম ]

ফ্লেবিয়স—সিদৈদি ! নয়ুমদ, অতনব জীবশা, নখোয় নয়ুমদ হল্লো। ঙসিবু ছুটিরাও ? করি ? খঙদে হায়ব নং, মেকানিকেল ওইবগ, নং চৎখোকপ চুমত্র। থবক শূব মুমিত্তা, নরিনগী খুদম য়াওদনা ?—খুম্মুনে, নংবু করি শিন শূবগে ?

লৈবাক্কি মী ১—করিনো অঙম্বা, উ-শূবনে।

মেরুল্লস—কদায় নংগি শঙ্টনগি ফিজোন অমদি পথাপ্তি ? কৈদৌ-দৌবিবনো ফিজেৎ লৈতেংহুন লাকইববো ? নংন ইবুংঙো করি থবক শূবা ?

লৈ-মী ২—অওক্টবমক অঙম্বা, ফজরব শিন্মী অমগি ইজ্জৎ ঙাকপনি ঐদি, ইবুংঙোনস্থু হায়বনি, খোঙড়ুপ তূব অমনি।

মেরু— হায়, নংবু করি শিন শূবগে ? ময়েক্ত হেক্তু খুম্মু।

লৈ·মী ২—শিনফম অম, ইবুংঙো পুকচেল শেংন হায়জব তারবদি অওইবমক মতু ইবুংঙো, খুয়া ফত্তব ফোংপনি।

মেরু— করি শিন, মীফত্তা, হায় মীথিঙ্গাই, করি শিনফমনো ?

লৈ·মী ২—নত্তে, ঐন হায়জরি ইবুংঙো, ঐঙোন্দ কায়ব হৌবিরক্কন্নু ; অদুগ কায়ব হৌবিরক্লবদি, ঐ ইবুংঙোবু ফোংচিনব ঙম্মি।

মেরু—মতুন করি হায়রিবা ? ঐবু ফোংকে হায়ব, মী উশিত্তব নিপা ?

লৈ মী ২—করিনো ইবুংঙো ? খোঙচুপ ওইন তুশিনগে হায়বনে।

ফ্লে— নংবু খোঙচুপ তুব্রাও ? হা নংবো ?

লৈ·মী ২— অশেংবনি ইবুংঙো, ঐন হিংজরিবসি অতৈন নত্তে, পোংহুৎননি ; শিন্মী অতৈগি থবক্ত খুৎ থিংজিন্নদে, মুপীগি থৌরমদমু য়াওজদে, পোংহুৎতগনি। ঐদি ইবুংঙো অওই-বমক খোঙচুপ অমনবগি মাইবনি : মখোয়ন খুদোং থীবদ তারব মতমদ ঐন মখোয়বু কনবি। সনগি মউন নেৎতুন চৎপ মীওইচুম্ব পুম্নমক ঐগি খুংম্নু চংব ঙাক্তুনি।

ফ্লে— অদুদি করিগিনো ঙসি নং নংগি থবক শুভমদ লৈত্রিবা ? করিগিনো নংন লম্বীদ মীয়ামসি লুচিংহুন পুরিববো ?

লৈ-মী ২—অওইবমক ইবুংঙো, মখোয়গি খোঙচুপ তুহন্নবনি, ঐগি থবক য়াম্ন লৈনব। তৌববুদি ইবুংঙো, ঐখোয় সীজার উনব থবক লেপ্পনি, অদুগ মান মাইপাকপ হরাওব য়াওনব।

মেরু—করিগিদমক হরাউদোরিবা ? মহায় করি লোইপোং য়ুমদ পুরক্লহ্নুনা ? লান্দ ফারকপ কয়ান মতুংদ ইল্লকপগে রোম তাম্ন, মীনাই লাপুন ওইন লৈতেংহুন মাগি দোলাই চাকাদ? নখোয়বুনে বুহুসা, মুংহুমসা, ব্রার্থল লৈতব পোংতৈ হেন্ন ফত্তবসা ?

থম্মোয় কনব নখোয়বুনে, রোমগি তমথীরব মীশা, নখোয়বু পোম্পেহ্ন মশক খঙহৌদ্রাও ? কয়ারক্লো হন্ন হন্ন নখোয়ন কাখৎলুবা লৈপল মথক্ত, য়ুমদোন্দ দলানথক্ত, মিহুৎখোংদ, মানি মৈখু উতোং মথক্তস্নুনি, নপাম্বোমদ অঙাং য়েপ্তুন, অহুগ ফমহুন লৈক্লবদো শাংলব মুমিং চুপ্ন, লাংতক্লন ভাইহুন চাওরব পোম্পেন রোমগি লমজাওদ চৎপ উনব, অহুগ মাগি দোলাইন উৎলকপ উবদদ, নখোই লৈবাক মীয়াম হৌহুন লাওখিদ্রাও, টাইবর থক থক নিকখিবদো লৈরাই মথাদ, খোন্থাংহুন মাগী অখোইব তোর্ব্বান্দ য়ৈবদ ? অহুগ নখোয় হৌজিক্তি নাম্নব ফিজোন্ন লৈতেংলকইবা ? থবক লেপ্ন নুমিং ওইহন্দুন খোরকইবা ? পোম্পেগি ঈ মথক্ত নেৎহুন মমাই হায়গৎলকইব নিপা-সিগি লম্বীদ নখোয়ন হুজিক লৈ চায়ররিবা ? চৎখ্রো চৎলো !

নয়ুমদ চেন্সিনখ্রো, নখু-উ লৈতারুচো,
ঈশ্বরদ হায়জরুচো অসিগুম্ব তৌবিমল খঙদবদ
থুংলভম থোকপ তমথীরব লাইনাহ্ন থিংবিনব।

ফ্ল— চৎলো চৎলো, ফরব লৈবাক্তি মীশা; নরালসিগিদমক পৈহল্লু

লাইরব মী পূম্নমক নখোয়গুম্ব মথৈ, চিংউ টাইয়র তোর্ব্বান্দ, কপশিল্লু নপিশিংত্থু ঈচেম্মুংদ, খ্বাইদ নেম্ব ঈচেম্মুন চুপপুনব খ্বাইদৈ খোইরব তোর্ব্বান্দ।

( মীয়ামত্থু চৎখি )

য়েংউ, কদায়রাইদ মহি চেন্দব য়োৎচম য়াওখিবগে, মখোয় মরৈ চিক্লুন মাংখ্রে মরাল লৈরবত্থুদ। নং মত্থুগি লম্বী-দোমদ চথখ্রো কেপিটোল লোমদ, ঐন সোমদা চৎখ্রগে; অশাব লাইশিংদো লৈতেং স্নুংদেং তোরম্মদি ইকোক কোক্ল থনম্মু।

মেরু—মত্থুমক তৌশিরাও ঐখোয়বো? নংন খণ্ডিবত্থুনি ঙসিদি লুপরক্কেলগি উৎসবনি।

ক্লে— মত্থুদি কৈস্নু লৈতে; করিগুম্ব অশাব লাইদ সীজারন লান্দৈ ফারকপ পোৎন থেৎপ য়াদে। ঐ চৎলগে, লম্বীদৈ থৌনাইদবশিং তাম্হোকউগে; নংস্নু চংলো অত্থুম্ন তৌরু মী কুংব মফমদ চংলগ। সীজারগি মশাদৈ ফোইব, হেঙ্গৎলকইব মতু ময়ামসিন পাইহন্দোরি করিস্নু লৈতব মেক্রূক মচেৎ মাবু। অতৈ কনানদি মীয়ামগি মিৎয়েং মথক্ক তাওগদগে অত্থুগ ঐখোয় পূম্ববু মীনাইগুম কিহন্দুন থমগদগে? ( চৎখি )

## ২ব উৎপ।

রোম, লৈবাক তিম্নফমদ

যন্ত্র ইশৈ য়াওন ময়াম লেংঙন লাকই সীজার, ঐন্টনী, লমজেল তাম্নভমলোমদ; কেলফুর্নিয়া. পোর্সিয়া, দেসিয়স, সিস রাও, ব্রুটস, কেসিয়স, অমস্লুং কাস্কা, চাওরব মীয়াম অমস্তু ইন্নরকই; মথোয়গি মরক্ত কিথুম পুব অম য়াওরকই।

সীজার কেলফুর্নিয়া,—

কাস্কা- লাংস্তু হায়, সীজার ব্না ভাংলি।

( যন্ত্র ইশৈ লেপখি )

সী - কেলফুর্নিয়া !

কেল - সিদ লৈজরে, ঐগি ইবুংঙো।

সী— নং লেপ্তুন লৈয়ু ঐন্টনীগি লম্বীদ মপা চুন্ন, মহাক্ল লমজেল চেল্লকপ মতমদ। ঐন্টনী—

ঐন্ট— সীজার, ঐগি ইবুংঙো।

সী— কাউন্নুকো নং, য়াংন চেল্লকপদ, ঐন্টনী। কেলফুর্নিয়া শোক্লম্মু; মরমদি অহল লম্মন্ন হায়নৈ অসিগুম্ব অশেংব লমজেল্দ অখুংবীদ শোবপিরম্মবদি মচা পোক্তবৈ শাপ্তু কোকই হায়ন।

ঐন্ট— ঐ নিংশিংজনি।

সীজারন হায়রবদি, " মসি তৌ " মতু তৌরবনি ।

সী— হৌক্লরো, চৎনবী অমত্ত চিথ্থহনগম্নু।

( যন্ত্র ইশৈ )

কিথুম– সীজার !

সী– হা ! কনানো কৌরিবা ?

কাস্কা –অমত্ত লাংথিহ্ন, তুমিন্ন অমুক লৈখো। (যন্ত্র লেপখি )

সী– কনানো মারক্তে ঐবু কৌখিবদো ? ঐ খোঙ্গেল অম তাখি, যন্ত্র ইশৈ পূম্নক্তগি হেন্না য়াক্ল সীজার কৌবকপ, ঙাংলকউ, সীজারন তাগে হায়রুন ঙায়রি।

কি– চেকশিল্লু মার্চ্চকি থায়াইহ্নু।

সী– করম্ব মীতানো অসিবো ?

ব্রু– কিথুম পুব অমন নংবু চেকশিল্লু হায়রি মার্চ্চকি থায়াইহ্নু।

সী– ঐগি ইমাংদ পুরকউ মাবু, মশক্তু ঐ য়েংগে।

কাস্কা– নিপা, মীরক্তগি থোরকউ ; সীজার তম্ন লাকউ।

সী– নংন হুব্জিক ঐঙোন্দ হায়খিবহ্নু করি ? অমুক হন্ন হায়খো।

কি– চেকশিল্লু মার্চ্চকি থায়াই।

সী– মহাক মমঙ মঙব মীনি। মাবু থনম্মো চৎপি।

( ব্রুটস, কেসিয়স নত্তন অতৈ চৎখি )

কেসি– লমজেল কনান থোইব য়েংব চৎপিরোইদ্রা ?

ব্রুট– ঐ চৎলোই।

কেসি– ঐন হায়জরি, লেংঙুসিদ।

ব্রুট– ঐ কুম্মেদ থোইদাদে ; ঐঙোন্দ ম্নাংলি অয়াংবা লিংজেনগি শরুক্তু, মহ্নু ঐণ্টনীদদি লৈবনি। ঐবু য়েংহল্লহ্নু কেসিয়স নংন পাম্ব মতুংইন্ন, ঐ নংবু থনম্মগে।

কেসি - ব্রুটস, ঐন্ন হন্দক মরক নংবু মুম য়েংবদ নংগি নমিৎতগি ঐ উদ্রে থোংপ মেংব, মুংশিবৈ খুদম মহৌশা হেক হেক

উরম্বদু, নহাকপু মুংশিব মরূপ মপাংদ নং তিন্নিনিংদব কোইন তৌব উঃর।

ব্রুট— কেসিয়স, সেরান্নন লৌবিগনু; ঐগি মাইথোংসি শুকথন উরবদি, মুংঙাইতবদু ঐঙোন্দ মমাই ওন্সিনবদনি। (ঐ হন্দক মরক খর খোইশাওই, খেন্নব লিটাঁও খরদৈ রাখল-শিংদু ঐগি ইহৌশা ওইন তৌবজাংনি, মতুন ওইব য়াই, ঐগি লৌচৎ শাজংত খর মোংহনব,) অদুবু মতুন মরম ওই-দুন মুংঙাইহন্দবদি পামদে ঐগি ফরব মরূপশিংদ মথোয়-দুগি মরক্ত কেসিয়স নংসু অমনি— (ঐন খোশাদবসিগ অতোপ্প অতৈগ মরী থম্মুনু তোল্লব ব্রুটস্ক নত্তুন, মহাক্কি মশাগ লান থেংনবদ কাউথ্রে চান্নমতৌ উৎপ অতোপ্প মীদ।)

কেসি— অদুদি ব্রুটস, ঐন য়াম্ন লান্ন খল্লুরে(নংগি লিচাঁংদুবু মদুদৈ ঐগি পুকসিন ফুম্মুরে মমল লৈরব রাখন, কুপ্ন নৈনবদ মতিক চারব।) ঐঙোন্দ তাকউ, ফবব ব্রুটস, নং নহাক্কি নমাইদু উব ঙমব্রা ?

ব্রু— উদে কেসিয়স; মরমদি মিৎন মশাবু উজদে, অতোপ্প পোৎতৈ মমি তারক্লগ নত্তনদি।

কে— মদু অচুম্বনি।

অদুগ মসি য়াম্ন মুংঙাইনদ্রব পোৎনি, ব্রুটস, মদুদি নংগি অসিগুম্ব মিংশেল অমত্ত লৈতে, মতুন নংগি থুপ্পিব নর্তিক নগুনদু নমিৎতু উহনগদব্, নংন নশাগি নমিদু উজব ফং-গদবি। ঐ তাখ্রে রোমগি অথোইব মী কয়ান, শিদ্রব

সীজারদি, য়াওদেকো, ইকাই থুম্নন ভাংনব ব্রুটসপু, মতমগি পোৎপু মখাদ ব্রান খাংইববু, মথোয়ন পাম্মি পুক-চেল চাউরব ব্রুটসন মমিং পাংব।

ব্রু— করম্ব খুদোংথীবশিংদনো নংন ঐবু লমজিংলিব কেসিয়স, মতুদি নংন ঐবু ইশাদ থিহন্নিংই ঐডোন্দ লৈতব অমত?

কে— অতুদি ফরব ব্রুটস, তানব শেমশারো, নশান নশাবু উজ্জব ভমদে হায়ব থডলবনিন, মমি ওইন উবগুম নিংথিজন, নংগি মিংশেল "ঐ" নোল্লুক নডোন্দ উৎচরক্কে নংগি নশক্তো নংনদি হুজিক ফাওব থডগ্রিব, ঐবু কল্লকমু নবুক তপ্লব ব্রুটস! ঐন মী নোক্লব মীচম্ ওইরম্মব, নত্রগ অনৌব লিংখৎলকপ খুদিংদ ব্রাশকশন্নহুন ঐগি মুংশিবসি অরেম্ব তাহল্লব; নংন ঐ থডলবদিমাংডোন্দ হুইগুম্ন ইমৈ হায়, মথোতদ কোন্দুন নপ্পি. অহগ মতুংদ তাথীব্রা ডাংই: নত্রগ নংন থডলবদি ঐসি মীপূম খুদিংদ মুংডাইনবা ব্রা হায়জিনব হৈনৈ, অহ ওইরবদি ঐবু খুদোং থীহনগনব মীনি হায়ঘু।

(বেঙ্গুল খোংব, মীয়াম লাওনব তায়)

ব্রু— লাওনরিবসিগি অর্থ করিনো? ঐ চিংনৈ. মীয়াম্ন সীজারবু মথোয়গি নিংথৌ ওনখ্রিদ্রা?

কে— আই, মতু নং চিংনব্রা?

অতুদি ঐন খনব য়াইদন, নং মতুদি পামদে হায়ব;

ব্রু— ঐ পামদে কেসিয়স, অদুবু ঐ মাবু নিংথিন নুংশি, ডাইথো করিনো নংন ঐবু সিদস্থুক কুইন ফারিবা? করিনো নংন ঐডোন্দ অতুক পীনিংলিববো? মতুন করিগুম্ব ময়াম্মবি

ফনব লম্বীদ চৎপ ওইরবদি, মীৎ নামন হৈকাইথুম্নবদ থম, অতোপ্পন অশিবদ্ থম, ঐ অনীমক্তুদ থৌশাদন য়েং-গনি ; মরমদি, ঈশ্বরনস্ু ঐবু য়াংন থৌজিনবিসনু, ঐন হেন্ন পামজে হৈকাইথুম্নবগি মিংন, অশিববু কিবদগি।

কে — ঐ থৱিতও য়াইফ লিচীং অদু নঙোন্দ লৈ ক্রুটস, নংন মপান্দ লুন তৌবদু থঙবগুম ঐ থৱিতও। য়েংউ, ঐগি ৱারীসিগি হিরমসু হৈকাইথুম্নবনি; ঐ হায়ব ঙমদে নং অমসুং মী অৈ·ন পুন্সিসিবু করি ওইন থনব হায়বদু ; অদুবু ঐ হৈরম্নাইগিদি হিংদবন হেন্ন ফুংভাইনি ঐগুম্ব অমবু কিন হি·দো শরুক্তি। ঐ সীজারগুম হৈনিংতম্ন পোকপনি, নংসু মদু নি ; ঐখোয়নীসু মাগুম্ন চারিবনি নিংথিন। ঐখোয়-নীসু নিংথমথাগি অটংব থাংব ভন্সি মান ভম্বদুগ মান্নন, মরমদি অমুকথক, নোং ফুংশিং কনব হুস্বিং অমদনি, থোইলা গুরুব টাইবরন তোর্ববন্দ কোঙ্গোন্ন ফুরম্মি, সী-জারন ঐঙোন্দ হায়খি, ঙমজগদ্রা নংবো, কেসিয়স, হুজিক-মক চোংথমিন্নসি ঐগ, শাওরব ঈশিং ঈচাওসিদ, অদুগ হৈরোইদুন লানখিসি আদাগ মফমসি তানব? য়াদু হেক ভাবগ শেমশান লৈরবন ঐ জবুং চোংথখি, মঙোন্দ হৈন্ন-রকও লাউরম্মি ; মাসু মদুনক তৌরম্মি। ঈচাও ঈপোমদু ভংলম্মি, মদুবু কন্নব তোংশান হায়দোকখি, চিংন থম্মোইগ লোইনন, মদ কোম্বোক্লম্মগ ঐ লিংখংখি। অদুবু হায়ন-খিব মফমদু য়োত্রিঙেদ সীজারন লাওরকখি, "তেংবাংও কেসিয়স, নত্রবদি ঐ সুপ্পোরে, ঐন অদুৈ ঐখোয়গি ইদো

অচৌব ইনীজন তৌখিবগুম, ট্রোইগি মৈরকুগি হনুব এংকীজবু মরেংবান্দ তোংহন্নগ, মতৌ অক্সুম টাইবরগি ঈৰকুগি চোকথরব সীজারদ ঐন তৌখি) অদুগ নিপাসি হুজিক্তি লাই অম ওইরে ; অদুগ কেসিয়সন তোল্লব জীব অম ওইরি, মশাদু নোঙ্গব তারি করিগুম্ব সীজারন থৌশা-দন মডক খিৎতং ইনবদদু ট্রেপোন্দ লৈরিভৈদ মহাক অরুম হৌখি, মাগি লাইহৌদু তৌরিভৈদ ঐ উহৌই মহাক কম-দৌন নিকখিব, অশেংবনি লাই অসি নিকখি : মাগি পাংদ্রব মচৌনবান্দো চেনথোকখি মচু ;হৌনবদগি, অদুগ মমিৎতুমক য়েংলকপদ পৃথ্বী নিকপদো, মরেক মওান য়াও-খিদে ; ঐ তাখি মান অয়োয়ো খোংবদু ; মানি, মাগি মরৈতমক্তি রোমগি মীয়ামদ য়াথং পীরিব, য়েংউ, মান ভাং-খিবশিংদু মখোয়গি লাইরিক্ত ইশিলহন্নিবনি, ওস্তোকপনি। মদুন লাওখি, " কৈনো 'মত্ত থকে টিটিনিয়স ", অনাবী মুপীমচাগুম। হে লাইশা, মসিন 'ঐবু তশেংন ভকহল্লে, অমুক মথবাই শোনব নিপা অমন মতৌ অমুম্ম পাকচাও-রব তাইবংপানসিগি খুদোংচাকলোব তাখিব, অদুগ মথন্দন পজেং ফিরাল থেংখিব। ( লাওনব বেঙ্গুল খোংব )

ক্রু— অমুকস্মু মীয়ামসি লাওরি।

ঐ থাজে থাগৎতুন লাওরিবশিংসি অনৌব হুকাইথুম্নব সীজার থোঙ্গৎপ ওইরিনি।

কে— করিনো, নিপা খুবব তাইবংপান্সি মান নেৎতুন চৎপনে মীজাও হিংচাবগুম ; অদুগ ঐখোয় মী পীকনাওংশংন মাগি

খোউজাও মখাদ ১৭প, অতুগ মুন মুন য়েংলকপ থেংননব ঐখোয়গি লেমনিংঙাই লৈতব মোংভম কয়া। মীদি করি করিগুম্বদ মখোয়গি মরাইবক্তু শেমজব ওন্মি; লাল্লিবদি মুংশিরব ব্রুটস, ঐখোয়গি গ্রহশিংতু নত্তে, ঐখোয়মক্তি, মতুদি ঐখোয়ন মীথাখান লৈজগে য়াবনি। ব্রুটস অমসুং সীজার, করি লৈফম থোকপগে সীজার হায়বতুদ? করি-গিদমক মতুগি মিংতুবুন নংগিদগি হেন্না তোইন পন্নভম থোকপগে? অনীতু পূন্না ইয়ু, নংগিসু চপ মান্নন ফজব মিংনি; হায়তুন য়েংউ মখোয়তু, চীন্দ পকপ চপ মান্নে; ওন্দুন য়েংউ মখোয়তু, লূম্বগু চপ মান্নে, মঙলান্দ পু মখোয়তু ব্রুটসসু সীজারগ য়াংব চপ মান্নন মমি অম থোক-হনগনি। (লাওনব তায়)

হুজিক, লাই পূন্নমক্তি মিংদ হেক্ত হায়গে, করম্ব শা ভা পীজতুন সীজারসিবু থাকপদগি মহাক্ত অসুক য়াম্ন চাওখং-খ্রিবনো? মতম, নংবু ইকাইব পীরবনি হান্ন! রোম, নংগি পুকচেল চাওব্ব ঈশিংদো নচা ওন্দুবনে! ঈচাও অচৌবগি হাক্তৈক্তে করম্ব মতম লৈখ্রবগে অতৈবু নমহৎ-তুন মী অমত্তন মমিং চৎখিবসিবো? রোমগি ন্নারী শাব-শিংন হুজিক ফাওবদ করম্ব মতম তাকপগে মাগি পাক্লব লৈপঙ্গশিংন কোল্লিবশি মী অমত্তবুনি হায়ন? হুজিক রোম-সিবু রোমলাও, লম কোম্নখ্রবাও মদুদ মী অমত্তমক লৈরগ? ওঃ। নংসু ঐসু তারবঙাক্তি ইপা ইপন্ন ভাংনব-মতম

অমদ ব্রুটস অম লৈখি মহুন খাংহন লৈখি মুংত্রব লাইমুন রোমদ নিংথৌগুম্ন লায়ন পানবদ।

ব্রু— নংন ঐবু তশেংন হুংশি, ঐ মহু করিমত চিংনদে ; নংন ঐবু কদোমদ পুদোরিবনো, ঐগিস্থ পান্নমকম লৈ ; ঐন করম্ন খল্লব নংগি য়াসিদ অমম্নুং 'মতম অসিগিদ, ঐ কোম্ন শুগাইন তাকে ; হুজিক হুজিকিদি ঐন হুংশিবগ লোইনন হায়জরি, ঐভোন্দ সিদৈ হেন্ন ইল্লহু। নংন ঐভোন্দ হায় খিবশিংহু ঐ খনগনি ; নংন ঐভোন্দ হায়গদব লৈরিব-শিংহু ঐ থর‍াইচংন তাগনি ; অহুগ মতম অম লেপ্নরগ উম্নসি ইবানী, তান্নব অমম্নুং থূম্নব অসিগুম্ব অবাংব য়াকমসিদ। মহু য়ৌদ্রিফাওবদি ঐগি পুকচেল চাওরব মক্লপ, মসিদং শাইহুন লৈখো ; ব্রুটসন হেন্ন পামজৈ লৌয়াই মী অম ওইন লৈরুবন ; য়োমগি মচানি হায়ন ইমিং চত্তোবগি শরুক, মতম্ন হুজিক ঐখোয়দ পীরিব য়ারব ফিভমশিংসিদ।

কে— ঐ মুংভাইরে মহুদি ঐগি শোল্লব য়াহৈশিংসিন তকপদ ব্রুটসন অম্নুক থর‍াই য়াওবৈ মৈশা উৎপিবদি।

ব্রু— শান্নবশিংহু লোইখ্রে, সীজার হল্লক্লনি।

কে – মখোয়ন লাম্হোক্লব মতমদ ফিজি পায়হুন ফাক্কাদ চিংউ মান তাক্লক্লনি, মাগি অশিনব মভৌহুন, ভসি করি করি মরু ওইব থৌদোক থোকখিব।

(অমুক চংলক্লে সীজার অমদি মতুংইনবশিং)

ব্রু— ঐ অঃম্ম তৌগে ।- ভদুব, নং য়েংউদো, কেসিয়স, অশাওবৈ দাগ খম সীজারগি মরাইবক্ত চাল্লি, অত্থগ অতৈ পূন্নমক্ল মীচৈ চারব কাংবু ওইন উই ; কেলফুর্নিয়াগি থক্তাইসি তাইফেং তায়বে ; অত্থগ সিসরোম মমিৎ ইরং লংন করিগুম্ব অম কোইথি থিবগুম উই, কেপিটোলদ সিনেট ফম্বদ সিনেটর ময়াম্ম হংজিল্লকপদ মান তৌখিব ঐখোয়ন উহৌবত্থমক্লি ।

কে— কাস্কান ঐখোয়দ তাক্লনি কৈদোনখ্রে হায়বত্থ ।

সীজাব - ঐন্টনিয়স ।

ঐন্ট— সীজাব ?

সী— ঐগি নাক্ত লৈহনব পাম্ব মীতাসি অনোইব, মকোক নানব মীশিং, অত্থগ অহিং তূম্বশিংত্থ ; অস্থ্রাইদ, কেসিয়স ময়াং কংই, চবাম্নন উই ; মহাক ব্রাখল হেন্ন খনমল্লে ; অস্থুম্ব মীদি খুদোংথী ।

ঐন্ট— মাবু কিবিরুম্মু সীজার, মহাক খুদোংথীদোব মী নত্তে। মহাক পুকচেল চাওরব রোমান অমনি, মতিক মগুণ লৈব ।

সী— মহাক খর হেন্ন নোংইরম্মবদি ফবমদোবনি ! ঐ মহাকপু কিবগি ব্রা নত্তে, অঃমকপু ঐগি মিংসিন কিব য়াব লৈরম্মবদি, ঐ অতোপ্প নিপা মডোন্দে নাস্থোক্কদব অসত্ত মশক থঙদে অম্নক থুন কেসিয়সতৈ তৌনিংবগুম। মহাক লাইরিক য়াম্ন পায, মমিংন মুন্ন য়েংবঁ নিপানি, মীন তৌব থবক্তা য়েংশিল্লি, মহাক শাম্নব অমত্ত পামদে নহাক্লুম্ন ঐন্টনী—; মহাক ইশৈ অমত্ত তাদে ; নোকপম্ব পঙন

নোক্তে, অহ্ণুগ নোক্লবস্থ অস্থুম্ন মঽদি মশাবু লক্লজব ওইন অহ্ণুগ করিগুস্ব অমদ নোকহনব য়াদোব পুকচেলহুবু মহাক তুককৈজ। মাগুস্ব মীজাৎসিদি কৈদোঙৈদ পোথাহন্দে থম্মোইহু মখোয়দৈ হেন্ন চাওব মী অম উরিবমখৈ, মরম-হুননি ১খোয়বু খুদোং য়াম্ন থীমব ও? হাযরিব। ঐন হায়-রিবসি কিগদব করিনো তাকপগি ব্বানি নঙোন্দ, ঐন কিবৈ নহে, মরমদি ঐ মতমপূম্বদ সীজারনি। ঐগি য়েং-লোমদ লাউ, মরমদি ওইথংব নাসি পঙই, অহ্ণুগ ঐঙোন্দ অশেংব হায়ু নংন মাবু ক'রি ওইন খল্লি।

( সীজার অমস্তুং কাংবু চৎখি, কাস্কা তুংদ লৈৱোই )

কস্ক— ঐগি ফিজিদ নংন চিংখি, ঐ'ঙান্দ ক র হায়নিংব লৈবগে?

ব্রুটস—লৈ কাস্কা; করি থোকখ্রে ঐখোয়দ তাকউ, সীজারন অহুক মথল্লাই মুঙাইতন উবদি?

কাস্কা করিনো নংস্থ মাগ লোইনদ্রাও, লোইনদব্রনে?

ব্রু— অহু ওইরবদি ঐ কাস্কাদ হংলম্মোই করি থোকখ্রে হায়হুন।

কা— করিনো, মঙোন্দ নিংথৌ স্কুহুপ অম পীশিল্লম্মি, পীরকপংদ মান মহু ইম্মোকথি মখুৎ খুৎনম্ন অস্থুম্ন; মহুদৈ মীয়ামহুন জা জা লাওনখি।

ব্রু— অনীশুন মনীলহুন করিগি।

কা— করিনো, মহুস্থ অহু'গিনে।

কেসি— মখোয় অহুম্নক শুন লাওনখি, অকোনব লাওরহু করি-গিনো?

কা— করিনো, অদুসু মতুগিনে।

ক্র - লুহুবতু মণোন্দ অহুম্নক লানশিনখিব্রা ?

কা— মানি নত্রনে, মান মতু অহুম্নক ইস্নোকখি, অকোন অকোন-বতুন থর তপ্ন ইস্নোকখি, ইনথোকপ খুদিংগি ঐগি ইনাক্কি মবুক্ক শেংব মীয়ামতুন লাওনখি।

কে— কনান মণোন্দ লুহুবতু লানশিল্লুই ?

কা— করিনো, ঐন্টনী ?

ক্র— মতুগি মতৌতু ঐখোয়দ তম্মু, পুকচেন চাউরব কাস্কা।

কা— মতুগি মতৌতু তমদোবগি শরুক্কি ঐবু থোরীদ য়ানবন হেন্ন ক্কে ; মতু করিস্নু নত্তে—অপঙব উংপ নত্তন ; ঐদি থো-ওইন য়েংশিল্লুদে মতু। ঐন উখি মার্ক ঐন্টনীন মণোন্দ লুহুব অম লানশিনব, লুহুবপু নত্তেদ মং, কোকথন মচা অমনি ; ঐন হায়খিবতুনি-- মান অমুক ইস্নোকখি ; অতুবু, অতুম ওইনমক ঐন নিংবদি মহাক হরাউ হরাউ লৌনিংই। মতুদ মহাক্ক অমুক মণোন্দ পীখি, অতুস্নু মান অমুক্ক ইস্নোকখি ; অতুবু ঐগি পুক্লিংদদি মাগি মখুৎ মচা শিংতু মতুদৈ লোধোকপ য়াম্ন তমখি। অতুদগি মান অহুমক হম্ন পীখি, অহুম্নক শুবতুস্নু মান ইস্নোকখি অতুবু মান য়াদবতুদ তুক্কচরব মীয়ামতুন লাও খোংখি মখুৎ অকায়বশিংতুন খুবাক থাখি ; অতুগ লংখৎনখি হুমাংন চোৎলব টুপীশিংতু, অতুগ নমথীরব মুংশাস্নোরতু অমুক মতিক য়াম্ন ভাংথোক্লকই সীজারন লুহুব লৌ [illegible]দবগি, মতুদি সীজারতু মুংশা ফুন্দুন শিদোরম্মি; মরমদি [illegible]হাক [illegible]

অমস্তুং মতুদৈ তুথখি ; ঐগি লমাই য়াদি — ঐহাক নোক্লব থৌনা লৈরমদে, মবমদি চিম্বান কাংথোক্লুরগ হুংশিং ফত্তব হোঙ্গিনখিনি হাযবগি কিবন।

কে— ঙাইথো শাওবিন্নু, ঐন হায়জরি ; করি হায়ব—সীজাববু য়াম্থখি হায়বা ?

কাস্কা— মহাক তুথখি খৈদেন কাফমদ, ময়াদ কোঙ্গোল কাখি অমস্তুং মবোল থোকখিদে।

ব্রু— মতু তৌরম্ব য়াই, মহাক অত্থম্ব তুবগি লাইনাম্থ লৈবনি।

কে— নত্তে, সীজাবগি মত্থ লৈতে ; তৌইগুম্বস্তু নং, ঐ, অমদি পূকশেংলব কাস্কা ঐথোয়গিদি তুথবৈ লাইনাহু লৈ।

কাস্কা— ঐ ভাব তাব ঙমদে নংন হায়বিব য়াহু : অত্থগ ঐ শোইদে হায়ব ওন্মি সীজার তুথি। (ফদি ফরা ফানব মীয়াম্ম মঙোন্দ খুবাক খুজিন্দ্রবদি অমস্তুং থিগৎনদ্রবদি মহাক্ল মখোয়বু পেলহনব অমস্তুং পেলহন্দব মতুং ইন্ন ; থিয়েটরদ থোকপ মীশিংদ মখোয়ন তৌনবগুম, ঐ অশেংব নিপা অম নত্রে।)

ব্র— মহাক্ল মীয়োল তারক্লব মতুংদ কবি হায়খি ?

কা— হুংঙাইখ্রপোংনি, মান তুথদ্রিঙৈ মমাংদ, মীয়াম শঙ্গুহু মথয়াই হুংঙাইরে হায়ব থওলত্থন মহাক্ল লুহুবতু লৌ য়াখিদে, মহাক্ল ঐবু মাগি ফুরিৎ অচিনব মমুংদ লিংপত্থ খর লৌথোকপিয়ু হায়খি, অত্থগ মীয়ামদ মওক্লু ককথৎচৌ হায়খি। ঐন কবিগুম্ব কারবাবগি মী অম ওইরম্মগদি, মান হায়ব য়াহৈহুদ হেক্ত লৌরমদ্রবদি ঐহাক মীপুম্থাওশিংগ লোইনন

নবক্তু চৎনিংলমগনি। অহুম হায়ন মহাক তুর্থখি। মহাক্ল মীয়োল অমুক তারকপ মতমদ হায়খি— মহাক্ল করিগুম্ব অকায়ব তৌরবদি নত্রগ হায়খ্রবদি মবুঙোশিংদ ঙাকপিয়্ন হায়জুখিং মাগি লাইথু'নি হাযন। নিপা অহুম মরীরা ঐগি ইনক্তা লৈবম্ব কপখিবদো "ওম্বোকপনি—ফরব থম্মোই, অহুগ, মাবু ঙাকপিখি মথল্লাইমক য়াওন। অহুগ মখোয়্নবুদি ফরিম্ন থৌনাবিপোৎ নত্তে; সীজারন মখোয়গি মমাশিংদ থাংন থিল্লবস্নু, মখোয় অহুম্ন অহুম তৌনি।

ক্রু— অহুগি মতুংদৈদি মহাক লাকখিব নত্রদো মথল্লাই মুং-ঙাইতন?

কা— মানি।

কে— সিসরাওদি য়া ঙাংখিদ্রা?

কা— অঁ, মহাক থুরায় লোন্দ ঙাংখি।

কে— করি মহৈ ফংনব?

কা— নত্তে, ঐ মহু নওোন্দ হায়গে. মহু নত্রবদি ঐ নঙ্গি নমাইদ অমুক য়েংলবোই: মাবু ভাব তান থওবশিংহুন অমগ অমগ ওনশিন্নহুন মোমোন নোক্লে. অহুগ মকোক হায়-নখি; অহুগ ঐগি শরুক্তি, মহু খুরাইলোম্নি হায়রিবসিনি। (ঐ পাউ অতৈস্নু তম্বা ঙম্নি; মেরুলসক ফ্লেবিয়সকবু, সী-জারগি অশাব মমিগি মওক্তে ফি লৌথোকউবৈদমক মগৈন মেনখ্রে। মুরাইদ কায়নরসি পওলব য়া অতৈস্নু লৈরম্মিবনি, ঐন নিংশিংব ঙম্নবদি।)

কে— কাস্কা, নং হোরেল মুংদাং ঐখোয়দ চাক চাসিরা?

কা— হুঁ, ঐ অতৈদ চাগে হায়খ্রে।

কে— অদুদি হয়েং চামিন্নসিদনা?

কা— কৈ, ঐন করিগুম্ব হিংব থোক্লবদি, অদুগ নংগি নবুকচেলন লেপ্লব, নংগি চরাদুন চাবদ মতিক চারবদি।

কে— ফরে, নং লাক্লনি হায়ন ভায়রমগে।

কা— কৈফনে, অদুদি বিদায় অনীমক্ত। (চৎখি)

ব্রু— মসিগি নিপাসি কয়াদ মচীন পংশিল্লক্লবনো! মহাকসি স্কুল তম্মিডৈদদি থৌরমবনিদা মখৌনাওসু মচীনসু।

কে— হুজিকসু অদু মডাইনা, অচৌব থৌনা থৌরম অম পাংথোকপদদি, মহাক্ল মপান্দ ফকচিল্লব মীওং ওইন উহল্লরবসু। হৌনখওদব শাজৎসিদি হৈন-য়েঙ্গাং মহীনি মাগি ফরব লৌশিংগি, মতুন মীডোন্দ পী লাম্লব চাকথাও! মাগি রাহৈশিংদুবু তুমহনব ভগ্ন।

ব্রু— ফরে অদু ওইরসনু। হুজিক ইবানী কায়নরসি। হয়েংদি ঐগ রারী শাব পাম্লবদি ঐ নখোয় য়ুমদ লাকে; নত্রগ নংন পাম্লগ, নং ঐখোয়দ লাকউ, ঐ নংবু ভায়দুন লৈরম্মগে।

কে — ঐ অদুম্ন তৌগে, মতু য়ৌদ্রি ফাওবদি তাইবংপান অসিগি মরমদ খনবিয়ু। (ব্রুটস চৎখি)

ফরে, ব্রুটস, নং নবুকচেল চাউক্ট, অদুবু ঐ উরে, নংগি ইকাইখুম্নবদ মতিক চারব ধাতুদু পোৎ শানব য়ানি মান পামজব লৌচিংদু ইল্লবদি; অহনদি মসি হৌনবনি, পুকচেল চাউব মশেল পূন্ন লৈমিন্নব মতম পূম্বদ; মরমদি মবুক অস্নুক চেৎপ কনা লৈবগে থেমদোকপ য়াদব সীজরন

ঐডোন্দদি মমিং থায়, অহুবু মহাক ব্রুটসপু্দি মুংশি হুজিক ঐন ব্রুটস ওইরম্মদি, অহুগ মহাক্ক কেসিয়স, মহাক্ক ঙাংবরান ঐবু মুংঙাইহনব ঙম্মোই। ঐ ঙসি অহিং তোঙান তোঙানব খুৎপু মাগি মিহুখোঙদ থাদহনগে তোঙান তোঙানব লৈবাক মচাশিংন থারকপগুম চিঠি কয়া পূম্নমক অচৌব মোতসি তানব মহুদি রোম্ম মাগি মিংবু পাম্মে: মহুদৈ ময়েক্তি শেংদন উননি সীজারন অচাউরম পাম্ব মহুগি মতূং?দদি সীজাবন মাবু ফন চেংন ফমহনগম্ম, ঐ-খোয়ন মাবু নোমহনগনি নত্রগ হেম্ম ফত্তব মতমহু থাংনি।

( থোকখি )

---

১ব মতাং

## ৩ব উৎপ।

রোম, লমজাও শোড়োক।

নোংথাকষ্ট, নোংথাং কুপই। ওন্ন তৈনব নাকন্দৈ চংনরকই কাস্কা, মাগি থাংশাংহু শৎলহুন অমদি সিসবাও।

সিসরাও- উন্নব মুংঙাইরে, কাস্কা। সীজারন নংবু নয়ুমদ কৌরকপ্রা? করিগিনো মুংশা মপী হোল্লিবদে? করিগিনো চাদোমখৈ য়েংহবদে অহুম্না?

কাস্কা— নংবু নবুকংেল ওন্দ্রাও, পৃথ্বীগি লেংব য়াব পূম্নমক্ক ফেং ফেং হায়রবদ মবা চেংতব পোংকুন? ও, সিসরাও ঐ উখ্রে কল্লব নোং মুংশিং, শোওরব নোংনৈন মশা সোনশিন্নব

ওক উজাউ হায়দৎপ মতমদ) ঐ উখ্রে রাংধৎপ পাম্ব মহা সমুদ্রন ঈথক হৌহনব, শাওগৎপ, কোঙ্গোল কাব, শিং-নরকপ লৈচীনগুম রাংনিঙত্থন ; অদুবু ঙসি অহিংসি নত্তন ছজিক্কিসি নত্তন অমুক্ত উখিদ্রি মৈ থাদরকপ নোংলৈ মুং-শিংতি। নোংথক্ক থোক্লম্ব তায় মীয়াম মপৈ অনী লাম্থিন-নব নক্রগন তাইবংপানসি লাইয়ামশিংবু উশিংমন্দবন শাও-হনব মখোয়বু, অমাং অতাক থাদবিরক্লব

সি— করিগিনো, হেন্ন য়াম্ন ঙকপ করি উখ্রবগে নংবো ?

কা— অচম্ব মীনাই অম—নং, হেক উবদ মশক নিংথিন খঙনি, মখুৎ ওই থংবত্থ থাঙ্গৎলম্মি, মত্থ মৈরী থোক্ল চাক্লম্মি মৈরা কুম্ন পূনশিন্নবগুম, অত্থগ মখুৎতুন মৈশাত্থ খঙদন কা-হৎতুন অত্থম লৈখিরম্মি। মত্থগি মথক্ক -অত্থদৈ ঐথাংসি শস্ত্রোকলগ থমজিন্দ্রি,—(জুপিটবগি লাইশং) কেপিটোলদ ঐ নোংশা অম থেংনরকই ঐঙোন্দ খিগৎতুন য়েংলকপ অত্থগ উশিত্তন চৎখিব ঐঙোন্দদি ওৎলমদন : অত্থগ লৈরম্মি মত্থদ মপৈ অম অকিবন মশক ওল্লবী মুপী চামগি, মখোয়ন ব্লাশকখি উরকই হায়ন মৈন য়োম্ব মুপা ময়াম লমজাওদ চৎলম্ব, অত্থগ ঙরাংনি অহিংগি উচেক্ল ফম্নম্ব মুমিৎ চপ য়ুংবদ খৈদেন কানফমদ য়াক্ল খোংত্থন কপ্পুন। অস্নুম্ব অঙকপশিংন পূম্ন তিন্নরবদ, মীয়াম্ন হায়নদব কৈ, মত্থগি মরমদি, মহৌশানি মখোয়সি। মরমদি ঐন থাজৈ মখোয়সি মতমসিগি অচীক অশাদ থিন্দুন তাক্লিব খুত্তম্নি।

সিসরাও অওইবমক, অঙকপ পুকচেল চেল্লব মতিম্নি, অছুবু মী- য়াম্নদি মান মান পাম্ব মতুংইম্ন অর্থ হনব য়াই, (থোকইব খোদোকশিংছুন পামজরিব মরোলছু করিমত য়াওদন।) সীজারবু হযেং কেপিটোলদ লাকুদ্রাও?

কাস্কা—লাকনি, মরমদি মহাক্ল ঐণ্টনীদ য়াথং পীথি নঙোন্দ পাউ থানব হয়েং মহাক মহ্নদ লাকনি হায়ন।

সিস— অছুদি কায়নরসি কাস্কা; খোইশাওরব অতিয়াসি, মথাদ কোইনব নত্তে।

কাস্কা—বিদায়, সিসরাও! (সিসরাও চংথি)

(চংলকই কেসিয়স)

কেসিয়স—কনানো নৈরিবদো?

কাস্কা—রোমান অমনি।

কে— কাস্কানি, নখোঙ্গেলছু।

কা— ননাকোংছু শিংই। কেসিয়স, করি অহিংনি হায়বগে 'সিবো?

কে— (য়াম্ন মুংঙাইরব অহিংনি নবুকশেংবশিংদ।)

কা— কনান খঙলমদগে নো'থক্ল অস্মুম্ন ওৎকনি হায়ব।

কে— তাইবংপানসি পাপ্ন থল্লে হায়ব খঙবশিংছুন। ঐগি শরুক্তি, লমজাও শোড়োক্ত কোক্টনা চংলকইবনি ইশাব্ লাস্থোকচছুন খুদোংথীরব অহিংসিদ; য়েংউ, অস্মুম্ন কুদাম হৈরু, লোথোক্তুন ফুরিংকি, উরেদন; ইবুকসে থাদোক্ল- বনে নোংমৈ-শীংজংদ; নিম্মানব হোগাইছুন নোংথাংন,

নোংথক্কি থবাক হাংদোব মাল্লগ ঐন ইশাবু পীজে খুদোনপোৎ, পান্নব তম্নকপ মঙালত্থমক্ত।

কা— করিগনো নংন নো থকপু অত্থুক মিহৌহল্লুবদি? (মীগি মথৌনি কিব অমম্বুং নিকপ হায়বসি মতক চাউব লাইশিংন, খুত্তম ওইন, ঐখোয়বু ঙকহন্নব অস্থুক অকিব ফংলব পাইজেন থাবক্লবদ।)

কে— নং ফকচিল্লে কাস্কা; হিংবৈ মৈবীকশিংথু, রোমান অমদ লৈভম থোকপত্থ নঙোন্দ য়াওদ্রে, নল্লবদি নং মথুম তৌরোইদবনি। নং তাইফেৎ তাইন উরে, ওক্লে, অকিব উংলে নমাইদ, নোংশ্লক ওক্ল লাংতক্লব উবদ চমম্নরে; (অত্থুবু নংন খশেংব হৌবক মথু থঙগে হায়রবদি—করিগিদমক্লো মৈয়ামসে, করিগিনো পাইরিব ভূত ময়ামসি, করিগিনো শা উচেকশিংসিন মচৎতগি মহৌশাগি হেনদোক্লকহৈবা? অপঙব হন্থবশিং অমদি অঙাংশিংন খোংনরি, পানরি, করিগি পোৎশিংসিন ওল্লিবা মখোয় হৌনবীদগি; হান্ন হৈনখ্রব শাজৎতগি অস্থুক ঙক্লদ লীচৎতা, করিনো; নংন শোইদন থেংননি মথুদি লাইরৈবাক্ল মখোয়সিদ লীচিংথু ইন্সিনবনে, কিহন্নব খুংলাই ওইনব; অমদি হৌনদব শাথীব ফিভম থোক্লদোরে তাকপিব ওইন।) হুজিক কাস্কা ঐ নঙোন্দ নিপা অমৈ মমিং পনগে; মথুদি খকিব ফংলব অহিংসিগ য়াম্ন মাম্নব; নোং খাকপ, নোংধাং কুপ্ন, মোংভম চিংখায়ব, ঙুং ঙুং খোংব, কেপিটোলদ নোংশান তৌবগুম— নিপা অমনি মশাগি

থবক্তদি নডোন্দগি ঐডোন্দগি কবিমত হেন্দর্ব; অদুবু খংজাউ চাউথোকখ্রব অমদি কিনখ্রব অডকপ উপদ্রোব অম্মুম্ন।

কা— নংন শায়রিবত্থু সীজারহ্নি, নব্রনে কেসিয়স?

কে— অওইব নিপাত্থ ওইসম্মু! মবমদি রোমানশিংদ হুজিক-লূ তোঙ য়াওরি মপা মপুশিংগিদুগ চপ মান্নব; অদুবু মরক-সিদ অরাবদি; ইপা ইপুগি পুকচেলহুদি লৈখিদ্রে ঐথোয়বু শেম্নবিরিবসি ইমাগি লীচিংহুদননি, ঐখোয়ন পোরিব পোংপু-লাঙ্গোল অসীন উংপদি পাংদবা নুপীগি মতো।

কা— অদুইব ওইন মখোয়ন হায়—সিনেটরশিংন হয়েংদি সীজারবু নিংথৌ হাপ্লগে নিংনবে, মহাক্ত উপ্লবনি নিংথৌ লুহুব সমুদ্রদসু লৈকংদসু মযম পুম্নমক্ত ইটালি সিদদং নত্তন।

কে— ঐ খডিঙ কদায়ব্রাইদ থিন্নথাং অসী থমগুদগে হায়ব; কেসিয়সপু মীনাই খোংজীদৈ কেসিয়সনা থাদোক্ননি; মতুদনি, হে লাইয়াম, নখোয়ন অশোনবশিংবু খ্বাইদৈ কল্লহনবিদোব: মতুদনি, লাইয়াম, নখোয়ন মীওৎপশিংবু মাইথীব পীবিগদোব; ওম্মোই নুংন শাব ফুরান ওম্মোই য়েথোক্লব পীথাইন শাব লৈপলন, ওম্মোই মুংশিৎচংদব কৈশুমশডন, ওম্মোই য়োৎকি কল্লব খোঙজীন, পুন্দুন থম্ব লিংজেনগি মত্তিকপু। অদুবু পুন্সিগি কৈদোইঙদ ব্রাংতে, খারব মতমদ তাইবংপান্দ য়োৎচৈ সম্বনশিংবু, মথন্দ লোইশিনজখিনব পাঙ্গল। ঐন মসিবু খঙলবদি,

তাইবংপান্দ লৈব অতৈ পূম্নমকপুম্সু খঙলম্বনি, মীত্তংপন ঐঙোন্দ থুংলিব পোৎলুমচুম্সু ঐন থাদনিংব মতমদ থাদব ভম্লবনি। (নোং থাক্লকই)

কা— অচুম্ন ঐস্সু ভমগনি?—
অচুম্ন, মীনাই খুদিংগিস্সু পায়রি মখুৎ মখুৎত
মীনাই য়োৎহ্লিং কম্থোক্লব শক্তিচু।

কে— করিগিনো অচুদি সীজারন মওং-নিংথৌ ওইদোরিবা তোল্লব নিপা! ঐ খভিভ মহাক কৈশাল ওইরম্মোই-দবনি, অচুদি মহাক্ল রোমানশিংবু য়াওডাক্ত ওইন উব-ননি; মহাকপুদি নোংশা নত্তে, অচুদ বোমানশিংসে শক্তি অযোমঙাক্ল নত্রাও? (য়াম য়াংন মৈজাও অম থাগৎপ পাম্বশিংচুন চুপ্বংপ হৌই অকংব চক্ল থরন) করি ইকুয়ো রোমসিবো, করম্ব ফক্ত-হাওদিনো, করম্ব ল্লাইকুপনো—করিস্সু লৈভব সীজারগুম তোল্লব পোৎচম ভাংখৎনব সিজিন্নবিবসিবো! (অচুবু, হে অল্লাব, নংন ঐবু পুবিরিবসি কদায়দনো? ওইব য়াই, ঐন হায়রি-বসি মশান মীনাই ওইগে য়াজব নিপাগি মমাংদ; অচু ওইরবদি ঐ খভিভ ঐঙোন্দ পীরক্কদর্ব পাউথুম অদো; অচুবু ঐহাক খুংলাই পায়রি, খুদোং থীববুদি ঐ করিস্সু থৌশাবিদে।)

কা— নংন ভাংইবচু কাস্কাদনি, (অপুম্ব নিপা অম) ইখি খিগত্তুন

থিবদ ঐন থেংনরকপ চেনি অসুম্ম খুমজিন্দুন লৈরগ্ন ( চেম্থ পী ) (: তসেংন হায়ব ঙমদৈ ঐন ফম্মুংদ চংব মতম-দদি মসি লৈহৌদে।)

ব্রু— নং অমুক ফমুংদ ৎেতুন তূমজরুবো; নোং ঙান্দ্রি। হয়েংবু অঙাং, মার্চ্চকি থায়াই নত্রাও?

লু— ঐ খঙজদে ইবুংঙো।

ব্রু— কেন্সেন্দবদ য়েংউচো, অত্থগ তাক্লো।

লু— য়েংজরুগে ইবুংঙো। ( চৎথি )

ব্রু— নোং-মুংশিং লোইখিবসিদি ঙাম্থোকই হায়; লাইরিক পাব য়ানি। ( ফাক্তোক্লগ পায় )

" ব্রুটস, নংদি তূম্মি; হৌগৎলগ নশাবু য়েংজো। রোম্মু অসুম্ম ——— ব্রা ঙাংঙু, য়াল্লু, শেমদোকউ! ব্রুটস, নং তূম্মি; হৌগৎলু — "

অসুম্ম ইনশিনবগি চেসি য়াম্ম থাদবম্মি, ঐন খুঙ্গং খুঙ্গৎতুন পাবদ। " রোমবু অসুম্ম —" ঐন অসুম্ম শমজিনব য়াই; "রোম্মু অসুম্ম লেপকদ্রাও নিপা অমত্তংবু কিবন? করি রোমবো?" ঐগি ইপা ইপুশিংন রোমগি লমজাও শোং-ড়োক্তগি তানথি টাবকুইনবু, মাবু নিংথৌনি হায়নব মতমদ।

" ব্রা ঙাংঙু, য়াল্লু, শেমদোকউ।" (ঐবু ব্রা ঙাংনব য়াল্লু-নব হায়জরকইত্রা মহুদে) হে রোম! ঐ নঙোন্দ ব্রা-

শক্কে, শেমদোকপসিন তাবক্কবদি নংন পাম্বিব ব্রাকৎতু মপূং ফান ফংজনি ক্রুটসকি মখুৎতা।

( লুসিয়স অমুক চংলকই )

লু— ইবুংঙো, মার্চ্চ থাসিগি নুমিৎ ১৪ নী হৌখ্রে।

( থোঙ থিল্লকই মম্নুংদ )

ব্রু— ফরে, থোঙ্গান্দ চংলো ; কনানো অমন থীল্লি। কেসিয়সন অহানব ওইন ঐবু সীজাবগি মাইয়োক্ত থৌজিনবদৈ ঐ তূম্যক্তে। (অকিব থবক অম পাংথোকপগ অহানব মহুগি ঈথিনগ অনীদুগি কারক্কুদি মায়া অম নক্রগ কিরব মঙ-লানগুমই, ইশাগি পীখোরকপগ মীহাৎ খুৎলাইশিংগ মতমদুদ ব্রা তাম্নে; মীগি ফিভমতু পিক্লব লৈবাক অম-গুম অব্রাব খাংই, লাহ্লোব অম নংকবগি মতৌগুম)

( লুসিয়স অমুক্ক চংলকই )

লু— ইবুংঙো, থোঙ্গান্দসি ননাও কেসিয়সনি, মান নংবু উন্নব পাম্মি।

ব্রু— মহাকপু মথল্রাও ?

লু— নত্তে ইবুংঙো, মী অতৈম্মু য়াওই।

ব্রু— মখোয়তু নং মশক খঙব্রা ?

লু— খঙজদে ইবুংঙো, (মখোয়গি কোকউপশিংতু মনা ফাংব উপথৈ, অতুগ মনাই তম্মাই অমন মশা কুপ্পব ফুরিৎন খুমজিল্লি, মরম অতুন মখোয়বু মশক খঙনব খুদম অতৈ অমত্ত উদে।)

ব্রু— মখোয়বু চংহল্লকউ। (চংখি লুসিয়স)

কাংলুপ অম শাববনি মখোয়দু। হে লৌতুনবা! নংবু খুদোংথীরব পীশুমদু অহিংদ উৎপ ইকাইব্রা, ফত্তব পৃম্বন মনীং তম্নরবফাও? ওস্ত, অদুদি মুংথিন্দ মং কদায়দৈ ফংনি অদুক মম্ব শুরুংদি নশক হিংচা-য়াইতম্বদু উৎনব? করিমত থিবম্নু, হে লৌতুনব; লোৎশিল্লু মদু মোমোন নোকপদ, তিন্ন তোৎন মুংভাইবদ; মরমদি মশক অশেং-বদু উৎলবদি থোঙভাক্কি অমম্বনম্নু থাম্মক্তনব লোৎপ ঙম্মরোই।

(চংলকই কেসিয়স, কাস্কা, দেসিয়স, সিন্না, মেটেল্লস সিম্বর অমম্নুং ট্রেবোনিয়স)

কে— ঐন নীংই, ঐখোয়ন পোত্থাব মতমদ চংলকপসি থৌনা ফমল্লবমানে। উন্নব মুংভাইরে, ব্রুটস; ঐখোয়ন ব্রাই চিলহল্লব্রা?

ব্রু— পুংসিদ ঐ হৌগৎলম্মবনি, অহিং চুপ্প তুমদবনে। নংগ লাকমিন্নরিবশিংসি মশক খঙব য়াদব্রা?

কে— য়ানি, মখোয় খুদিংবু খঙব; সিদ মী অমত্ত য়াওদে নংবু ইকাইথুম্নদব; মখোয় খুদিংন পাম্মি নংবু নশাগি মরমদ মোত্ত অম নৈব, মদু পুকচেল চাউব রোমান খুদিংদম্নু নৈব। মসিন ট্রেবোনিয়সনি।

ব্রু— মহাকপু ব্রৈন তরাম্ন ওকই।

কে— মসিন দেসিয়স ব্রুটসনি।

ব্রু— মাবুস্থ তরাম্ন ওকই।

কে - মসিন কাস্কা, মসিন সিন্না, অমুগ মসিন মেটেল্লস সিম্বর।

ব্রু— মথোয় পূম্নমকপু ঐন তরাম্ন ওক্লি। করম্ব শেম্নদব য়াদব থৌরম্ন নখোয়গি মিৎয়াম অমদি অহিংগি কারক্ত খল্ল-ব্রিবনো?

কে— ঐবু ব্রা অমত্ত' হায়জৌরা?

(অনীমু মুরুম মুরুম তৌনখি)

দে.সি - নোংপোক সিদ লৈরে; নোংমন চেৎখায়রকপাস সিদ নত্রাও?

কাস্কা— নত্তে।

সিন্না— এ', ডাকপিব্রু ইবুংডো, মশিনি, আদ ডৌরুনব মর্য়িশিংন লৈচীন্দ খোৎলিবশিংমু নোংডান পাউজেলশিংনি।

কাস্কা— নখোয়নীমক য়ারক্তনি অনীমকপু লৌনমখ্রে হায়ব, সিদ ঐন থাংদোম্ন থিল্লিবসিদ মুমিৎ থোকই; মসি ফন লাপ্প মথারোমদ চায়থোক্লবনি, চহিগি নহা ওইরব খতুমু ওন্দুন থা অনীরোম লৈরগদি অৱাংলোমদ থর চথৎলক্তনি। মহাক্ত অহানব মাগি মৈমু উৎলি, অমুগ ব্রাংলব নোংপোক্ত লেপ্পি কেপিটোলগুম মসিমক্তদ।

ব্রু— খুৎ-শিংমু অমুক্ত পীবিব্রু খোগোৎপ, অমমম ওইন।

কে— অমুগ ব্রাশক্তসি ঐখোয়গি ব্রারেপতু।

মাগি লল্লাইবা তমথোকতব। পায়য়ু ঐগি খুৎ অসি মীচং ওইসি অৱাবশিংসি কোকহল্লব ; (ঐগি খোঙসি ঐন থাঙহনগনি খ্বাইদৈ লাপ্ল চৎপ মীতুগ লাপ্ল মাঙনব) ·

কে— অতুদি ৱাফম অম লোইনবে।—
হুজিক নং খঙেঙা, কাস্কা, ঐন হাল্ল খোল্লবনি পূকচেল চাওৱব রোমান খববুদি ঐগ পাংমিল্লনব থৌনা থৌরম অম, মহৈদি ইকাই খুল্লন খুদোং থীবব; অতুগ ঐন খঙিঙ হুজিক মখোয ঐবু ঙায়বমগনি পোম্পেগি শংজাদ; মৱমদি হুজিক. অকিব ফংলব অহিংসি কনামত লেংনদ্রে চৎনদ্রে লমজাওদ ; অতুগ মচুসে অচীক অশাগি, মীচংদ লেপ্লে ঐথোয়ন পায়বব থবক্কি, খ্বাইদৈ ঈখে· তৈৱব, মৈহৌৱব অমদি অকিব ফংলব।

কা— ঙহাক্ত তুমিন লৈখো, কনানো অম ফিংন লাকই।

কে— মসি সিন্নানি,— মাগি খোঙচৎতৈ খঙিঙ ; মহাক মৱূপ অমনি। (চংলকই সিন্না) সিন্না ! অতুক ফিংন কদায়দা ?

সিন্না— নংবু থিব লাকইব ? অমতু কনানো ? মেটেল্লস সিম্বৱরা ?

কে - নত্তে, কাস্কানি ; মশা অমত্ত ওইব অম ঐখোয়গি থৌরাংতুগ। ঐবু ঙাইনহৌব্রা, সিন্না ?

সিন্না— ঐ মতুদ নুংঙাইবে। কয়াদ অকিব ফংখ্রবা অহিংনোনেসে ? অম্মুক ঙকপ অহিংসি উবদি ঐখোয় অনী-অহুমদনি।

কে— ঐবু অতৈন ঙাইনহৌদ্র'ও ? মতু তম্মো।

সিন্না— উম, ভাইনহৌই। ও, কেসিয়স; নংন ওম্মবদি পুকচেল চাউরব ব্রুটসপু ঐখোয় মাইকৈদ য়াওহনব,—

কে— মং'ভাইন লৈয়ু; ফবব সিন্না, চেসি পুখো অদুগ য়েংউ, মসি কোন্সলগ চৌকিদ থনম্মু. মদুদ ব্রুটসন শোয়দন থেংননব, অদুগ মসিন মাগি মিহুৎখোংদ লংশিন্নম্মু; মসিন খোইরুন নপ্পন্মু হন্নুব ব্রুটসকি মুংগি মূর্ত্তিদ. মসি পূন্নমক লোইরগনে পোম্পেগি শংজাদ লাকউ ঐখোয়গ থেংননব। মদুদ লৈহৌরাও কেসিয়স, ব্রুটস অমদি ট্রেবোনিয়স?

সিন্না— খোগোংপ মেটেল্লস সিম্বর নত্তন; মাদি নখোয়দ চৎখিবনে নংবু থিব। ফবে, ঐ য়াংন চৎখ্রগে, নংন তাকপ মতুংইন্ন চেশিংসি য়েংস্থাকউরগে।

কে— মদু লোইরগ পোম্পেগি শংজাদ লাকউ। (সিন্না চৎখি) লাকও কাস্কা, নংগ ঐগন নোংসি ভাগ্নিদৈদ ব্রুটস উন্নব তায় ময়ুমদ। মহাক্কি শরুক অহুমদি ঐখোয়গি হান্নন ওইববনে, হন্দকমুক উন্নরবদি মহাক মপূম ওইন ঐখোযদ লাক্কনি।

কা— ও:! মহাক্কি বাংন ফম্মি মী পূন্নমক্কি থম্মোইদ; ঐখোয়দ লৈরগ অবানব ওইন উনবদু মাগি মাইথোংন স্পর্শ মণি-গুম ওস্থোকখিনি পূন্য অমদি মতিকচাব ওইন।

কে— মহাক অমদি মহাক্কি মমল অদুগ ঐখোয়দ মান কান্নগদব,

নংন য়াম্ন ফজন থারে।) ঐখোয় চৎলসি, লুজিক নোংয়াট মতুং ওইররিনি; নোংশিন ভাজ্রিভৈদ ঐখোয়নী মাবু হৌ-দোক্লগ শোয়দনব তৌহৌসি। (চৎমিন্নখি)

২ব মতাং

## ১ম উৎপা।

### রোম, ব্রুটসকি হৈকোল

(ব্রুটস চংলকই)

ব্রুটস— করিনো, লুসিয়স, হায়!—

ঐ ভাবন লাম্ন ভমদ্রে; থরানমিচাকশিংগি খোঙচৎ য়েংলগ নোং ভান্দৌব কয়া ৱাৎলিবগে হায়ব!—লুসিয়স, তারি-ব্রনে!—(নাখোক্লুন মুংঙাইন তুম্মুবহু ঐগি ইরালনি হায়ন নীংলে। করম্ন মতম্নো, লুসিয়স, করম্ন মতমনো? হৌগৎলো, ঐন হাযরিবসে করিনো, লুসিয়স!

(লুসিয়স চংলকই)

লুসি— ঐবু কৌবিখিব্রা অঙম্ন ইবুংঙো?

ব্রু— ঐগি লাইরিক পানব কাদ মোমবাটী অম পীয়,(থাংগৎলব কান্দ, সিদ লাক্লগ তাক্লো।)

লু— তৌজগে ইবুংঙো। (চৎখি)

ব্রু— মসি শোইদন ওইনি মহাক শিখ্রগ; অদুগ ঐগি ইরম্নাইগি ওইনদি, ঐন মাবু ভুক্কচনব মরম লৈতে; মহাক জেনে-রেলনি, নিংথৌ হাপখিব য়াই হায়র নত্তুন। মহুন

কমদোন মাগি লীচং হোংখিনি, মহুদনি ব্রাহংদি ; অভানব মুংথিলননি লীনখাক থোকহনবদি, মহুন চংপদ চেক-শিনব তাব। মাবু নিংথৌ হাপ্পদি ? ঐথোয়্মন মভোন্দ মহূ অম হাপ্পে ; ঐ য়ারে ; অহুদৈদি মহাক মনীং তম্ন খুদোংথীব থবক তৌরকনি। মতিক অচৌববু লাপ্পা শিজিন্নব হায়বসি, মতিকুদৈ অরানব তৌবগি মুংভাইতবং মহূহ লৌথোকপনি, সীজারগি মরমদ অশেংব হায়ব তারবদি ঐ খঙখিদ্রি অমুক্ত মহাক্ন পাম্ব থবক্তুন মরম চাবৈ ব্রাংম লানখিব। অহুবু মসি য়ানরব প্রমাম্নি ; নেম্ন লৈবসি নৌন অচাউরম কানিংবৈ কৈরাক্নি, মহুদৈ অকাব মীথুন মমাইহু মথক্ত য়েংখংলি, মতোন্দু য়োখ্রগদি মহাক্ন মতুং ওন্থোক্লম্মি কৈরাক্ত, নোংলক্ত য়েংখি মমিংন করিম্নু থোশারুদ্রে মান কাখিব অনেম্ব থাক থাক্তু। অহুম্ন সীজারন তৌরব য়াই, মহুনদি তৌদনব মাবু থিংউ। অহুগ খংনবহুন মান ওইরিব পোংতুগি মচুদি লৈরোই-দবন স্নম হায়ন শেম্মো, মান হুজিক ওইরিবসি মথৌ শঙলগ অসুম অসুম্ন কা হেন্দোরকনি অহুনদি মাবু লাই-রেন মরূমগুম খল্লু, মচা ওল্লগ মাগি জাংকুম্ন তমথীরক্কদব অহুনদি মরূম ওইরিবৈদ মাবু হাংহোরো।

( লুসিয়স অমুক চংলকই )

লুসি— কা মহুংদ মোম থাঙ্গংহোরে ইবুংঙো, মিহুংথোংদ মৈথেং

ব্রু— নত্তে, ব্রাশক্রব নত্তে ; মীয়ামগি মাইথোংন, ঐখোয় থবাইন নান খাংবন, মতমনি শেরান্নবসিন— অশোনব থৌইন-শিন তোয়ন কায়গনব ওইরব, অদুদৈ মী থুদিংন মাগি মাগি ফমুংদ তম্ন হন্নরবদি,— ব্রাংন উনরব মীওৎ থৌরাংগি চত্থজরসন্নু, মী খুদিংমক মাগি মাগি পালি লাকপদ কেন্দুন তানব। অদুগ মখোয়সিন মৈরাক মতিক চান পুরবদি ঐন য়াওরম্নি থাজবগুম, পাংদবশিংবু চুথৎনব অমদি নুপীগি মহীচেল্লব লিংজেলবু মথৌহাপ্নব ইম্পাৎন, অদু ওইরবদি ইরৈবাক মচাশা, ঐখোয়দ শাজেন থৌজিনব কান্নদে, ঐখোয়গি লন্নাইগি মরমসিদন য়াম্রাও শেমদোক্নব ঐখোয়বু, ইন্সিনবদ ? অশেংব রোমান নত্তন অতৈ করি লীপুন্নো জবান তৌরুরগ ংল্লোইদবসিবো ? ব্রাশক অতৈ করিনো পুকচেল শেংবগ পুকচেল শেংবগ লেপ্নরগ মসি অম্নুম অস্নুম ওইহল্লসি নত্রগ মসিগিদমক ঐখোয় তুরসি হায়বু নত্তনা ? ব্রাশকসন্নু পুরোহিতশিংদি, পাংদবশিংদি অমদি মীতোকচাকশিং, লিরব তীল অপুম অশাদ য়াওব-শিংদো, অদুগ অরানববু য়ানিংব অন্নাব খাংব-হৈবশিংনু অন্নম্ব জীবশিংদি ফত্তব মরমগিদি ব্রাশকই হায়নৈ : অদুবু মোৎংনগন্নু ঐখোয়গি থৌরাংগি অশেংব— ধর্ম্মসিদি, ঐখোয়গি লিংজেলগি নমহৎপ য়াদব মথৌত্নুবুদি, অস্নুম্ন ব্রাখল তৌত্নন মত্নুদি ঐখোয়গি থৌরম নত্রগ থবক অসিদি ব্রাশক্রব চংই ; রোম মচাদ পকইব লেমন পকইবু ঈ মরীক খুদিংদো শাথীন মোৎলব ওইগনি মহাক্র মথৌন থুংলকপা ব্রাশক্কি পিক্রব মচেৎ অমত্তং কাইহনবদ।

কে— সিসরাওদি কমদৌসি হায়বা? মডোন্দস্থু তাকসিরাও? ঐন নীংবদি মহাকস্থু ঐখোয় ইনাক্ত লেপ্পদ কানগনি।

কা— মহাকপু খন্দোক্নুসি।

সিন্না— চুমদে, করিগুম্ব মরমদৈস্থু।

মেট— ওহ, মহাক য়াওহনসি; মাগি মপোক অভোবহুন মীয়ামগি য়ানিংব পুকচেল লৈনব য়ানি, মীয়াম্থু থাগৎহনব য়ানি ঐখোয়গি থবক্ত; (অস্থুন্ন হায়নহন্নি মতুদি মাগি বিচারন ঐখোয়গি থুৎশিংবু ভাকলি, অতুগ নহাগি লৌচিং অমদি মঙ'উ অতুদি হস্থদোব নত্তে, মাগি চীংলেম্বতুগি মস্থুংদ ফুমগদবনি।

ক্র— ওহ, মাগি মমিং পনগন্থু; মাগ ঐখোয় থংনম্নুসি, মরমদি মহাক মী অতোপ্প অতৈন হৌরম্মব থবক অমত্তগি মতুং ইল্লু য়ারোই।

কে— অতুদি মহাক য়াওহল্লগ্নসি।

কা— অওইবনি, মহাক মতিক চাদে।

দেস— সীজার নত্তব অতোপ্প মী অতৈবুদি শোক্লুসিরা?

কে— দেসিয়স, নংন হৌদোরকপ ফৈ, ঐন নীংবদি মার্ক ঐন্টনি, সীজারন অতুক লুন তৌব নিপাতুন সীজারগি মতুংদ হিংহৌবদি চুমদে; (মাবু ঐখোয়ন থেংনরনি, য়ান্ন শরৌশিনব হৈব নিপা অমা ওইন; নখোয়ন থভিভ মাগি পাম্বৈহু;

হেন্ন নিংখিন শিজিন্নখ্রবদি ঐখোয়বু, ওৎপ য়ান শা'দোক্কনি;
মহু থিংনবৈদমক ঐন্টনী অমদি সীজার পূন্ন তুখিসন্নু।)

ক্র— মহুদ ঐখোয়গি থোদোহু তমথীমনব তানি কাইয়স কেসি-
য়স, মকোক্তু ককথৎলগ কোন্ন মখোঙ মখুৎ শোইদৎপদি
শিবদ শাওরগ কোন্ন কল্লকপ তানি, মরমদি ঐন্টনী
করিস্নু নত্তে সীজারগি কায়াৎ অমত্তনি; ঐখোয় ওইসি
যজ্ঞ লিংখৎপ মী, শা হাৎলগ য়োনবশিং ওইন্নসি কাইয়স।
ঐখোয় পুন্নমক সীজারগি লীচিংহু শিংননিংই; অহবু
মীয়ামগি লিংজেলহুদ ঈ পান্নদি য়াওদে। অহুনদি ঐখোয
সীজারগি লীচিংহুদ থেংনসি, সীজারবু মতুপ_মতুপ্তি কুক-
থৎন্নুসি! তৌইগুম্বস্নুং, অন্নাবদি সীজার শিবদি তাবনি
মহুদ! পুকচেল চাউরব মরূপশা. ঐখোয় মাবু নিপা
থোক্ল হাৎসি, শাওবদি তৌন্নুসি (মাবু ঐখোয়ন পামসি
লাইশংদ কৎপদ মতিক চাব য়েঙ্গাং মখেল অম ওইন,
হূইদ পীজনব শহুম শহুমগুম কবন্নুসি: ঐখোয় থম্মোই-
শিংসিন, অচৌব ওঝাশিংন তৌবগুম মীনাইশিংবু শাও-
বৈ থবক তৌহন্সন্নু, অহুগ কোন্ন চৈহৎপ মালহনসি।
অহুম তৌরবদি ঐখোয়গি থৌরমহু তৌদব য়াদবদৈনি
কল্লকপদৈ নত্তে হায়ননি: মহু মীয়ামগি মিৎন উরগ ঐ-
খোয়বু হায়ননি অমোৎপ লৌথোকপনি, মীহাৎপশিং নত্তে
হায়ননি। মার্ক ঐটনীগিদি, মাগি য়া খল্লুন্ন, মরমদি মহাক

সীজারগি মকোক ককখ্রগ লেমহৌব পাম্বোমদৈ হেন্ন করিস্নু তৌব ভস্নোই।)

কে— অত্থবু ঐ মাবু চিংনৈ ;—
মরমদি, মান সীজারবু ম্ন্যশিবত্থ মন্না তাখ্রে।

ক্র— ওন্থোকপনি ফরব কেসিয়স, মাগি খল্লুন্নু, মহাক্ন সীজারবু ম্নুংশিরগ, হেক তৌব য়াব হায়ববু, মশা মতোমতদ,— ব্রাখল খনব অত্থগ সীজারগিদমক শিখিব, মত্থন্নু মান হাকমল্লি খল্লি, মরমদি মহাক শান্নব, ভাওখেব, মীয়াম তিন্নব হৈনৈ।

ট্রেবো সিন্না । মঙোন্দ কিনিঙাই লৈতে, মহাক শিগ্রসন্নু ;
মরমদি মহাক হিংগনি অমদি নোকনি মতুংতুদ।)

( ঘড়ীন পুংজা য়ৈ )

ক্র— অমুক্ত ভাইখো, পুংজা থীয়ু।

কে— ঘড়ীসি পুং অন্থম য়ৈখ্রে।

ট্রে, সিন্না— কায়নব মতম চারে।

কে— অত্থবু চিংনব অম লৈরিনে হুজিকস্নু, ভসিবু সীজার লাক্কদ্রা লাকওইদ্রা হায়বগি : মরমদি মহাক হন্দক মরকসি য়াম্ন পওথা থাজগল্লে ; মাগি হান্ন লৈরম্ন মোক্তে লাপ্ন ব্রাখন-মিন্নাং, মঙলান অমদি লোনচৎকি মরমদ ; ওইব য়াই উনরিব খুত্তমশিংসি, অহিংসিগি পওন থোকখিদব অকিব-শক, অমদি লাইবাউ খওলবশিংন থাম্বন মহাকপূ ভসি কেপিটোলদ লাকহন্দব য়াই।

দেসি— মহু করিমত কিরুমু; মান অহুম লেপখ্রবমু ঐন মাবু পুরকপ ওম্নি; মরমদি মহাক্ন তাব পাম্মি মহুদি শগোল হিংচাবশিংবু উয়াম্ননমথাক তৌব য়াই, শওমশিংবু মিং শেলন, শামুশিংবু কোম ময়াম্না, নোংশাশিংবু লাং ময়াম্ন অহুগ মীশিংবুন চীরোল হৈবশিংন, অহুগ ঐন মঙোন্দ হায়ব মতমদ মহাক্কি চীরোল তুক্কজে, মাসু হোয় চুম্মিদি হায়রগ খমথেংন হরাউথি। ঐ থবক তৌগে; মরমদি ঐন পীব ওমগনি নাগি লীচিংহুগি অশেংব মচু, অহুগ মাবু শোয়দন কেপিটোলদ পুরক্কে।

কে— নত্তে, ঐখোয় ময়াম্মক হেক্ত পুম্ন চৎলগ লৌরুসে।

ক্র— পুং ৮ তাবদ; মহুন থেংলবদ নত্রা?

সি— মহুন থেংলবদ ওইনসি, শোইনব য়াদ্রে।

মেটে— কাইয়স লিগারিয়সন সীজারবু য়ান খাংই; পোম্পেবু থাগৎলুবগি মঙোন্দ চৈবিবৈদমক; ঐ ওকই নখোয় কনামতন মাবু খম্নরুদে।

ক্র— হুজিক, ফরব মেটেল্লস, মহাক উম্নখো। মান ঐবু লূন তৌই, মহুগি মরম ঐন পীখি মঙোন্দ, মাবু সিদ খর থারকউ, ঐ মাবু মওং তাহনগে।

কে— অয়ুকসি থুংলরে ঐখোয়দ; নংবু থনম্মগে ব্রুটস, মরূপশা চংনরসি, পুম্নমক কাউদি কাউনম্নুসি নখোয়ন হায়খিবথেংহু, অহুগ নশানশাবু অশেংব রোমানয়চাশিংনি হায়ব উংলু।

ব্রু— ফরব লৈবাকমচাশা ; ব্রাইশংন মুংঙাইন উহল্লু ঐখোয়গি মাইখোংদ নীঙলিবশিংত্থু উংনম্নুসি, রোমগি লীলা য়াওবশিংন পুনবগুম অর্রাব থডনদন শকফম কায়নদন ; অত্থুদি বিদায় মী থুদিংমক্ত।

( ব্রুটস নত্তন অতৈ লোইন চৎখ্রে )

নিপাম্মচা ! লুসিয়স ! কন্ন তুমথরব্রা ! করিস্নু নত্তে; মুংঙাইয়ু তুম্লিংবগি লুমথরফপ খোঙহী লিক্লাত্থন ; নঙোন্দদি মশাং পানব লৈতে, লৈতে ব্রাথন মিরাংস্নু মত্থুন মীশিংগি থোপ্তু চংলগ ব্রাইচিলহনবদো ; মরমত্থুননি নংন অত্থুক পূম্ন তুম্লিব।

( পোর্সিয়া চংলকই )

পোর্সিয়া— ব্রুটস, ঐখোয় ইবুংঙো !

ব্রুটস – পোর্সিয়া, করি পাম্বগে ? কৈদৌবৈনো নংন হুজিকপু হৌগৎলকইবা ?
মত্থুম তৌবদি নশা ফনব ওইরোই,
অশোনব হকচাংদো অয়ুক্কি অইংবদ থাদোকপদি।

পো— নঙোন্দস্নু মত্থু ফংলোইয়ে। লীচৎ চুমদন ব্রুটস নং, ফমুংদৈ লোন্ন থোকখি ; ঙরাং অহিংস্নু, চাক চারিঙৈদ নং থংহৌ হৌগৎখি, অত্থুগ কোইচৎ চংখি ব্রাখল খন্নুন মুংশা মপি হোন্দুন নখুং কারল চন্নগ ; কৈদৌরবগে হায়দুন হংব মতমদ নংন মিৎয়েং চুপ্দন ঐঙোন্দ য়াক্ক য়েংলকখি, ঐন অমুক তকশিন্দুন হংবদ নকোক হোৎখি, য়াম্ন

লাংতক্নন নখোংডতুন লৈবাক্ত নমথাখি, অতু ঐন তক্লখি: নংদি খুর্ম্মু য়াখিদে; মখুৎতু শাওরংনন খৎতুন ইঙ্গিৎ পীবকই ঐবু চৎখিনব; ঐন চৎখি, নংগি লাংতক্লবতু হেঙ্গৎ-খিনি হায়ব কিবন, মতু মী খুদিংদ পকপ মচিং করিগুম্ব পুংভমদ, ওইরমানে নিঙখি, মতুন নংবু চাহন্দে, য়ারী শাহন্দে, তূমস্থু তূমহন্দে মতুন করিগুম্ব নংগি নতৌদ ওনহল্লিব অতুম্ন, নশক্ত ওলহল্লবদি ঐ নংবু নশক খঙঙ-রোই ব্রুটস। চান্নরব ইবুংঙো, ঐঙোন্দ খঙহনবিয়ু নংগি অন্নাবৈ মরম।

ব্রু— ঐ হকচাং কয়া লুংঙাইতে, মতুন লোইরে।

পো— ব্রুটস অশিংব মীনি, মহাক মশা ফংলমদব থোক্লবদি, মতুদৈ ফগংনব পাম্বৈতু পায়রমগনি।

ব্রু— করিনো, ঐ তৌষনে পোসিয়া। ফরবী পোসিয়া ফমুংদ তূম্মুরো।

পো— ব্রুটসপু হকচাং ঈরব্রাও? মসিবু হকশেল কাংলোনলাও, ফুরিৎ হৈরু পান্দন অচোৎপ অয়ুক্কি— ঈনিল চুপ্পি-রিবতুবো? করিনো ব্রুটসপু হকচাং ঈরগ অরুম্ব ফমুংদৈ লোম্ন থোক্তুন অহিংগি অচোৎপ অমস্ব লৌরক্লব, লুংশিং শেংদব হোঞ্জিন্দুন অনাব হেঙ্গৎহনব্রাও? নত্তে ঐগি ব্রুটস; নংগি নবুক্লিংদ করিগুম্ব অনাবগুম্ব লুংঙাইতব অম লৈরে, মতু ঐগি ইফমগি ফংফম থোকপ ওইন, ধর্ম্ম ওইন ঐন

খণ্ডভম থোকপ; খুকউ লৈতান হায়জরি মতম অমদা থাগৎপিরন্থ ঐগি শক্র, নংগি মুংশি রাশকশিংহুন, ইবা-নীবু অমত্ত ওইহনব অচৌব রাশক অহুন ভেংবাংম্নন নীজরি তাকপিনব ঐঙোন্দ নংগি নশাদ নংগি তম্খাইদ করিগিনো নংন ফুম্বংনরিবা করম করম্ব মীতানো ঙসি অহিং নংগ উনরবহু— মরমদি সিদ লাক্লম্মি তরুক তরেৎলোম মমাইহু খুমজিন্দুন অমম্বদৈ কাওব।

ক্রু— কুম্থমু, মেংলবী পোর্শিয়া।

পো - ঐ তৌরম্মোইদবনি নহাক্র অমেংব ক্রুটস ওইরম্মবদি। লুহোং লীপুন মমুংদ ঐঙোন্দ তাকউ ক্রুটস, নঙোন্দ লৈব অচেৎপ রাসিবু ঐন খণ্ডব য়াদে হায়ব-লৈব্রাও? ঐবু নশা নব্রাও নব্রগ করিগুম্ব অনেকপ্রাও, নংন চাবদ চামিম্লনব, নংগি ফমুংহু লুমহম্লব, অহুগ করিগুম্ব নংগ-বারী শামিম্লনব? ঐন লৈজরিবসিং নংন চানবিবগি লৌব্লাই মচীদ নব্রাও, মহু নব্রবদি পোর্শিয়া ক্রুটসকি ওক্তুবীনি, মান লৌব মুপী-নব্রে।

ক্রু— নং ঐগি থাজরবী ইকাইখুম্নরবী মুপীনি; ঐগি ম্লারব থম্মোইদ চেম্লকইব অঙাংব ঈরিকুম ঐন লুন নীঙজরবী।

পো— মহুন অচুম্ব ওইরবদি ঐবু খওফম থোক্তরাও অরোনব ম্লাহু। ঐ য়াই, মুপী অমনি, অহুবু হুজিক্তি ইবুংঙো ক্রুটসন লৌবিখিব মুপী অম; ঐ য়াই মুপা অমনি;

অহুবু মমিং চৎলবী মুপীনি কেটোগি মচামুপী। থনবিত্রা ঐবু মুপীগি জাৎত পোকপী পাংদবী অমনি হায়ন— অহুম্ব ইপান পোক্লবস্থ অহুম্ব মুপাগি মুপী ওইরবস্থ? নংগি অরোনব ম্রাহু তাকপিয়ু, ঐ মহু তমথোকওই; ঐগি ইবুক লেম্নগি মতিক চাব প্রমান পীখ্রে ইথন্দ কৈবাক অসিদ ইশান য়ান থিঙ্গাইজহুন। মহুবুদি ঐ থাংব ঙমখ্রগ, ইপুরোইবগি অরোনব ম্রাদদি ঙম্মোইত্রাও?

ক্রু— হে লাইয়ামশা! পুকচেল চাওরবী মুপীসিগি মতিকচাব নিপা ওইহনবিয়ু ঐবু!

(থোঙদ দাং দাং থিল্লকই)

তাও, তাও! কনানো অমন থীল্লি; পোর্সিয়া, চংশিনথো ঙহাক্লুং; থুনমক নং তাব ফংগনি ঐগি থম্মোইগি অচেৎপ ম্রাসি; ঐগ ঙাংন শানরিব পূম্নমক নঙোন্দ খঙ-হনগনি অম্রাব পিশুমগি লীচৎসু। থীন্দন ঐবু থনম্মো।

( পোর্সিয়া থোকখি )

লুসিয়স, থোঙদ থিল্লিবহু কনানো?

( লুসিয়স চংমিন্নরকই লিগারিয়সক )

লুসি - সিদ অনাব অম লৈরে, ইবুংঙোগ ম্রারী শাজনিংব।

ক্রু— কাইয়স, মেটেল্লসন হায়ব 'নিপাহু—

নিপামচা, নং হন্দোকখ্রো। কাইয়স লিগারিয়স, কমদৌব?

লি— শোল্লব লৈয়েং অমন হরাউন কৌজবসি থুম্বিয়ু।

ক্রু— ওহ, ওস্থোকপ মতম্ন অম থল্লুবেদা অথৌব কাইয়স,
রুমাল অম য়েংলব! নংন কবিগুম্ব নারমভ্রবদিকো!

লি— ঐ নাবোই, করিগুম্ব ক্রুটসকি খুৎতা লৈববদি করিগুম্ব পাংগদব থবক ইকাইখুম্নবদ মতিকচাব।

ক্রু— অদুম্ব থবক অম লৈ ঐগি খুৎত, লিগারিয়স মহু তানব মশা শেংব নাকোং নংগি লৈরবদি।

লি— রোমানশিংন খুরুম্নব লাইয়াম্ন সাক্ষী, ঐগি অনাবদু ঐ লংথোকখ্রে সিদ! রোমগি থবাই। অথৌব মচা, ইকাইখুম্নবব শাগৈদৈ হৌরকপ। নহাক্ক মাইব অমগুম্ন তাম্থোকপিখ্রে ঐগি থম্মোইদ মুংডাইরমদবদো। হুজিক চেল্লু হায়ন য়াথং পীবিরো, ঐ ওইথোক্লব থবক পাল্লজগে মানি, মহুগি মথক থংজগে। করিনো তৌগদবদো?

ক্রু— থবক মতেং অমনি, মতুন অনাব মীবু মশা পূম্ফ ফহনব।

লি— অদুগ মশা ফব থববু ঐখোয়ন নাহনগদবস্নু য়াওদ্রাও?

ক্রু— মহুম্নু ঐখোয়ন তৌব তাবনি। মদু করিনো হায়ব, ঐগি কাইয়স, ঐ নডোন্দ হায়গে, কনাদনো মহু পাংদোরিবা ক্লায়বদু।

লি— খোঙ থাংবিরো; নৌন চুখৎপ থম্মোইগুম ঐ নতুং ইঙ্গগে তৌনব করিনো থওদব থবক্ক; ক্রুটসন ঐডোন্দ তাকপিরগ হেক্ক লোইরে।

ক্রু— ইতুং ইল্লকউ, অদুদি। (থোকমিল্লখি)

২ব মতাং
## ২ব উৎপা।

### রোম, সীজারগি কোন্নুংদ কা অম।

(নোং থাকই, নোংথাং বুপই ; সীজাব চংলকই নাইট গাউন শেংলগ)

সীজা— নোংথক্তুস্নু পৃথ্বীদস্নু ঙসি অহিংসি পোথাব লৈত্রে, অহুম্নক্কি কেলফুর্নিয়ান তূম্ন তূম্ন লাওথিব ; তোংবাংও কনা কনানো ! মখোয়ন হাংলে সীজাব।”— কনা লৈ মন্নুংদা ?

( মীনাই অম লাকই )

মীনাই— ঐগি ইবুংঙো !

সীজার—চংলু পুরোহিতশিংদ হায়রু ঈড়াংনব, অহুগ পুরকউ— য়াইফ পাউ।

মীনা— য়াম্ন ফনি ইবুংঙো। ( চংথি )

( কেলফুর্নিয়া চংলকই )

কেল— কৈদৌরিবনো সীজার ? চথোকপিরুগে নীংবিব্রা ? ঙসিদি য়ুমদৈ মপান্দ চথোকপিব যাদে।

সীজা— সীজার চথোকউব তায় ; ঐঙোন্দ কিহনলম্ব পোৎশিংহু কৈদৌঙৈদ য়েংখিদে ইতূংদ নত্তন ; মখোয়হুন সীজারগি মাইথোংসি হেক উবগ মাংথিনি।

কেল— সীজার, ঐ কৈদৌঙৈদ তোংখিদে খ্বাইন চংনব থাজনবদ অহুবু হুজিক্তি মখোয়ন ঐবু কিহল্লে। ঐথোয়ন তারিব

উরিবশিংসি মথক্ত অম মনুংদ লৈরি, মতুন খ্বাইদৈ অকিব পীব সন্ত্রীন উরকপনি। নোংশা অমোম অম মচা পোক্লে লমজাও শোড়োক্তা, মোংফমশিংন চেংখায়রক্তুন অশিব-শিংহু লাম্হোক্লক্লে ; অকিব ফংন মৈহৌরব লাম্মীশিংন লাম্হেংনরি লৈচীনথক্ত, হাকথেংনন কাংলুপ কাংলুপ লানগি হৌনবী মওংদ, মতুদৈ চুথরকখি ঈগি নোং কেপিটোল মথক্ত ; লানগি নিনখোংবতুন অতিয়া শিনব থুংখি; শগোল-শিংন খেকখি, শিরমদাইদ মীশিংন খোংখি, ভূতশিংন লমজাওদ য়াক্ল লাওখি; তেংথাখি। হে সীজার, মখোয়-শিংসে মহৌশাগি মতৌ নত্তে, ঐ তশেংন কিজৈ।

সীজা— করিনো নাম্হোকপ য়াগদববো, মতুম খোকউ হায়তুন মতীকলৈব লাইশিংন তমখ্রবদা ? অতুবু সীজার চথোক-উব তায় ; মাংজোনন ফাওরিবশিংসি তাইবং পূম্বগিনি সীজারদগি নত্তে।

কেল— চাকনিবশিংন শিব মতমদদি সঙ্গাইশেল পাইব উনদে, নিংথৌমচাশিংন শিবদদি অতিয়া মশান চাক্লগ ভাম্হোকই।

সীজা— পাংদবশিংন শিত্রিভৈ মমাংদ তোইন শি ; অথৌবশিংদি অশিবৈ মহাও খওদে অমুক্তে হেন্ন। ঐন হুজিকফাওবদ তারব অঙকপশিংগি মনুংদ খ্বাইদৈ ঐভোন্দ ভাব তাদবদি মীশিংন কিভম খোকই হায়বতুনি, উনরবমক্তদ অশিব হায়বসি চেনব য়াদ্রব অরোইবনি, লাকনি মান লাকপ

মতমদ। ( মীনাই অমুক চংলকই )

লাইফাউশিংন করি হায়রকপা ?

মীনাই—মখোয়দি ঙসি ইবুংঙোবু চখোকহল্লিংদে। বলি কংলব শা অমগি মবুক মরীল ফাল্লগ মখোয়ন থিনবদ থম্মোইহু ফংব ঙম্নখিদে।

সীজার—লাইশিংন মহুম তৌরিবহু পাংদববু ইকাইহনবনি, সীজারন ঙসি কিবদৈ য়ুমদ লৈথোকপ তারবদি সীজারদি থম্মোই য়াওদব শাদ তারনি।—

নত্তে, সীজার লৈথোক্লোই : খুদোংথীবন মুন্ন খঙই মহুদি সীজারন মঙোন্দৈ হেন্ন খুদোংথী হায়ব। ঐখোয় অনী নোংশা অনীনি নোংমত্তদ পোকমিন্নব, ঐন মঙোন্দৈ হল্লি, শাথীবদস্তু হেল্লি— অহুনদি সীজার চখোকউগনি।

কে— ওস্তোকপনি, ঐগি ইবুংঙো. নংগি ৱাথন মচংহু তুমহনখ্রে থাজবদ। চখোকপিথিনু ঙসিদি ; মহু ঐন কিবনি হায়বিয়ু নহাকপু য়ুমদ থম্মিবহু, নংগি নশাগি নত্তে। ঐখোয়ন থাখিসি মার্ক ঐন্টনীবু সিনেট ফম্ফমদ; মহাক্ত হায়রুনি নহাক্তি ঙসি হকচাং ঙমদ্রে ; খুকউ লৈতাজরে, হিরম অসিদং ঐবু ঙমহনবিয়ু।

সীজার—মার্ক ঐন্টনীন হায়রুরসন্থু ঐ হকচাং ঙমদরে, অহুগ নংগি লীচিংসিগিদমক ঐ য়ুমদ লৈরগে। ( চেংলকই দেসিয়স ) সিদ লাক্লে দেসিয়স ব্রুটস, মহাক হায়রুরসন্থু অহুম মখোয়দ।

দেসি— সীজার, য়াইফবিয়ু। উনজব নুংঙাইরে, মতিক চারব সীজার ; ঐ ইবুংঙোবু সিনেট ফম্ফমদ পুগে লাকচবনি।

সীজ— নংন লাকইবসি তান য়াম্ন চারে, সিনেটরশিংদ ঐঙোন্দে য়াইফপাউ পীরুনব অতুগ মখোয়দ তাকউ ঐ ঙসিদি লাক্ক্রোই : ঙমদ্রে, হায়ব লাল্লি, অতুগ কিরেন অমুক হেন্ন লাল্লি ঐ ঙসি কারক্লিংদ্রে, অতুম্ন মখোয়দ তম্মু, দেসিয়স।

কে— মহাক নারে হায়রু।

সীজার—সীজারন মীনম্ব ব্রা থাখিদ্রাও ?—
লানঙম ফিরাল থেংলুবদ অতুক লাপ্ন ইপাম্বোম তিংখোক-উবত্ন মকোই ঙোরবশিংদ অচুম্ব ঙাংব কিনব্রাও ? দেসিয়স, চংলু মখোয়দ তম্মু সীজার লাক্লরোই।

দে— খ্বাইদৈ মতিক লৈরব সীজার, মরম করিগুম্ব অমদি খঙ-হনবিয়ু ঐবু মখোয়ন নোক্লবিদনব, পাউত্থ, তমজরুবদ।

সীজার—মরমতুদি ঐগি ইনীঙদ লৈরে, ঐ লাক্লিংদ্রে। মতুন হেন্দোক্ল ওক্লে সিনেটরশ পেন্নবদি। অতুগ নঙ নরন্নাইগি পেন্নবদি ঐন নংবু মুংশিবনিন খঙহনগে নহাকপু—কেল্প-ফুর্নিয়া, সিদ লৈরিব ঐগি মুপীন ঐবু য়ুমদ থম্লিংঙে ; ঙরাং অহিং মান মমঙদ উথি ঐগি অশাব ইমি, মতুন মচীন চাম লোংব পেরেগুম তশেংব ঈ ক্লাপথি, ঈথৌলাংব রোমান কয়া লাকখি মোমোন নোক্লুন অতুগ মতুদ মখুংশিংদু হাম-দোকখি হায়, মখোয়সিবু মান লৌরি চেকশিনহনবনি,

খুত্তুম্নি, নক্লব খুদোংথীবগি ; অদুগ মথুন্ত লৈতান হায়ংজরে, ঐবু ডসি য়ুমদৈ থোকপিন্নু হায়ন।

দেসি — মও অদুবু শেরাম্নন অর্থ হনবিরে ; মদুদি ফজব অমদি—লাইবক ফবৈ মিৎউ-মমিনি ; নংগি শকমিন উতোং কয়াদ ঈগি ঈফুৎ কাপ্প, মদুদ মোমোন নোকপ রোমানশিংন ঈরুজনব, মদুন তাকপদি চাউরব "রোম্ন নঙোন্দৈ থক্লগ ঈ মুংহল্লোই, অদুগ মী অচৌবশিংন তান্নরনি মদু তোংননব মচু শংননব, খাকহৌনব, খঙহৌনব। মসিনি কেলফুনিয়াগি মওদুন উংলিব অর্থদি।

সীজাব - অদোমদ নংন ফজন অর্থ হন্দোকলে।

দেসি— ঐগিদি, ঐন হায়জব ঙস্ব'সি তাবিরগ হুজিক খঙবিবনি সিনেটন রাবেপ তানখ্রে ঙসিমক কৎল'সি হায়দুন লুহুব অম মতীক লৈব সীজাবদ। ইবুংঙোন ঙসি লেংলক্লরোই হায়ন পাউ থাবিখ্রবদি মখোয়গি পুক্লিংদু ওনখিব য়াই। মদুগি মথক্ত মসিদি কনাগুম্ব অমন করেম্নব'ব্রা ওইন হায়খিব য়াই "কায়নবো সিনেট ফম্মিবসি মতম অম ডাইরসি সীজারগি মুপীন হেন্ন ফব মও অমুক মওিদ্রফাওব" সীজারন মশাবু লোৎতুন থম্মবদি মখোয়ন ডাংনরোইদ্রা মুরুম মুকম ; য়েংউ, সীজারসি কিরদ্রা ? ঐবু ডাকপিযু সীজার, ঐন য়াম্ন মুংশিজদুন য়াম্ন, ঐডোন্দ অদুম হায়রু ইন্সিল্লকপনি, অদুগ মুংশিবৈ মথক্ত ভৌব বিচারনি লান্দি লানগল্লিকো।

সীজার—কয়াদ পণন উরবনো নংগি অকিবত্থু হুজিক, কেলফুর্নিয়া !

ঐন মত্থুদ য়াক্লবত্থ ইত্থম ইকায়রে। ঐগি ফিজোন্দু লৌ-খোকউ, মরমদি ঐ চৎপ তারে। য়েংউ, আদ পব্লিয়স লাক্লে ঐবু লৌব।

( চংলকই পব্লিয়স, ব্রুটস, লিগারিয়স, মেটেল্লস, কাস্কা, ট্রেবো-নিয়স অমস্তুং সিন্না )

পব্লি— খুরুমজরি সীজার।

সীজার—চংবিরকউ পব্লিয়স !—

করিনো, ব্রুটস, অস্তুক ভন্ন নংস্থ য়াওরকইব্রা ? —

নুংঙাইব অয়ুক, কাস্কা— কাইয়স লিগারিয়স, সীজারদি কৈদৌঙৈদস্থ নংগি অত্থুক য়েক্লব ওইখিদে ফত্রব কাঙ অরুম্ন নংবু পাহল্লিব অত্থম্নদি।— পুং কয়া তারবগে ?

ব্রুটস—সীজার, নিপাল য়্বেখ্রে।

সীজার—ঐন নখোয়বু থাগংচরি চানবিত্থন ব্রাবিরকপগি।

( ঐন্টনী চংলকই )

য়েংউ! ঐন্টনী, অহিংদ কুইন নুংঙাইব নিপাসে হৌ-গৎলক্লে ভস্তান।

নুংঙাইব অয়ুক, ঐন্টনী !

ঐন্টনী—য়াইফসত্থু, খ্বাইদৈ পূক্চেল চাওব সীজার।

সী— শেম শারো হায়ু হায় মথুংদ। অস্তুম্ন ভাইহনবদি ঐগি ইরাল ওইনি। হুজিক সিন্না ; হুজিক মেটেল্লস ;

করি, ট্রেবোনিয়স! ঐ নখোয়গ পুং অমবোম ল্লারী শাগদোব লৈ; নিংশিংউ, নখোয় ভসি ঐগ উল্লগদবনি; ঐগি ইনাক্ত লৈযু, নখোয়বু কাউদনব।

ট্রেবো—সীজার, ঐ লৈজনি; অস্নুক মতিক নক্ন ঐ লৈগনি মত্নদি নহাক্কি অথোইব মরূপশিংন খনগনি ঐবু লাপথোকহনব চুম্মি।

সীজার—ফরব মরূপশা, মন্নুংদ চংবিয়ু—মহাও তংমিল্লসি ঐহাক্ত য়ু খরদং;—

অত্তুগ ঐখোয় মরূপডাক্ত ওইন চুমদ্রিং চৎমিল্লখ্রসি।

ব্রু— অপাম্ব খুদিংমক চপ মান্নদে, ও সীজার! ব্রুটসকি থম্মোইন লাৎতক্নরি খন্থনব! (চংখি)

২ব মতাং
## ৩ব উৎপ।

বোম, লমজাও অম কেপিটোল মনাক্ত।

(আর্টেমিদোরস চংলকই চে অম পাহ্নন)

আর্টে—সাজার, চেকশিল্লু ব্রুটসপু. কেসিয়সপুন্থ, কাস্কাগি মনাক্ত নকউন্থ; মিৎ নাম সিন্নাদ থম্মু; ট্রেবোনিয়সপু থাজবিরুন্থ; মেটেল্লস সিম্বরবু নিংথিন শেন্নৌ; দেসিয়স ব্রুটসন নংবু মুংশিদে; নহাক্ন অরানব তৌখ্রে কাইয়য় লিগারিয়সত। মীয়ামসিগি পুকচেল অমত্ত ওইখ্রে; মত্ন সীজাবগি মাইয়োক্ত

কোন্থবনি। নংন শিব নাইদব নত্তবনিন, খুকউ শেল্লু; শোইরোই খঞ্জবন লম্বী পীবনি শরৌশিন্নবশিংদ। ম'তক চাউব লাইয়াম্ন নংবু ঙাকপিসম্নু?

নংবু মুংশিব—

আর্টেমিদোরস

ঐহাক মুন্নাইদ লেপ্তুন ঙাইগে সীজারন লাম্ভোক্লব ফাও, দরখাস্তকারী অম ওইন মসি ঐ মঙোন্দ কংকে। ঐগি থম্মোইন তেংথারে ধর্ম্ম হিংব ঙম্মরোই কল্লক য়েংথীব-শিংগি য়ারক্তগি।

নংন মসি পারবদি, হে সীজার, নহাক হিংলব য়াই; মন্থু নত্রবদি, লাইবক্ক থাজব হাংপশিংগ লৌতুনখ্রে। ( চৎথি )

---

২ব মতাং

## ৪ৰ উৎপ।

রোম, লম্বীতুগি অতোপ্প মফম অমদ,
ব্রুটসকি য়ুম মমাংদনি।

( চংলকই পোর্সিয়া অমদি লুসিয়স )

পোর্সিয়া—ঐন হায়রিবসিনি, অচাং, সিনেট ফম্ফম তান্ন চেল্লু, ঐঙোন্দ প.উখুম পীনব লেপ্পন্থু, চৎলোনে নং চৎলো; করিগিনো নংন নৈথন্নিববো?

লুসিয়স—ঐন চৎচদোরিব পাখোন্সি খঙজনিংঙুন ইবেশ্ম।

পো— ঐন পাম্নস্মিবদি নং আদ চৎলুরগ সিদ হলহন্নিংলক্লবনি, ঐন নঙোন্দ নং কৈদৌক্দগে হায়বহু তাক্তি্রভৈ মমাংদ। হে মবুক চেৎপ! নপাঙ্গল কল্লুকো ঐগি মিচংদ। চাউ-রব চীংজাও অম খিল্লু ঐগি থম্মোই অমম্নুং লৈয়েংগি মরক্ত! ঐঙোন্দ লৈ নিপাগি পুক্নিং; অদুবু ইংতিক্তি মুপীগিনি। কয়াদ লুখ্রবনো মুপীশিংন পাউতাক হন্দুন লৈবা!—
নংবু, ছুজিক ফাওব সিদ লৈরিব্রাও?

লুসি— ইবেম্মা, ঐবু কৈদৌজো হায়বগে?
কেপিটোল তান্ন চেনব, অদুগ কৈগু তৌদব?
ইবেম্মগি নাক্ত অমুক হল্লকপ অদুগ লোইরবা?

পো— হোয়নে, ঐঙোন্দ পাউ পুবকউ, অঙাং, নং নবুংঙোহু করিস্নু তৌদে হাযবো, মবমদি মহাক মশাহু নারিশারি চৎখি; অদুগ মুন্ন য়েংলকউ, সীজার করি তৌই, ব্লাকৎ-লবশিংন মঙোন্দ কর্রি তক্লৈ হায়ব। তাও, অঙাং, করিগিনো আদ নিল্লিবা?

লু— ঐদি করিমত তাদে ইবেম্মা।

পো— ঐন হায়রি, মুন্ন তাওনে; ঐন তাখি—হৌন লাওন-খোংনব অম, য়ৈনগুনবগুম, মুংশিংন মহু কেপিটোল লোমদৈ পুরকই।

লু— অওইবনি, ইবেম্মা ঐদি করিমত তাজদে।

( চংলকই আর্টেমিদোরস )

পো— স্বল্লাইদ লাও, নিপা ! নং, কদোমদৈ লাকই ?

আর্টে—ইয়ুমদৈনি ইবেম্মা ফরবী।

পো— হুজিক পুং কয়া তাখ্রে ?

আ— পুং ৯ গি নকয়াদ লৈরম্মি, ইবেম্মা।

পো— সীজারবু হুজিক কেপিটোলদ চংলম্মব্রা ?

আ— ইবেম্মা, হুজিকফাওদি চংখিদ্রি ; ঐন চংলিবসি লেপফম চাব থিরিবনি, মহাক্ন কেপিটোলদ চংখিব উহৌনব।

পো— নং সীজারদ পীগদব করিগুম্ব ব্লাকৎ লৈ, নব্রাও ?

আ— মহুদি লৈজৈ ইবেম্মা। সীজারন চানবিদৌব ওইরবদি। মান চানবিহুন ইরা তারদি ঐন মঙোন্দ হায়জগনি মথন্দগ মঙ্গপ ওইজো হায়ন।

পো— করিগি,—নংবু করিগুম্ব মঙোন্দ মাংনব মীন তৌরক্কনি চিংনব্রাও ?

আ— তৌরক্কনি হায়ব খঙবদি লৈজদে; থোকপ য়াংই হায়ন ঐন চিংনবদি য়াম্ল লৈ। কায়নরসি ইবেম্মা, স্বল্লাইদ লম্বীসি খূঙ, সীজারগি মতুংদ ইম্নব মীয়াম, সিনেটর'শং, আফি-সারশিং; মীচম ব্লাকৎলবশিংহুন করক করক ইম্নরকপদ অশোনব নিপা অমদি শিনিংচিৎ য়োঁন ; মী থর হাং-দৌব মফমদ ঐ লৈজহৌগে, মহুদ অচৌব সীজারন লেং-লকপদ ব্না হায়জহৌগে। ( চংখি )

পো— ঐ চংখিবন চুম্মে। এস্থোকপনি ঐদি, কয়াদ শোনখ্রব পোংনো, মুনিগি ংম্মোই হায়বসে, ওঃ ব্রুটস, লাইরৈবাক্ল য়াংন পাংহনবিসন্ন নংগি খোনা থৌরমহু। শোইদন অঙাংসি ঐবু তাবম্মনি— ব্রুটসকি ব্রাকংচে অম যাওখি, মহু সীজাবন পাবিবোই।— ওহ, ঐ ব্রাস্থদোরে— চেল্লু। লুসিয়স, ঐগি ইবুংঙোদ তম্মু ঐহাক হরাওন লৈহৌই হাযন: ঐঙোন্দ অমুক লাকউ পাউ পুবক্লুন মান নঙোন্দ হায়রকপহু। (চংনখিং)

---

৩ব মতাং

## ১ম উৎপা

রোম, কেপিটোলদ, সিনেট ফম্ব।

কেপিটোল তাব লমজাওদ মীয়াম তিল্লি, মথোয় মরক্ল— আর্টেমিদোরস অমদি কিথুমপুব য়াওই। বেঙ্গুল খোংই, চংলকই সীজাব, ব্রুটস কেসিয়স, কাস্কা, দেসিয়স, মেটেল্লস, ট্রেবোনিয়স, সিন্না, ঐণ্টনী, লেপিদস, পোপিলিয়স, পব্লিয়স অমসুং অতৈ ২।

সীজার— মার্চকি থায়াইহু লাক্লেদো।

কিথুম— চুম্মি. সীজার, অদুবু চংতি চংখিদ্রি।

আর্টে— য়াইফবিয়্ন সীজাব। চেসি অমুক্ত পাবিয়ু।

দেসি— ট্রেবোনিয়সন পামজে ইবুংঙোন মাগি নোল্লুক ব্রাকংচেসি হান্ন পাবিব খ্বাইদৈ ব্রাই শংবিব মতয়দ।

আর্টে— ওহ, সীজাব, ঐগিদুন হান্ন পাবিয়ু, মবমদি ঐগিগী বা-
কৎচে অমনি, মদুন শোকনি সীজাবদ হেন্ন নক্ল; মদু পাবিয়ু
অচোব সীজাব ।

সীজাব—ঐখোয ইশাদ শোকপশিংদুন খ্বাইদৈ কোন্ন তৌব তায।

আর্টে— থীন্থবিন্নু সীজাব ; মসি খুদকসিদ পাবিয়ু।

সীজাব—করি? নিপাসিবু অঙাওব্রাও?

পব্লি— ইবুংঙোশিং, খব হন্দোকপিযো।

কেসি — কবিনো, লম্বাদবু ব্লাকৎচে পীব্রাও? কেপিটোলদ লাকও।

( সীজাব কেপিটোলদ চংই, অতৈস্নু ইন্নরকই। সিনেটর পূম্নমক
হৌগৎলি )

পোপি—ঐন আশা তৌবি নখোযগি ওসিগি থৌনা থৌরমদু মাই
পাকপ য়াই।

কে— করি থৌনা থৌরম পোপিলস?

পো— বিদায়। ( সীজারগি নাক্ত চৎখি )

ব্রু— করি হায়রম্বা পোপিলস লেনান?

কে— মহাক্ল হায়রম্মি ঐখোয়গি থৌনা থৌরমদু মাই পাকসন্ন।
ঐ চিংনৈ—ঐখোযন নীংনরিবসি খঙনখ্রব হায়দুন।

ব্রু— য়েংউ মান সীজাবদ করি হায়ব, মাবু মুন্ন য়েংউ।

কে— কাস্কা, খংহৌ-শে, অথিংব য়াওরক্কনি হায়ন চিংনরে।
ব্রুটস, করি তৌসি হায়বা? মসিবু খঙনবক্লবদি কেসিয়স
নত্রগ সীজারদি কৈদৌঙৈদ অমুক হল্লবোই, মরমদি ঐ
ইশাবু হাৎচরনি।

ব্রু— কেসিয়স, পাথৎকন্নু; পোপিলস লেনান ভাংলিবসি ঐ-খোয়ন নীংলিবসি নত্তে, মরমদি য়েংউ, মহাক মোমোন নোকহ্ন, অতুগ সীজারবদি মাইথোং লাংসিন্দে।

কে— ট্রেবোনিয়স মাগি মতম খংভিও; মরমদি য়েংউনে ব্রুটস, মহাক্ন মার্ক ঐন্টনীবু লম্বীদে ইন্থোক্লে।

(থোকখি ঐন্টনী, ট্রেবোনিয়স। সীজার অমদি সিনেটরশিং মখোয়গি ফম্ফমদ ফম্নখ্রে)

দেসি— মেটেল্লস সিম্বব কদায়দ লৈ? মহাক চংসন্নু অতুগ থীন্দন মাগি ব্রাকৎতু সীজারদ পীসন্নু।

ব্রু— মতোন্দ ব্রা হায়খ্রে: নঙ চংশিল্লু অতুগ মাব্ব শোগৎলু।

সিন্না— কাস্কা, নংন অহানবনিদো নখুৎ য়োকইবদি।

কাস্কা— ঐথোয়বু লোইন শেম শাবব্রাও?

সীজার—কবি করি ব্রাৎলিবগে হুজিক, মহু সীজার অমদি মাগি সিনেটন অব্রাব কোকহন্নগদবা?

মেটে—খ্বাইদৈ ব্রাংলব, খ্বাইদৈ মতীক লৈবব, তৌব-ওর্ম্বিরব সীজাব! মেটেল্লস সিম্বরন নংগি ফম্মাংদ নেঙ্গরি থম্মোই নেম্ন—

(খুকউ লৈতায়)

সীজার—ঐন নহাকপু থিংব তাই, সিম্বর, অতুম্ন লৈথাদ কুন্থব নেম্ন হায়ঙ্গ চংচবত্নন মীয়াম অচম্বগি ঈবু শাহনখিব নাই. অতুগ ওলহনখিব য়াই লেপ্লখব ব্রাফম, তানখ্রব রাইবু অঙাংমচাশিংগি আইন্দ। মসি থনবদ হুংঙাইরুন্নু সীজারদ ঈমাং য়াওরি; মহু মহী চেঁলহনব য়ানি অশেংব মগুণদৈ

অপঙবশিংদ তৌবগুম; ঐন হায়বিবসি অথুম্ব ম্নাহৈবুনি।
অনেম্ব অখোইব লীচৎ, হূইনা বেকপন মমৈ হায়ববুনি
নংগি ননাওন্থু বাই তাদুন লৈবাক্তে তাম্থোকখ্রে; নংন
নোম্থববদি, হায়জ-চৎচরবদি, নমৈ হায়রবদি মাগিদমক,
ঐন নংবু হূইগুম কাওথোক্কনি ঐগি লম্মীদৈ –। খঙু,
সীজারদি অবানব তৌদে; মবমম্থু চাদন মাবু পেলহনবং
য়ারোই।

মেটে – খোঞ্জেল অমত্ত লৈত্রাও ঐগিসিদৈ হেন্ন মতীকচাব, অচৌব
সীজারগি নংকোংদ হেন্ন থুম্ন তাগদব, ঐগি ইনাও তান-
থোকখিবন্থু হজিনহন্নব হায়জবসিদ?

ব্রু – ঐ নথুংসি চুপকে, চৌরোন্দি নঙে, সীজার, পামজরিবদি
নঙোন্দে পব্লিয়স সিম্বরবু থুদক অসিদ মনীং তন্নব থাদোক-
পিবনি।

সী – করি, ব্রুটস!

কে – ঙাকপিয়ু সীজাব, সীজার ঙাকপিয়ু; নথোঙমুক নেমথন
কেসিয়সন তশেংন তুজরি পব্লিয়স সিম্বরবু ভোট পীজব য়ান
থাদোকপিনব –।

সীজা – ঐসি হায়নব য়ারমগদবনি ঐন নংগুম্ব অম ওইরম্মবা মীগি
মবুক ওন্নব হায়জব হৈরম্মবদি, হায়জংদ য়ারম্মি ঐম্থ অহবু
ঐদি লেংদব মীনি অম্বাংগি থম্বান নৈরাগুম, মাগি লেংদন
লৈব, পোথাব ঙম্বে মগুনদি, অতোপ্প অতৈ কনাগি লৈতে

অতিয়া মকোয়দ। অতিয়াশিংহু মচু শঙই মশীং থীডম-দব মৈবীশিংন, মখোয়পুম্ব মৈ ডাক্লি, খুদিংমক মডান পীরি; অদুবু মখোয় মবক্ত অমথক্তনি মক্ষম লেংদব, অদুমক্তি তাইবংপান্দস্থু। মসিদ মী য়াম্ন তারি; মীশিংদি ঈনি তোংনি, অকিব খডিঙ; অদুবু ময়ামদুদ ঐ অমদি খডিঙ, মীন লাকচব য়াদব মাগি মক্ষমদু লেংদব, ইনবদ নোমদব; মহাক অদো ঐনি; মতু খিক্তং উংকে সিদস্থ ঐ লেপখি সিম্বব তাম্বোকখিব তায়হায়ন, হুজিকস্থ ঐ লেপ্তুন লৈরি মাবু অদুম লৈহন্নব।

সিন্না— ও', সীজার,—

সীজার—অহৃদি, ন'বু ওলিম্পাস (চীং) থাঙ্গৎকেরাও?

দেসি— মতীক লৈরব সীজার—।

সী— ব্রুটসপু বুট লৌথোক্তুন খুকউ লৈতাত্রাও?

কাস্কা—ডাংউ, খুৎ নখোয় ঐগি ইহু'!

( কাস্কান সীজারগি মডক্ত থিল্লি। সীজারন মপাম্বোমহৃ ফায়। অদুদৈ মডোন্দ লৌতুনথ্রব অতৈন থিল্লি, মমৈদ মার্কস ব্রুটস য়াওই।)

সীজার—নংস্থু য়াওরবকো ব্রুটস?

( সীজার তুখি, শিহুন, সিনেটরশিং

অমদি মীয়ামদু চডক্রুহুন হন্নখি।)

সিন্না— ননীডক্ষা! স্বাধীনতা! মীওৎথোব শিরে! চেনখ্রো সুরাইদৈ, লাউথোকউরো, লমজাও শোড়োক্ত চেম্বোকরো।

কেসি— খবন চৎলো মীয়ামগি লাইশোন ফম্বাক্ত, মহুদ লাও-
থোকউবো —নীঙতম্বা, অপুনব লৈতব খন্নিংব খনব য়াব!

ব্রু— মীয়াম অমদি সিনেট ফম্মিবশিং ; থুক্কৎপিগম্ম চেনবিখিন্নু
লেংদন লেপ্পিযু ; অচাউরম পাম্বৈ লম্মন শিংলে।

কাস্কা— ব্রুটস, ব্রা-ঙাংন ফম্বাক্ত চৎলো।

দেসি— কেসিয়স নংস্থ।

ব্রু— পব্লিয়স কদায়দ লৈ?

সিন্না— সিদ, লাহৌলোসিদ জ্ঞান মাংলহুন লৈরে।

মেটে—চেৎন লেপখো পূনশিল্লগ, সীজাবগি মক্ষপশিংন মতা
চাগ্রগ—

ব্রু— লেপ্পগি ব্রা ঙাংম্ম। পব্লিয়স, নবুক মুংঙাইন লৈযু, নঙোন্দ
কনানস্থ শোক পন্নব তৌনিংওই, রোমান অতৈদস্থ অহৎ-
ঙাই, অহুম্ন মখোযদ হায়রু পব্লিয়স।

কে— ঐখোয়দ থনম্মো, পব্লিয়স : নত্রবদি ঐখোয়দ চেন্সিল্লকপ
মীশিংন নংগি চহিত্থদ করিগুম্ব অমাংব থোকহল্লব য়াই।

ব্রু— অহুম্ন তৌবো ; থবক অসিগি মনাক্ত অতৈ কনাস্থ লৈরম্ম,
য়াওরুব ঐখোয় নত্তন।

ট্রেবোনিয়স অমুক চংলকই )

কে— ঐন্টনী কদায়দ লৈ ?

টু— চেনখ্রে ময়ুমলোমদ চঙাউনবহুন ; মীয়ামস্থ মখোয়গি মতু
মচাশিংনস্থ অঙাওবগুম য়েংনবে, লাওনরে, চেন্নরে, তাই-
বংগি অরোইব মুম্বিৎকুম।

ক্র— লাইবকশা। নখোয়গি ঃংঙাইবশিংন্থ ঐখোয় খঙলনি— ঐখোয় শোয়দন শিনি, ঐখোয় খড়িঙ ; মতমন্থগি য়াদনি, শাংদোকইব ন্নুমিৎশিংন্থদনি মীশিংন লেপ্পরিব।

কে— করিনো, পুন্সদৈ চহি ২০ ককথৎপ নিপান্থদি শিব কিগদোব চহি অন্থক ককথৎলবনি।

ক্র— মন্থ য়ানরবদি, শিবসি কান্নব অম ওইরে, অন্থসঙাই সীজারগি মরূপ ঐখোয়দস্থ, মাগি শিব কিগদব মতমন্থ শমজিনবিবগি।— নোম্থো, বোমান-শা, নেম্থো, ঐখোয়গি খুৎশিংসি হামদোকসি সীজারগি ঈন খুনীং ফাওব, অন্থগ থাংশিংদ তৈশিন্সি অন্থগ ঐখোয়গি ভাংলব খুৎলাইশিংন্থ কোকথক্ত হাইরগ খৈদেন কাভম তান্ন চৎলুসি লাওন্থন ; লৈবাক মরাতপ্প! অফা অপুন লৈতব। নীংখা তম্ব!

কে—— নুকথরো মন্থদি অন্থগ হামদোক্লো— মসিদৈ চহি যুগ কয়ানো ঐখোয়গি ঙসি য়াংলবঁ লীলাসি শান্নহোগদব পোক্লক্তিব লৈবাক কয়াদ অমদি খঙনদ্রিব থোম্থোকশিংদ।

ক্র— কয়ারক সীজারন ঈথেঙ তারগব শান্নব ওইন হুজিক পোম্পেগি হৌভম মখোঙদ তারিব অস্থুম্ন উফুলদৈ করিস্থ 'হেন্ন মতীক চাদন।

কে— মন্থন অন্থক তোয়ন "ওইবগুম, ঐখোয়গি কাংবুবুস্থ অন্থক তোয়ন কৌনরনি মরৈবাকপু মনীংতম্ব পীব মীশিং হায়ন

দে— করিনো ঐখোয়ন মখা চৎথগদব ?

কে— মানি, মী খুদিংমক চৎলো , ক্রুটসন লুচিংগনি ; ঐখোয়ন মাগি খুত্থং ইনগনি রোমগি খ্বাইদৈ থৌব অমদি পুকচেল ফবশিংগ লোইনত্থন।

ক্রু— ভাইখো, কনানো সিদ লাকইবা ?

( মীনাই অমা লাকই )

ঐণ্টনীগি মরূপ অম।

মীনাই—অশুম্ন ক্রুটসন, ঐগি ইবুংঙোন খুকউ লৈতানব তাকপিরকই, অসুম্ন মার্ক ঐণ্টনীন তুনব তাকপিরকই। অম্বুম্ন নোম্বরগ ঐবু হায়জো য়াথং পীরকই :— ক্রুটস পুকচেল চাওই, শিংই, থৌই, মবুক শেংই : সীজারন ওইরম্মি মতিকলৈব, মখোনা ফব, নিংথৌগুম্ব অমদি মুংশিব য়াব : তম্মু ঐন ক্রুটসবু মুংশিরম্মি, ইকাইখুম্মে ; তম্মু ঐন সীজারবু কিরম্মি, ইকাইখুম্নরম্মি মুংশিরম্মি। ক্রুটসন হুজ্জিক জবান তৌরবদি ঐণ্টনীবু লাকপ য়ানি য়েথাই থিঙ্গাই লৈতব, অত্থগ সীজারন শিত্থন লৈথিদব মত্তৌক চায; অত্থ ওইরবদি মার্ক ঐণ্টনীন শিরব সীজারবু মুংশিরোই, হিংলিব ক্রুটসপু মুংশিবমুক ; অত্থগ তুংইম্নি পুকচেল শেংন পুকচেস চাউরব ক্রুটসকি লাইবক্তু মরা তাত্রিব লৈবাকসিগি খুদোং থীভমশিংলক্ত। অশুম্ন হায়জরকই ঐগি ইবুংঙো ঐণ্টনীন।

ক্রু— নংগি নবুংঙোত্থ শিংলব থৌরব রোমান অমনি। ঐ

কৈদৌউৈদস্তু মাবু খল্লুদে মত্তৈদ তাথন। মঙোন্দ হায়রু, মফমসিদ লাক্লিংনব, মাবু মনীং থুংহল্লি, ঐগি ইজ্জৎন সাক্ষী, মতু নাম তেক্তন হলহনখিনি!

মীনাই—ঐ হুজিকমক লৌজরুগে। (চৎখি)

ক্রু— ঐ খভিভ, মহাকপু ঐখোয়গি মরূপ ওইন থম্ব ফৈ।

কে— ঐস্তু নিভিঙ মরূপ ওইব য়াই; অদুবু ঐগি পুক্লিংদ মাবু কিব অম লৈ, ঐন চিংনরিবসি হুজিকস্তু লৈরি হিরমত্তুদ মরৌ লৈন।

ক্রু— ঙাইখো, ঐন্টনী সিদ লাক্লে।

(ঐন্টনী অমুক চংলকই)

তরাম্ন ওকই, মার্ক ঐন্টনী।

ঐন্টনী—হে মতীক চাউরব সীজার! নংনবু অদুক নেম্ন হিপপ্রাও? নংন লানভম্মুব, নমাই পাক্লুব, মিংচৎ তাল্লুব, লানপোৎ খোমলকপতু অস্তুক নেস্বদ ওন্থরব্রাও? মুংঙাইন চৎখ্রোকো নং।—ঐ খঙজদে, লৈবাকমচাশা, নখোয়ন করি পাম্মিদগে, কনাবুনা ঈখেং তাহনগদব, কনাবুন অতোনব ওইহনদৌব, ঐ ইশাবুস্ত্র য়াওরগ, পুংভমসিদৈ হেন্ন মতিক চাব লৈরে, সীজারন লৈখিদব পুংসে, থুৎলাইস্তু মমল তঙ্খাই য়োন কাব অতৈ লৈজরোই, নখোয়ন পায়রিব থাংশাংতু নহুন, পৃথীদ খ্বাইদৈ পুকচেল চাউরব ঈখেং তৈত্তন মমল কারব। ঐন নখোয়দ হায়জরি, ঐবু য়াইচিন্ন

থনবিরবদি, হুজিক, নখোয়গি ভাংলব খুৎশিংহুন মনিল কারিডৈদ নখোয়ন পাম্বহু পাংখোকহৌরে। চহি লিশীং অম হিংবিহৌ, হুজিক শিবমুক মতাংগাব ঐ থেংনর-রোই; মফম অতে অমত্তন ঐবু পেলহল্লোই সীজারগি মনাক্ত তূবগুম, মীশি অতৈনস্থু পেল্লোই নখোয়গি নখুত্ত নত্তন. যুগ অসিগি অথন্নব মবুংডোশিং।

ক্রু— ওহ, ঐণ্টনী! ঐখোয়দ নং শিনব নিগনু। হুজিক ঐ-খোয়বু ঈথেং তৈন মুংশিব খণ্ডন উরবস্থু ঐখোয়গি খুৎ শিংসিদৈ অমদি নংন উরিব থবকসিদৈ; নংন উরিবছু খুৎশিংদনি মখোয়ন তৌব ঈতৈব থবক; ঐখোয়গি থম্মোয়শিংবুদি নং উদ্রি,—মখোয়দি মুংশিব খণ্ডই; খ্বাইগি ওইন রোমদ লাল্লিবসিবুস্থ মুংসি, মরম অত্থুন মৈন মৈ তাম্হোকপগুম, মুংশিবন মুংশিবদ তৌবনি— সীজারগি মথক্ত ঐখোয়ন তৌরুরিবসিস্থু। নংগি ল্লাদি, মার্ক ঐণ্টনী, ঐখোয়গি থাডগি ময়াসি নডোন্দাদি পণ্ডই, ঐখোয়গি খুৎ-লাইদ মলোমগি পাঙ্গল য়াওদে, থম্মোইদ ইচিন্নাওগি পুকচেল লৈ, নংবু ঐখোয়ন মুংশিন, ইকইখুম্নন, অক্কব ল্লাথলগ লোয়নন ওকই।

কে— নংগি খোঞ্জেলস্থু অতৈ কনাগুম্বগিগ মান্নন কম্নি অনৌব ফম য়েস্হোক য়েন্সিন্দ।

ক্রু— খ্বাংবদ কনখো, ঐখোয়ন মীয়াস্থু, কিবন খোইরেন মশা

পাইরবশিংবু পেন্সহনব ফাওবদং, মতুদৈদি ঐখোয় নঙোন্দ মরমতু তাকে, করিগিদমক সীজারবু নুংশিরম্ব ঐন, মাবু য়াল্লগ অস্থুম্ন চত্থরিবা।

ঐণ্টনী—নংগি ব্রাথলগি মশিংতুদ ঐ চিংনদে। মী খুদিংমক ঈ তৈব খুৎতু অমুক অমুক্ত ঐঙোন্দ পীন্নবিয়ু, অহানবদ মার্কস ব্রুটস, নংগ ঐ খুৎ শোক্লগে, মথংদ কাইয়স কেসিয়স, নংগি নখুৎতু পায়জগে হুজিক্ল, দেসিয়স ব্রুটস নহাক্ক; হুজিক্ল নংগি মেটেল্লস - নংগিস্থু সিন্না— অতুগ ঐগি খোরব কাস্কা নংগি; অরোইবদ, নুংশিবদ হস্থবদি নত্তুন, নহাক্কি ফরব ট্রেবোনিয়স।

লৈবাকমচা পুম্নমক, — ওস্থোকপনি, ঐবু করি হায়সিগে ঐগি মিংচৎতি হুজিক লেপ্লে নাল্লব লৈবাক মথক্ত নখোয়ন শোয়দন খনগনি ফত্রব লম্বী অনীদৈ অম, পাংদব অম নত্রগ চীরোল হৈব অম।— ঐন নংবু নুংশিরম্মি হায়বসি, সীজার ওঃ, অচুম্বনি; অতুদি করিগুম্ব নংগি থব্বাইতুন হুজিক ঐখোয়দ য়েংথরক্লবদি মাসিন নংবু ব্রাহল-লোইত্রা নশা শিবদৈ হেন্ন, নংন উবদ নহাক্কি ঐণ্টনীন নংগি য়েক্লবশিংগি ঈ তৈরব খুৎশাগ পায়নতুন চান্নরিবসি, লেম্মবশিংগ! নংগি শিরব— হকচাং মমাংদ করি-গুম্ব ইমিৎ মশীংন ঐগি, নংগি অশোকপ থাওখুল মশীংগ মন্নরমতুন, শিস্থরকপ পিরাংগ নঙোন্দগি হাথনকপ ঈগ

য়াংব মাম্নরবদি নংগি য়েক্লবশিংগ চান্নত্নম ভৌশিন্নবদৈ হেন্ন ইতিক চারম্নি, ঐবু ভাকপিন্ন, জুলিয়স।— মসিদনি নংবু লাঙ্গোই চনখিব অথৌব শঙাই; সিদনি নংন তুখিব, লেপ্লিসিদ নংবু তান্নখিবশিংত্নু, নংগি ঈঙাংন সঙ্ঘি ভৌত্নন। হে তাইবংপান, নংন শোংলব নারক ওইখি শঙাইসিদ অত্নগ মসিমক্লি হে তাইবংপান, নংগি থম্মোইস্নু। নিংথৌমচা কয়ান হাৎলব শজিদি কয়া মান্ন নংন সিদ হিপ্লবগেদো।

কে— মার্ক ঐণ্টনী,—

ঐণ্ট— ঐবু - ভাকপিন্ন; কাইয়স কেসিয়স; সীজারগি য়েক্লবশিংন শোইদন অস্নুম হায়নি; অত্নন মন্নপ অমদদি মসি অইংব নোল্লুকন্নানি।

কে— ঐ নংবু লাল্লি হায়দে সীজারবু অত্নম্ন থাগৎপগি; অদুবু নংন ঐখোয়গ লৈনব পাম্মিব মরীত্নু করিনো? নহাকপু ঐখোয়গি মরুপশিংগি মরক্ত অমনি হায়ন থারোরা নত্রগ ঐখোয়বু চত্থরোরা নংগি নত্তেং য়াওদনা?

ঐণ্টনী— মরম অত্ননিনি; ঐন নখোয়গ খুৎ শোক্লখিব, অত্নবু ঐহাক সীজারদ য়েংউবদৈ পুক্লিং চোইক্লরে। মন্নপশা, ঐহাক নখোয়গি নরক্তনি, ঐ নখোয়বু জুংশি, থাজব অসিদ, মত্নদি নখোয়ন ঐঙোন্দ মরম পীরগনি করিগি অমদি কৈদৌবদৈ সীজারন খুদোং থীনব ওইখিব।

ক্র— মত্নবু নত্রবদি হুজিক মিংমাংদ উরিবসি শাগি শাজৎনি

ঐখোয়গি মরমশিংহ্ নংন পামগদব ব্বান অশুক থল্লি মহুদি ঐণ্টনী, সীজারগি মচা, নহাক শোইদনা পেল্লি।

ঐণ্টনী—মহুৎনি ঐন থজরিবসু, অহুগ—মসিমন্তংগ নীজব, মহুদি ঐন মাগি হকচাংসিবু, খৈদেন কাভমদ অমদি মীয়াম ব্বা তাভমদ পুথোক্লগ মরূপ তোব হোনবগুম মাগি পোৎলোই-বদ ব্বা ভাংজগে।

ব্রু— ভাংউব য়ানি, মার্ক ঐণ্টনী।

কে— ব্রুটস, ঐ নভোন্দ ব্বা অমত্ত হায়গে—

নংন তৌরিবহ্ করিনো হায়ব নং খণ্ড্রে; য়াক্লমু ঐণ্টনীন মাগি পোৎলোইবদ ব্বা ভাংজগে হায়বহ্। নং খণ্ড্রাও মান ব্বা ভাংবহ্ তাবদ মী কয়াগি মবুক্লং ওনাথব য়াই।

(ব্রুটসতদ হায়ব)

ব্রু— নখোয়গি য়াথং মতুংইম;—

ঐ ইশান হায় ময়াম ব্বা তাভমদ ভাংগনি; মহুদ উৎকনি ঐখোয়গি সীজায়ন শিথিবৈ মরম। ঐণ্টনীন ভাংলগদব ব্বাহ্, ঐন ব্বাথাং য়ালহৌনি, মহাক্ল ব্বা ভাংলিবাসি ঐখোয়ন য়াথং পীহুন ভাংহনবনি, অহুগ ঐখোয় য়াই, সীজারগি শিবদ হৌনখী কর্ম্ম পূর্ম তৌবদ, মহুন ঐখোয়দ মাংননবদে কায়নবন হেল্লি।

কে— ঐ খণ্ডদে করি থোক্লদগে; মসি ঐদি পামদে।

ব্রু— মার্ক ঐণ্টনী, য়েংউ, নং সীজারগি মশাসি পুথ্রো, নংন পোৎলোইষগি ব্বা ভাংবদ ঐখোয়দ ইরাল পীব য়াদে;

অদুগ সীজারগি মরমদ নংন শাগৎপ ওম্ব অফবমথৈ ভাং· লুব য়ানি, মতু নং ঐখোয়গি য়াথংদগি ভাংবনি হায়ব তায়; অতু নত্রবদি মাগি পোৎলোইবদ নংগি নখুৎ থিং· জিনব য়ারোই; নংন ভাংদোব মফমস্তু ঐন ভাংদোরিব— মীয়াম তাভমদ, ঐন ভাংব লোইবা মতুংদনি:

ঐণ্টনী—মতুমক ওইসন্ন ;—

ঐ অতুদৈ হেনব পামজদে।

ক্র— অছুদি হকচাংতু শেমশারো অদুগ ঐখোয়গি তুং ইল্লক্লো।

(ঐণ্টনী নত্তন অতৈ চংখ্রে)

ঐণ্টনী—ও:, ঐবু ভাকপিয়ু. ঈখে: তারব লৈ-মতুম, শা·হৎপ শিংসিগ ঐগ তেশিন্নবগি নোল্লুক্ত লৈবগি। নহাক্কি অরেম্ব মথাক্কি খ্বাইদৈ পুকচেল চাউব নিপাগি, মতমগি ঈচেলদ হেক শৈরম্বশিংগি মনুংদ। অন্নাব নংসন্ন খুৎ অদো, মমল তাংলব ঈসি তাহনখিব! নংগি অশোকপ থাওমশিং· সিগি মথক্ত লাইফাউ ক্বাউগে,—মখোয়ন মরোলদি খোক্তব চীনগুম মচীনবান অভাংবসে কাথোক্কি ঐভোন্দ খোল· খোকউ, লৈ খৎলু হায়জবগুম, শাপ অম থুংলরনি মী· শিংগি হকচাং কায়াংশিংদ, ইমুং মন্নুংদ খৎনব, তমথীন য়ান্নব লৈবাকমচা মশেলন ইটালীগি মফম পুম্নমক্ত সন্না শন্নরনি, ঈমূ·তানব, মাং তারুববু অস্তুপ মতীক হৈনরনি; অাকিব শকফম্তু অস্তুক তোাহন উনররনি মহুদি— মমা

ওইবীশিংন নোক্লনি মখোয়গি পীক্লব মচাশিংন লানগি খুংশিংগ শোক্লবদ; তমথী-থৌরমদ হৈনখিবন মীনুংশি-খঙহ সুংশা ফুনখ্রনি সীজারগি ভূটন লমন খুম্লিংবন, ঐ-তীক লোইনন লাক্কনি, নোরোক্তগি ফোং ফোং শান, কাচীন সুরাষ্টদ নিংথৌ থোঙ্গোক্ত লাওরনি "মাংতাক্লসন্ন", থাদো-রক্কনি লানগি হূইজাওশিং, হৌনদব থবকসীন মনম নমদব য়ারোই পৃথ্বী থকসিদ, ফুমবিরো নাহেরব অপূর্ব মীশা-শিংনি। ( মীনাই অমা লাকই )

নংবু ওক্টেভিয়স সীজারবু সেবা তৌব নত্রা ?

মীনাই—মানিহোয়, মার্কঐণ্টনী।

ঐণ্টনী—সীজারন মঙোন্দ ইথি রোমদ লাক্লব।

মীনাই—মহাক চিঠিশিংহু ফংখি, অহুন লাকহৌরি। চিন্ন নঙোন্দ পাউসি তম্মু হায়হুন লাকচবনি — ওঃ— সীজার !…

( হকচাংহু উবদ )

ঐণ্টনী—নংগি থম্মোয়হু চাউই, খর হন্দোকউ অহুগ কপ্প্ । সুংশিব-খঙব, ঐ উরে নংসি নৌনগল্লি ; মরমদি ঐগি মিংশিংসি নংগি নমিংতৈ অবাব মরীকশিংহু উরগ পি ভাব হৌরক্লে। নংগি নবুংভোবু লাকপ্রাও ?

মীনাই—মহাক ঙসি অহিং রোমদৈ লীগ তরেৎ লাপ্প লমদ লেক্কনি।

ঐ— য়াম্ন য়াংন হনখ্রো, মঙোন্দ তম্মু সিদ থোক্লিব থোদোকসি ; অব্বাব নংলব রোমনি, খুদোংথীরব রোম ; হুজিক য়েথায়ব

থিঙ্গাইব লৈতব রোম নত্তে ওক্টেভিয়সকি; সিদৈ থীন্দন হনখ্রো, অদুম্ন তম্মু। অদুবু ভাইখো মকম খরদি; নং হনখিন্নু ঐন অশিব হকচাংসি ?খ্রদেন্দ পোত্থন পুদ্রিবফাওব মফমতুদ ঐ হোংনক্লনি খঙনব রাঙাংবৈ লোশিংন, মীয়াম্ন করি ওইনং লোবগে মীহাৎপশিংগি থোদোক তমথীরবসিবু, মতুগি মতুংইন্ন তম্মুচো নং নহা ওক্টেভিয়সত লৈরিব ফিভমসি। নখুৎতু খর য়াওরকউ।

( পুমিন্নখি সীজারগি মশাহ )

---

৩ব মতাং

## ২ব উৎপা।

রোম, লৈবাক রা-ভাংনফম।

( চংলকই ব্রুটস, কেসিয়স অমস্তুং লৈবাক মীয়াম )

মীয়াম—ঐখোয়বু পেলহল্লু। ঐখোয়বু পেনহনব তায়।

ব্রু— অত্থদি ইতুং ইল্লকউ, ঐন ভাংব তাবিয়ো, মরূপশা।— কেসিয়স, নংন অতোপ্প লম্বী অমদা চংলো; মীয়ামসি য়েন্থাকসি। ঐন ভাংব তাব্রিসি মিংবমখৈ অদম্ভুম লৈবিয়ো কেসিয়সকি মতুং ইন্নীংবশিংন, মাগ চংশীখ্রো, লৈবাক মীয়ামদ সীজার লৈখিদবৈ মীয়ামগি ওইব মরমছু হায়জগে।

মী ১— ঐ ব্রুটসন ভাংবা তানি।

মী ২ — ঐদি কেসিয়সন ঙাংব তারুগে, অদুগ চাংদম্নসি মখোয়গি মরমশিংদু তোঙান তোঙান্না ত্নরগ।

( কেসিয়সক মী খরগ চৎখি ব্রুটসন ব্না চাংভম অম্নাংবদ কাখৎখি )

মী ৩ — পুকচেল চাওরব ব্রুটস কাখৎখ্রে তুমিন লৈবো।

ব্রু — লোইস্ত্রিব ফাওবদং পুক তপ্ন লৈবিয়ু। —
রোমমচাশিং, হৈরৈবাকমচাশিং, অমদি নুংশিব খওবশা! ঐবু তাবিয়ু ঐগি মরমসিগিদমক; তুমিন্ন লৈবিয়ু, তাব ফংবিনব, ঐবু থাজবিয়ু ইথৌমনগিদমক; ইকাইখুম্নবিয়ু ঐগি ইমিংচৎ, নখোয়না থাজবিব য়ানব। ঐবু থাদবিয়ু অশিংব ব্রাখন্ন, মিৎ নাকোং শিংবিয়ু, হেন্ন নিংথিন বিচার তৌব ঙম্নীনব! —
তিল্লাব মীয়ামসিদ কনাগুম্ব য়াওবিরবদি, — কনাগুম্ব সীজারগি মরূপ; মঙোন্দ ঐন হায়জরি মহুদি ব্রুটসন সীজারবু নুংশিবহু মহাক্ক নুংশিবদৈ তাব নত্তে। মরুপ্তুন পাম্লরুবদি - অদুদি করিগি ব্রুটসন সীজারগি মাইয়োক্ত হোৎলুই? ঐগি পাউখুমদু অসিনি—
সীজারবু ঐন নুংশিব ব্রাংপদৈ নত্তে, রোম্মুন হেন্ন ঐন নুংশিবননি। হবুংলোশিংবু, পাম্বিরাও সীজারন হিংদুন লৈরম্ন, অতৈ পুম্নমক মীনাই ওইন শিরুম, সীজার শিখ্রগ অতৈ পুম্নমক মনীংমখা তম্বদৈ হেন্ন? সীজারন ঐবু নুং-শিবিরম্বসিন ঐ মাগিদমক কপ্পি, মহাক্ক লাইবক ফরম্বহুদ ঐ হরাউই; মহাক্ক মখোনা ফবগিদমক ঐ মাবু ইকাই

খুঙ্গী ; অদুবু মহাক্ক অচাউরবা কানিংখিবৈদমক ঐন মাবু হাংল্লুবনি ; মাবু নুংশিবগি, মিংকি পিবাং, মরাইবক ফুবগি হরাওব, মথৌনাগি ইকাইখুম্নব, অচাউরবা কানিংখিবৈ মথল্লাই হাংপ। মসিদ কনা তোল্লব য়াওবিরিবগে মীনাই ওইয়া য়ানৌংগদবা ? য়াওব থোক্লবদি খুম্বীরকউ ; মাগিদমক ঐ করি লানখ্রবগে ? কনা য়াওরিবগে সিদ চাওথংতব, রোমমচা অম ওইনিংদবা ? য়াওব থোক্লবদি খুম্বীরকউ, মভোন্দ ঐন করি অরানব তৌখ্রে ? মবৈবাক নুংশিনৌংদব মবুক নেম্ব কনা সিদ য়াওবিবগে ? য়াওরবদি তাকপিরকউ, মাগিদমক ঐন করি কায়খ্রবগে ? ঐ লেপচরি পাউখুম্ ঙাইহুন।

মীয়াম—কনামত য়াওদে। ব্রুটস, কনামত য়াওদে।

ব্রু— অদুদি কনাদসু ঐ অকায়ব তৌরুদ্রে। নখোয়ন ব্রুটসত তৌরক্কদব অদুদৈ হেন্ন ঐ সীজারদ তৌরুদ্রে। মহাক্ক শিবগি য়াংতু কেপিটোলদ ইশিন্দুন থম্মে ; মাগি ইকাই খুম্নগদবদুসু হন্থহন্দন মতীকচাব মফমদ ; মাগি মরালসু হেঙ্গৎন হায়জিন্দ, মদুগি মহাক শিখ্রবসু। সিদ পুরক্লে মাগি হকচাং, মার্ক ঐণ্টনীন অরা তেংথাহুন।

( চংলকই ঐণ্টনী অমসুং অতৈ, সীজারগ মশা পুবক্তুন )

ঐণ্টনীগিদি সীজারন শিথিবদ মখুং য়াওখিদে, অদু ওইরবসু শিথিবদৈ ইকায়বদুদি মহাকসু ফংগনি,—মফম অম ময়ামগি লৈবাকসিদ ; মদু নখোয়গি নরক্ত কনাদী ফংলোইদগে ?

মসি হায়রগ ইচৎলগে— মতুদি রোমগি যননবৈদমক ঐন খ্বাইদৈ মুংশিব নিপা হাৎলুবনিন, ঐগি থিম্ন-থাঙহ ঐ-ডোন্দম্নু, ইরৈবাক্ ঐহাক শিবদ কান্নদোবদ্রৈলরবদি ?

মীয়াম – ছিংখো, ব্রুটস : ছিংখো, ব্রুটস !

মী ১— ময়ুম তাম্ন মহাকপু থিল্লুসে মমাই পাকহল্ল।

মী ২—মুংগি মমি অম শাসে মপা মপূশিংগি মনাক্ত থিল্লব।

মী ৩— মহাক সীজার ওইরসমু।

মী ৪— সীজারগি হেন্ন ফব মগুণমখৈ ব্রুটসত হাপ্লসে।

মী ১— ঐখোয় ময়াম লাও খোংজুন মাবু ময়ুম তাম্ন পুরসে।

ব্রু – ঐগি ইরৈবাক মচাশিং।...

মী ২— ভাইখো, তুমিন লৈখো! ব্রুটস বা ভাংলে।

মী ১— লাংগনো!

ব্রু – ফরবা লৈবাক মচাশিং, ঐ ইথন্দ হগুথিগে, ঐগিদমক সিদ লৈবিহো ঐন্টনীগ ; সীজারগি অশিব হকচাংদ ইকাইখুম্নব উংপিয়ু, সীজারগি মতীক মগুণ থাগৎপ ব্রাভাংসি তাবিখো মতু ঐখোয়ন য়াজুন মার্ক ঐন্টনীবু ভাংহল্লি, ঐন ময়ামদ ছায়জরি, মী অমত্ত কায়বিখিন্নু ঐ নত্তুন, ঐন্টনীন বা ভাংব লোইদ্রিফাওব। (চৎখ্রে)

মী ১— ভাইখো, হায়! মার্ক ঐন্টনীন বা ভাংব তাখিসি।

মী ৩— মহাকপু কাখৎহল্লু মীয়ামগি চৌকিদ; ঐখোয় মান ভাংব তাসি—পুকচেল চাউরব ঐন্টনী, কাখৎপিরো।

ঐণ্টনী — ব্রুটসকিদমক ঐ ময়ামগি লম্মন তোপ্লে। ( কাথংলে )

মী ৪ — মহাক্ল ব্রুটসকি করি 'হায়য়ে?

মী ৩ — মহাক্ল হাযরি ব্রুটসাকিদমক মহাক ঐখোয় পূর্ব্বগি লম্মন তোম্লে হায়ন।

মী ৪ — মহাক সিদদী ব্রুটসকি করিগুম্ব ফত্তব ৬াংদব ফৈ!

মী ১ — সীজার অসী মীওৎপ অম ওইখি।

মী ৩ — মত্থবুদি শোয়দ্রে, ঐখোয় লাইবক ফরবনে মহাক্ল রে মদৈ লৈখিদবসে!

মী ২ — লাংবিনো। ঐণ্টনীন করি হায়ব ৬ম্বগে তাসে।

ঐণ্টনী — মবুক ইংলব রোম মচাশিং, —

মীয়াম — লাংনো; লাংনো, মান ৬াংব তাসে।

ঐ — মরূপ মপাংশিং, রোমমচাশিং, ইরৈবাকমচাশিং, নাকোংশিংত্থ অমূক্ত ব্লাইজগে।—

সীজারবু ফুমগে লাকচবনি; মাবু 'থাগৎনব নচ্চদে, মীশিংন তোব ফত্তবত্থ লৈহোই মখোয়গি মতুংদ; অফবত্থদি তোয়ুন ফুম জনবি মখোয়গি শরূশিংগ; মত্থম হায়ন সীজারগিম্ব তোখ্রসন্থ। পূকচেল চাউব ব্রুটসন নখোয়দ হায়খ্রে সীজর অচাউরম কানীংখি; মত্থন অওইব ওইরবদিঃ মত্থ শাথীরব মরাল অমনি; সীজারন মত্থগি শাথীন পাউথুম পীখ্রে। মসিদ ব্রুটস অমদী ৺রেম্ব অতৈগি য়াথং মতুং ইম্ন মরমদি ব্রুটস ইকাইথুম্নদোব নিপা অমনি। মত্থম্ন অতৈম্ন ইকাই

থুম্নদোব মী ভাক্তনি, লাকচন্নিবনি ঐহাক ম্নাঙাংব সীজারগি পোৎলোইবদ। মহাক ওইখি ঐগি মরূপ, থাজবয়াব, চুম্ন চৎপ ঐঙোন্দ : অদুবু ব্রুটসনদি মাবু হায়রি অচাউরম কানীংখি ; ব্রুটস ইকাইখুম্নবদ মতীক চারব নিপা অমনি। মহাক্ন ফাহুন পুন্নকখি মযুম রোমদ লান্দৈ বন্দী কয়া, মখোয়গি হন্দোক্নশেন্দুন থলকনখি লৈবাক্কি শেঙ্গাও; মসিন সীজারবু অচাউরম কানীংব মালহনব্রা ? লাইরবশিংন বাহুন লাওনরবদ সীজারন কপখি ; অচাউরম কানীংবহু ওইরবদি মবুক্তু হেম্ন কল্লমদোবনি। অদুবু ব্রুটসন হায় মহাক অচাউরম কানীংখি ; ব্রুটস ইকাইখুম্নবদ মতীক চারব নিপা অমনি। নখোয় পুম্নমক্ন উবিখি মহু লুপরকেলদনি ঐন মঙোন্দ লান্সিনখি নিংথৌ লুহুব অহুম্নক, মহু মান লৌখিদে অহুমলক : মহু অচাউরম কানীংব্রা, অদুবু ব্রুটসনদি হায়—মহাক অচাউরম কানীংখি ; শোয়রোই, মহাক ইকাইখুম্নবদ মতীকচাব অমনি, ঐন ডাংজন্নিবসি ককপ নচ্চদে ব্রুটসন হায়বিখিবহু, সিদ ঐন হায়জন্নিবসি ঐন খঙজবহু ভাক্তনি। নখোয় পুম্ব মতম অমদ মাবু নুংশিবিরম্মি,— মহু মরম চাদন নত্তে ; করম্ব মরম্ন খাম্বগে অহুদি হুক্তিক নখোয়বু মাগিদমক অন্নাব ফোংদোকপদ ? হে ম্নায়েন ম্নাথল! নংবু পাইথ্রবাও তোঞ্জব শাশিংগি নাক্ত, মীগিন মাংথ্রগ ম্নাথল থনবৈ পাঙ্গলহু? ঐবু ভাকপিয়ু—

ঐগি থম্মোয়রু কু মনুংহু চৎখ্রে সীজারগি মনাক্ত. ঐ ঙহাক লেপ্প তায় ঐঙোন্দ মান হল্লক্তি রফাওব।

মী ১— ঐন নীংই,— মান ভাংলিব রাশিংসিদ মরমচাব য়ামন য়াওরি।

মী ২— নংন হীরমহু চুম্ন থল্লবদি— সীজারন তৌখ্রে চাউরব অরানব।

মী ৩— তৌখ্রবনে. ইবুংঙো শং? ঐন খিরিবদি মঙোন্দে হেন্ন ফত্তব লাকত্র। হায়বতুনি।

মী ৪ - তাহৌদ্রা নথোয় মাগি রাশিংদে.? মহাক লৌ য়াখিদে নিংথৌ লুহব; অতুনদি মসি শোয়ত্রবনি মহাক অচাউরম কানিংখিদে।

মী ১— মতুম হায়নবু থেংনরবদি খরনদি মাবু লুন নীংখিনি।

মী ২— তোল্লব থল্লাই; মমিৎসি মৈমুক ভাংলে কপ্পন।

মী ৩—পুকচেল চাউব অতে লৈত্রে রোমদ ঐন্টনীদৈ হেনব।

মী ৪—হুজিক মুন্ন তারো, মহাক অমুক রা ভাংলে।

ঐন্টনী—ঙরাংদ ভাইরি সীজারগি রাহৈ অমন লেপ্প ঙম্নব তাইবং পানগি মাইয়োক্ত; হুজিক্তি তুঙন লৈরে মহাক অসিদ কনামত লৈত্রে মঙোন্দ ভক্তি উৎনিংবমুক তোল্লব মী। হে ইবুংঙোশিং, ঐন নোমগে হায়ন নীংলম্মদি নথোয়গি থম্মোয় অমদি পুক্নিংশিংহু লাহল্লোনব অমদি শাওগৎনব— ঐ ব্রুটসত অরানব থবক তৌব তানি, কেসিয়সতসু, মথোয়হুদি নখোয়পুম্নন থঙবিরিনয়নি, ইকাইখুম্নদোব মী

ডাক্নি, ঐ মখোয়দ অরানব তৌনীংদে মতুগি মতুংত ঐন পাম্না- অশিবদ লানব, ইশাদ অমসুং নখোয়দ লানব ইকাইখুম্নদ্রোব মীশিংডুদ লাল্লুদৌবৈ শরুক। ডাইখোঁ সিদ য়াউ মউন্দ ইব সীজারগি মুহৌর নম অম লৈরে; ঐন থেংনরকপনি মসি মাগি কা মচাদ—মসি মান নীঙজরম্বনি, মীচমশিংন তাসনু মান নীঙজরম্বসী—মতু, ঐবু ডাকপিয়ু, ঐ কয়াদি পানীঙদে—মতু ওইরবদি মখোয়ন চংলগ চুপ্পুগনি শিখ্রব সীজারগি থাঙফমশিংডুদ, অদুগ লুপ্পুনি নখোয়গি কুমানশিংডু মাগি শেংলব ঈতুদ, মানি, মাগি শম্নাং অমত পীবিয়ু নিরুনি নীংশিংনব, অদুগ শিরমদাইদ মতু পল্লম-গনি মখোয়ন নীঙজবদ, পীরমগনি মতু মচা মশুদ মমল য়াম্লব খুথাং অম ওইন।

মী ৪— মান নীঙজরম্বতু ঐখোয় তারগে, মতু পারো মার্ক ঐন্টনী।

মীয়াম—নীঙলম্বদো, নীঙলম্বদো! ঐখোয় তারগে সীজারন নীঙ-লম্বদো!

ঐন্টনী—তপথবিখো, ইংলব মরূপশা, ঐ মসি পাদব তায়;—

মসি নখোয়ন থংভব ফত্তে, সীজারন নখোয়বু কয়াম্ন মুংশিরমব, নখোয় উ নত্তে, নখোয় মুং নত্তে মী ডাক্তুনি; মী ওইব মরম্ন, সীজারন নীঙলম্বতু তারগ নখোয়বু মৈ হৌহনব য়াই, মতুন নখোয়বু ডাওহনব য়াই; মসি অফবনি নখোয়ন খঙবদ মতুদ নখোয়সি মহাক্কি অরৈবমখে

ফংহোগদব ডাক্লি ; মরম্নদি নখোয়্নব হেক থওথিবদ, ওঃ, মহুদৈ করি থোক্লকবা !

মী ৪— মান নীওলম্বহু পারো ; ঐখোয় মহু তান্নগে, ঐণ্টনী ; নংন ঐখোয়ন পাব তায় নীওলম্বদো, সীজারন নীওলম্বদো ।

ঐণ্ট— ময়াম অমুক্ত তপথবিথো । ওহাক্তদি ডাইবিথো । ঐ হেল্লিনখ্রমানে নখোয়দ মহু তাকথোক্লুন ; ঐ কিরে, ঐন লানখ্রমানে ইকাইখুম্নদোব মীশিংদ, মখোয়গি থিন্নথাংন সীজারদ থিনথিবশিংহু ; ঐ মহু কিরে।

মী ৪ — মখোয়ংদি থাজব হাৎপ ডাক্লি, ইকাইখুম্নদোব মীশিংদো !

মীয়াম—নীওলম্বদো ; মান পামজরম্বদো !

মী ২— মখোয়ন্থুদি মীফত্তডাক্লি, মীহাৎপশিংনি ; নীওলম্বদো ; পারো সীজারন নীওলম্বদো।

ঐণ্ট— অহুদি ময়াম্ন ঐবু নমহুন পাহল্লেদন, মানি নীওলম্বহু ? অদু ওইরবদি ইকোয় কোয়শিনবিরো সীজারগি অশিব হকচাংসি ঐ উৎখ্রগে নিপা অদো নখোয়দ মান নীও-লম্বহু ইথিব — ঐবু কুমথজরকওরা ? নখোয়ন য়াথং পীবিগদ্রা ?

মীয়াম—কুমথরকও ।

মী ২— কুমথরক্লো । ( ঐণ্টনী কুমথৈ )

মী ৩ — নং ঐখোয়গি য়াথং ফংলবনি ।

মী ৪— খুদোপ শারো কোয়ন লেপ্লো ।

মী ১— কৃ-দৈ থর হন্দোকউ, হকচাংদৈ থংর লাপ্লো।

মী ২— ঐন্টনীগি চংভম পীয়ো, খ্বাইদৈ পুকচেল চাউরব ঐন্টনী!

ঐ— নত্তে, ঐঙোন্দ তকশিনবিরক্কনু; থর হন্দোক্লগ লেপ্পিয়ো!

মীয়াম—হন্দোক্কুন লেপ্লো', লম খাকও, তুং হনবিয়ু!

ঐ— মিৎত পিরাং য়াওবিরবদি মতু শিন্থনব তুজিক শেমশাবিরো। ময়াম পূম্নমক খঙবি'রিবনি ফুরিৎসি ঐ নীংশিংতি সীজারন অহানব হেক মসি লিংখিবদো; মতু কালেনগি নুমিদাং-রাই অমদনি, মাগি তম্বুরদ, নুমিৎ অদো মান জয় তৌখি নাভী-য়েংউ! মফম অসিদনি কেসিয়সকি থাওন থিনখিব'; য়েংউ কয়া থীন থিঙ্গাইখিব কল্লকচাওব কাস্কার; মসিদনি য়াম্ন মুংশিরব ব্রুটসন থিনজিনখিবনু; অদুগ মহাক্ন শৎ-তোকপ কান্দ মাগি তমথীরব ইম্পাৎ অদু, য়েংউ কম্নদোন সীজারগি ঈরীন ইন্নরকপ, ইমুংদৈ মপান্দ ফিংন চেন্থো-রকপগুম উনিংবন কয়া মুংশিহৈত্তন ব্রুটসন থিনবগে নত্রগ থিন্দবগে, মরমদি ব্রুটসতি, নখোয়ন খঙিঙবনুনি, ওইরম্মি সীজ'রগি দেবদূত, ব্রায়েনবিয়ু হে লাইয়ামশা, কয়া চান্ন সীজারন মাবু মুংশিংখি, 'মসিনি খ্বাইদৈ মুংশিব খঙদব থাংথিন অদুদি;' মরমদি পুকচেল চাউরব সীজারন মহাক্ন থিনবনু উবদ, তৌবিমল খঙদব, থাজব হাৎপশিংগি পাম্বোম দৈ হেক্ন কনব, নংন মাবু মাইথীহনখি মপূংফান; মতুদৈ চীঙখায়থি মাগি চাউরব থম্বোয়দো; মাগি ফুরিৎসিন

মমাই লোৎতুন পোম্পেগি মুং-মমি মখোৎহৃ ঈঙাং পক-তক্লহন্দুন তুথখি চাউরব সীজার।

ওঃ, করম্ব মতু ওইখি মহৃ, হে লৈবাকমচাশা! মহৃদৈদি ঐ, অমদি নং ঐখোয় পুম্ব তুরবনে, ঈথেং পাম্ব লাহ্লো-বশিংন ঐখোয় ইথক্ত লেপখ্রগ ;; ওহ, হৃজিক্তি কম্নো, ঐ উরে নখোয় মুংশিব খঙিঙ ; মখোয়হৃ থৌজালগি মরীক-শিংনি। মুংশিহৈরব থৱাইশা, করিনো, কপ্লিব্রা উবদদ ঐখোয় সীজারগি ফুরিৎ শেগায়বা? সিদ য়েংউসে, মশা-মক লৈরে, —মাংহল্লবনে থাজবহাৎপশিংন —উবেদনা —।

মী ১— ওহ, থম্মোয় শোক্লব শকফম।

মী ২— হে পুকচেল চাউরব সীজার!

মী ৩— ওহ, অকিব ফংলব মুমিৎ

মী ৪ — ওহ, থাজব হাৎপ মীথিঙ্গায়!

মী ১— ওহ, তমথীরব মিৎয়েংফম।

মী ২— ঐখোয়গিসি লমন খুম্ব তায়, লমন শিংউ,— কোইন চৎলু থিয়ু—মৈ থাদোকউ, মৈ, হাৎলু, য়ৈখাইয়, থাজবহাৎপ অমত্ত হিংদ্রসনু।

ঐন্ট— ঙাইবিখো, ইরৈবাকমচাশা।

মী ১— লাংখিনো অমুক্ত, তাখো পুকচেল চাউরব ঐন্টনীবু।

মী ২— মান হায়ব তাখিসে, মাগি মতুং ইনসে, ঐখোয় মাগ লোইনন শিমিন্নসে।

ঐণ্ট— ফরব মরূপশা; মুংশিরব মরূপশা, ঐ নখোয়বু ইন্সিঞ্জরোই অহুক ফিংন ঈচাউগুম্ন লালহৌনব। থবকসি তৌরন্মিব মীশিংদো ইকাইখুম্নবদ মতীকচাব ঙাক্কনি,— মখোয়গি মরম্নাই মুংঙাতব— করি লৈবনো মস্মুম্ন মখোয়বু তৌহন্নি-বসি, অন্নাবনি, ঐ খঙদে ; মখোয় শীংলব,অমদি ইকাই খুম্নদোব মী ঙাক্কনি, চিংনিংঙাই লৈতন মরম চান নখোয়দ পাউথুম পীনি। ঐ লাকপ নত্তে, মরূপশা, নখোয়গি থম্মোই হূরানগে হায়হুন, ঐদি নচ্চদে ব্রাঙাং হৈবম্ন ব্রুটস-কুম্ন; তৌইগুম্বসুং খঙবিবহুনি ইচম চম্ব অপঙব অম মাগি মরূপপু মুংশিজব। ঐবু ব্রা ঙাংজো হায়বিরম্বশিংহুন মুম্ন খঙবি, ঐগি লৈজদে ইরৌশিং, ইরাহৈ, ইমল, লৈজদে ইথৌনা, ঙাংবৈ পাঙ্গলসু মীয়ামগি ঈ শাগৎহন্নব ; ঐদি অচুম্বদ হায়জবনি, ঐন হায়জখিবদি নখোয়ন খঙলিবহু-দনি ; উহনখ্রে নখোয়দ মুংশিরব সীজারগি শোকফম-শিংদো, তোল্লব, মরোল:থোক্কব চীনশিংদো, মখোয়দ ব্রা ঙাংউ হায়বনে ঐগি ইহুৎত ; করিগুম্ব ঐন ব্রুটস ওইরম্বব ব্রুটসন ঐণ্টনী ওইরম্বব, ঐণ্টনী অম লৈরমগনি নখোয়গি থম্মোয়বু ইংহল্লোইদব, সীজারগি থাংভম খুদিংদ মচীন অমমম পানব ঙমদৌব, মখোয়হুন নোমহুন হৌদোক্কনি রোমগি নুংশিংবু লেপখৎলগ লালহৌনব।

মীয়াম—ঐখোয় লাল হৌরসে।

মী ১— ঐখোয় মৈ থাক্করসে ব্রুটসকি য়ুমদো ।

মী ৩— চংলো অদুদি ? লাও থিরুসি লৌতুনরম্বশিংদু।

ঐ— অদুবু ঐগি রা অমুক্ত তাবিখো, লৈবাকমচাশা; অমুক্ত ঙাইবিখো !

মীয়াম—ঙাইখো, হায় ! ঐন্টনীন ঙাংব তাখো; খ্বাইদৈ পুকচেল চাউরবং ঐন্টনী।

ঐন্টনী—কবিনো মরূপশা, কৈদৌরুনবনো খঙদন চংলিবদুবো ? কদায়দনো সীজারবু নখোয়ন নুংশিবিব অদুগি মতাক চাখিববো ? অরাবনি; নখোয়ন খঙদ্রি, ঐ হায়গে অদুদি—নখোয় কাউখ্রে ঐন পনখিব নীঙলম্বে রাফমদু।

মীয়াম—য়াম্ম চুম্মি - নীঙলম্বদো - ঐখোয় লৈখিম্মি তানব মান নীঙলম্বদো।

ঐ— নীঙলম্বদু সিদ লৈরে, সীজাবগি মুহোব নম্মবনি। রোমগি লৈবাকমচা খুদিংদ মহাক্ক পীরি,মী অতে অতেদম্মু ড্রাকমা ৭৫।

মী ২— পুকচেল চাউরব সীজারনি। মাবু হাংখিবসি ঐখোয়ন লমন খুমদব য়াদে।

মী ৩— ওহ্, নিংথৌগুম্ব সীজার !

ঐ— তপথন ঐবু অমুক্ত তাবিখো।

মীয়াম—ময়াম অমুক্ত লাংখিম্মু !

ঐ— মদুদ নত্তন মহাক্ক থনম্মি মাগি হুরাচাভম লম্বীশিংদু, লম্নাইগি পোত্থাভম লৈকোনশিংদু, অদুগ নৌন শেম্ব হৈকোন টাইববগি সোমথংবে নাকল্দ, মহাক্ক পীরম্মি নখোয়দ অমম্দি নচা নচাশিংদ্দ নপোকচুসিমম্মি ওইনব...

ময়ামগি হয়াউ তয়াস্তম, কোইতুন শাম্ননব, পোখাস্তম ওইনব। সিদ লৈরম্মি সীজার অম! মাগুম্ব অম কৈদৌডৈ লাক্লনি?

মী ১—কৈদৌডৈদ লাক্লরোই, লাক্লরোই। লাকও চৎসে, চৎসে! মহাক্কি হকচাংসি অশেংব মফমদ মৈ থাক্লরসি মতুদৈ লৌব মৈচম্ন থাক্লরসি থাজবহাৎপশিংগি য়ুমশিংদো, মশাসি লৌখৎসি।

মী ২— চৎলু, মৈ লৌক্ল।

মী ৩ – বেঞ্চ থুদেকউ।

মী ৪— মিহুংথোড থডদে, অম থডদে পংথুদ থুদেকউ।

( মীয়ামতু চংখি অশিব পুরগ )

ঐ— হুজিক্কি থবক তৌরসনু; মাংন তাক্লবা, নং হৌজিক্কি নথোড থাংলেদন। চৎলো, নংন অপাম্ব লম্বী থন্দুন।

( মীনাই অম লাকই )

করি তৌবে হুজিক নিপা?

মীনাই—ইবুংঙো, ওক্টেভিয়সতি বোমদ থুংলরে।

ঐ— মহাক্তি কদায়দ লৈ?

মীনা— মহাক লেপিদসক সাজাবগি য়ুমদ লৈহৌই।

ঐ— অতুদি ঐ মতুদ চংতুন উন্নরুব তায় নীংবদদ মহাক লাক্লে। লাইবক্ল মথরাই মুংডাই রিডৈ নিক্লবমথৈ পীরনি।

মীন— মহাক্ল হায়র্ব তাবদি ব্রুটস অমদি কেসিয়সপু অভাও-বদোন রোমগি থোঙ্গান্দৈ চৎখ্রে হায়ব্র?

ঐন্ট— ওইব য়াই, মীয়াম্ন মথোয়দ চৎখ্রো হায়ব।
ঐন কমদৌন মীয়াম্বু মপুক ওমহনখ্রব ! ঐবু ওক্টেভিয়সকি
মনাক্ত পুরো। (চৎমিন্নখি)

---

৩ব মতাং

**৩ব উৎপা।**

রোম, লমজাও অম।

(চংলকই কবি সিন্না

সিন্না— ঙসি অহিং মঙদ সীজারগ চাক চানরম্মি, লাইবক ফৎ-
লোইদব পোৎন থল্লে ঐগি খ্বাথল মঙলান্দ ; ঐ ঙসি য়ুমদৈ
মপান্দ থোক্লুন কোযথোক্লিংদে, অদুবু করিনো অমন ঐবু
স্নুম চথোকহল্লি।

(লাকই মীয়াম)

মী ১— নংগি মমিং কবিনো ?
মী ২— নং কদোমদ চৎলিবনো ?
মী ৩— নং কদায়দ লৈ ?
মী ৪— নং মুপী থিরব্রা খিদ্রিব্রা ?
মী ২—পাউখুম পীবু মী খুদিংমক্ত চপ চপ চান।
মী ১— মানি, অদুগ শম্ম।
মী ৪— মানি, অদুগ শিংন।

মী ৩— মানি, অদুগ চুম্না, নংন ঙমজ্জবমথৈ।

সিন্না— ঐগি ইমিং করিনো? ঐ কদোমদ চৎলিবনো? ঐ কদায়দ লৈ? ঐ লুহোংলব মীরা নত্রগ য়ুম্বান্ত্রিব্রা? অদুদগি মী খুদিংদ পাউখুম পীব চপ চান, শম্না শিংন অমম্সুং চুম্না। শিংন খুমজ্জরবনি, ঐ য়ুম পাঞ্জদ্রি।

মী ২— নংন হায়রিবদুদি ময়ুম পাল্লবশিংদু অপঙবনি হায়বগুম্বনি; মদুদি নং ঐঙোন্দগি খুত্তুম অম চাব তারে, হায়বিগে। চখৌ চুমদ্রিংন।

সিন্না— চুমদ্রিংন ঐ চৎচরিবনি সীজাবগি পোৎলোইবদ।

মী ১— মরূপ নত্রগ য়েক্লব অম ওইনবা?

সিন্না— মরূপ ওইন।

মী ২— মদুদি চুমদ্রিংন খুম্মে।

মী ১—নংগি লৈভমদি শম্না?

সিন্না— শম্না ঐ লৈজৈ কেপিটোলদ।

মী ৩— নমিংদি ইবুংঙো অশেংবা?

সিন্না— অশেংবমক ঐগি ইমিংদি সিন্না।

মী ১— মাবু মচেৎ মচেৎ শেগাইয়ু, মহাক শরৌ শিন্নবদ য়া ওথিব নিপা অমনি।

সিন্না— ঐদি সিন্না হায়ব কবিদুনি, ঐদি সিন্না হায়ব কবিদুনি।

মী ৪— শেগায়য়ু মহাকপু মাগি ফত্তব শৈরেংশিংদুগিদমক, শেগাইয়ু মাগি ফত্তব শৈরেংশিংদুগিদমক।

সিন্না— ঐ সিন্নাদু নত্তে শরৌশিন্নব য়াওরুব।

মী ৪— মসি করিস্নু লৈতে, মাগি মমিং সিন্নানি, মাগি মমিংত্থুদং মাগি থম্মোইদৈ হেক্কোকলো, অত্থুগ মাবু চৎহনখ্রো।

মী ৩ – শেগাইয়ু মাবু, শেগাইয়ু মাবু! লাকও, মৈহুম পায়বশা : ব্রুটস খোয়দ, কেসিয়স খোয়দ ; পূম্নমক মৈ থাদোকউ ; থরন দেসিয়স খোয় য়ুমদ, থরন কাস্কা খোয়দ, থরন লিগারিয়সকিদ— চৎলো চৎসে। ( চৎখি )

---

৪ৰ মতাং

## ১ৰ উৎপ।

রোম, ঐণ্টনীগি য়ুমদ কা অম।

( ঐণ্টনী, ওক্টেভিয়স অমসুং লেপিদস টেবল অমদ ফম্মিন্নরি )

ঐণ্টনী—মখোয় ময়ামসি অত্থুদি শিরসনু ; মখোয়গি মমিংশিংত্থু শীংথারবনি।

ওক্টে— নংগি ননাওসু শিব তারবনি ; য়ানিংলব্রা নং লেপিদস?

লেপি— ঐ—তশেংন য়ারে।

ওক্টে— মাস্থু থারো, ঐণ্টনী।

লেপি — ফিভমত্থুদ পব্লিয়সসু হিংব য়াদ্রে, নংগি নচনপি মচানি, মার্ক ঐণ্টনী!

ঐণ্টনী—মহাক হিংব য়াদ্রে, য়েংউ, দাক অমনথুঐ মাবু থাদরে। অত্থুগ লেপিদস, নং চৎলো সীজারগি য়ুমদ। মাগি উইলত্থু

সিদ পুরকউ, অহুগ ঐখোয় লেপ্লসি, থুথাং লাম্লবগি চাদিং খর কমদোন কক্কদগে হায়রবহু।

লেপি—কমদোবা, ঐবু সিদ অমুক লাকউ হায়রব্রা ?

ওক্টে— সিদ নত্রগ কেপিটোলদ! (লেপিদস চংখি)

ঐণ্টনী—মসি কল্লিস্নু লৈতব মগুণ ল্লাংপ নিপানি। পাখোন চংনহনবদদ মতীক চাব ; মসিবু মতীক চাব্রা, তাইবংপান্সি অহুম থোক্ল খায়দোকপ; অহুগ মান শরুক অম য়াব ?

ওক্টে— অহুম্ম মাবু নংন খল্লস্ব, অহুগ মাগি মল্লা তারগ শিগদব মীশীং থাব ঐখোয়গি অমুব চৈল্লাক শিন্থা মীখলদ।

ঐ— ওক্টেভিয়স, ঐ নঙোন্দে হেন্ন হুমিং মশীং য়াম্ম উরবনি, ঐখোয়ন নিপাসিদ ইকাইখুম্নক্ষম কয়া পীরবস্নু, ইশা ইশাবু মিংদা থীব পোৎলুম মখল কয়াদৈ ল্লাই শংজনব, মহাক্ল মখোয়হু লোলান সনা পুবগুম খোংহুন হুমাং তান পুগনি থৌবু থৌরবস্নু চিংনিংব লম্বীদ চিংলবস্নু ; ঐখোযগি লম্থ মহু অপাম্ব মফম তানব পুহন্নগ মাগি পোৎলুমহু লোখোকপিরগ তান্থোকখিব ল্লাইশংজরব লোলাগুম মনা হাই জরুনব অমদি মীয়াম লৌবুক্ল শজিক চাজরুনব।

ওক্টে— নংন ' নীংবহু তৌব য়ানি, তৌবর্দদি মহাক চাংয়েংলব ফব লাম্নীনি।

ঐ— ঐগি শগোলস্নুনি, ওক্টেভিয়স; মহুগিদমক ঐন মাবু শজিক পৈভম পাম্নহল্লি, মহাক জীব অমনি, ঐন তম্বীব

লান তৌব, লৈব, লেপ্প, চুমত্রিং চেনখিব,— মহাক্কি হক-চাংগি খোংজেলহু ঐগি পুকচেলন ফাব, মাগি মতৌ খরদি লেপিদস অসুম্ন তৌই ; মহাকপু তম্বীব তায়, হৈহনর্ব তায়, চৎলু হায়ন য়াথং পীব তায়,— মবুকচেল ইহাং হাংব নিপা অমনে ; অম, অরেম্ব অতা অতু চা, মীতৌ তমহুন হিংব, কাপ্পদ্রে, পৎলে হায়হন মীন হুন্দোক্লবহু খুল্লগ মাগি চৎন-রোল অম হৌব ; মাগি মরমদ ভাংগন্নু মীন লোইনব পোৎ ওইন নত্তন। হুজিক্কি, ওক্টেভিয়স অচৌব রাশিংহু তারো। ব্রুটস অমসুং কেসিয়স লান্মী নমহুন খোমগৎলি, ঐখোয়সু অদোমদ মাংখাহুন চখৎপ তারি ; অহুনদি ঐখোয়গি লান্মীশিংহু পুন্সিন্সি, ঐখোয়গি ফরব মরূপশিংসু খোম্লগ, অরৈব পান্থেমখে শিজিন্নরগ চৎসি থীন্দন রা তান্নরুনব কমদোরগ অচেৎপ রাশিং নীংথিন তাকথোক্লদগে অমদি অফোংব খুদোং থীব কয়া কমদোন পাউথুম পীগদগে ?

ওক্টে— অহুম্ন তৌসি ঐখোয় ; মরমদি ঐখোয় খুদোং থীন লৈরে, য়েক্লব কয়ান লাঙ্গোই চন্দুন: মোমোন নোকপ খরদি, ঐ চিংনৈ ; মখোয়গি থম্মোয়দ মশীং নাইদন অরান অহুই তৌনিংব লৈ।

---

৪ৰ মতাং

## ২ৰ উৎপ।

ব্রুটসকি টাম্বুর মমাংদ, লার্দিসকি মনাক্ত লানবন অমদ

( ড্রম মৈরগ— লাকই ব্রুটস, লুসিলিয়স, লুসিয়স ১স্বুং লাম্মীশিং ;
টিটিনিয়স অমস্বুং পিন্দারস মখোয়গ উন্নরৈ )

ব্রুটস - লেপখো হায়।

লুসিলি—ৱারোল করিনো হা ? লেপখো।

ব্রু— কৈদৌরিব হুজিক, লুসিলিয়স। কেসিয়সপু নক্ল লৈব্রা ?

লূসিলি—মহাক নক্ল লৈরে ; পিন্দারস লাকই হৈবুংঙোদ থুক্লম্নব, মাগি মবুংঙোদগি।

( পিন্দারসন চিঠি অমা পী )

ব্রু— মহাক্ল ঐবু তরাম তরাম্ন তৌরকই।— নংগি নবুংঙোন পিন্দারস, মাগি মখুৎমক্ল নত্রগ মাগি ফত্তব ফম্নাইবশিংন ওইব য়াই, ঐঙোন্দ মতীক চাব মরম থর পীরে মস্থুম্ন খন্নব—ঐখোয়ন তৌখ্রব থবক্তু অমুক মখোয়ন থুগাইব— মহাক নক্ল লৈব থোক্লবদি ঐ হুংঙাইদৌবনি।

পিন্দা—ঐ করিমত চিংনজদে,—
অত্তবু, ঐগি পুকচেল চাউরব ইবুংঙোদি উৎলক্কনি মান ওইবত্ত অত্তম; ইকাইখুম্নন থৌগল্লোল কায়দন।

ব্রু— মত্তবুদি চিংনদে।— য়া অম, লুসিলিয়স, মহাক্ল নংবু করম্ন ওকখি, ঐ মত্ত খঙ্গে।

লুসিলি—য়াম্ন ব্যবহার খণ্ডন, ইকাইখুম্নন ;—

অদুবু, মমাংদৈদ মান হৈনখিব অদুম্নদি তৌদে, অদুগ মন্নপ মপাং শুইবগি ইকোম কোম্ন উন্নবস্ত্র নত্তে।

ব্রু— নংন হায়রিবদু শারস্ব মন্নপ অম ইংখরকপগিনি ; মতম পুম্বদ কাউগন্নু, লুসিলিয়স, মুংশিনবন মশাদু নারক্তুন পুমথরক্লবদি মদুন শিজিন্নৈ অফা অপুন্নব চৎনরোল অম, পুক শেংন চম্ন মুংশিনবদ লৌশিং চংদে। অদুবু অহোব মীশিংদি, শগোলদোন খুৎথক্ত শারগ মথৌনা ফদোব মশীঙ্গা লৈব উৎলমলগ, শাজে থাদুন অল্লা অনা থাংলগ চেন্নরকপ মতমদ মকোক লুকথরকই, লৌনম হৈবী গুপী-গুম চাংয়েংনবদ লুকথখি। মাগি লান্মীদু লাক্লমানে ?

লুসিলি—মথোয় ওসি মুমিদাংদি সার্দিসত লেক্লিংওস্ব য়াই অয়াম্ব শক্লক্ল, মরু ওইন শগোলমথৈ লাকনি কেসিয়সক।

( চৎপৈ মথোল মমুংদ )

ব্রু— তাওনে, মহাক খুংলরে ;—লেম্ন চংথো মহাক উনব।

( লাকই কেসিয়স অমদি লান্মী )

কে— লেপথো,— হায় !

ব্রু— লেপথো, হায়। ব্রাদু অদুম হায়য়ু।

মমুংদ লেপথো ! লেপথো। লেপথো।

কে— থ্বাইদৈ পুকচেল চাউরব ইচিন্নাও, নহাক ঐডোন্দ অরানব থবক তৌখ্রে।

ক্রু – ঐঙোন্দ য়ায়েনবিয়ু, হে লাইশা ! ঐ অয়ানব থনক তৌগ্র। য়েক্লবশিংদ ? মহুবু নক্সদি, করম হায়ন ইচিন্নাও অমদ অয়ানব তৌগদগে ?

কেসি— ক্রটস, নংগি অহুম অইংব নতৌহুন অয়ানবশিংবু লোং-শিল্লি ;—

অহুগ, মহু পাংব মতমদ— ।

ক্রু— কেসিয়স, মহুন পেনখো ;

নংগি মুংঙাইতবশিংহু মোঁয় হায়য়ু, – ঐ খভিঙ নংবু নিংখিজন :—

ঐখোয়গি লাম্মী মপৈ অনীসিগি মমিং মংমাং অসিদ, মখোয়দদি মুংশিনব নত্তুন ঐখোয়দৈ করিমত খঙহনফদে, ইবানী লাওনমুসি থংনমুসি ; মখোয়দ হন্দোক্লব য়াথং পীখো ; অহুদৈ ঐগি তম্বুর মমুন্দ, কেসিয়স, নংগি মুংঙাইতব ময়ামহু কন্দোকহল্লু, ঐ নঙ্গিহু ঙাগে।

কে – পিন্দারস, ঐখোয়গি কমান্দারশিংদ হায়খো মখোয়গি মী-য়ামহু লমম্মুয়াইদৈ থর হন্দোকখিনব।

ক্রু— 'লুসিলিয়স, নংমু অহুম তৌ ;—

ঐখোয়গি তম্বুরদ মী অমত্ত চংহনকহু য়াঙাংব লোইদ্রি কাও। লুসিয়স অমস্তুং টিটিনিয়সপু ঐখোয়গি থোঙ অসি ঙাকহল্লু। ( চংনখি )

৪ৰ মতাং

## ৩ৰ উৎপ।

ব্রুটসকি তম্বুর মনুংদ।

( ব্রুটস অমসুং কেসিয়স চংলকই )

কে — নহাক্ন ঐঙোন্দ অরানব তৌরে হায়ব উংলিব ৱাফমদি অসিনি—
লুসিয়স পেলাবু সুৱাইদ লৈব সার্দিয়ানশিংদে খোঙডা লোৱগিদমক মরাল শীরে, য়েক্নুন থম্লে; অদুগ ঐগি হায়-জগে, মাবু খঙবন কনখৎপন্নবুদি নংন করিসু থৌশাবিদ্রে।

ব্রু — অদুস্ব ৱাফমদু ইরকপদি—
নং নশান নশাবু লালহঞ্জবনি।

কে— অসুম মতম অসিদদি,—
কজব মরাল খুদিংমক মাগি মাগি মরোলদু মপ্লেক লান য়েক্নগ পোহনগ ন হায়বদু মতীক চাদে।

ব্রু — ঐ নঙোন্দ হায়গে, কেসিয়স, নং নশামকপুসু মীন য়াম্ন থীন ঙাংনৈ, নথুবাক হাক্কজগল্লি, অদুন নশীকু সনাগ ওন্নদুন মতিক চাদবশিংদ য়োল্লি, থৈদেন কম্মি হায়দুন।

কে— ঐবু খুবাক্ত ফুরি থুংব অম! নং খঙিঙ নত্তাক ব্রুটসনি মদু ঙাংইবদু, নত্রবদি লাইয়াম্ন সাক্ষী, ৱাইহেদুন নংগি অরোইব ৱা ওইরম্নি।

ব্রু — কেসিয়সকি মীংন লেমহল্লে ভমোংপ থবক্তু, অহৃগ চৈরাক্ মরমছুদে ইকাইবন মমাই লোংলে।

কে— চৈরাক !

ব্রু— নিংশিংউ মার্চ্চ, মার্চ্চকি থায়াই, নিংশিংউ ! চাউরব জুলিয়সন ঈথেঙ তাথিবহু ব্রায়েনচুমগিদমক নত্ত্রা ? করম্ব মী ফক্তন মাগি মশাদ শোকখি, অহৃগ থাঙন থীনখি ব্রায়েনচুমগিদমক নত্তনা ? করিনো, ঐখোয় ইরক্তগি অমন পৃথিবী পূম্নমক্কে খ্বায়দে মকোক খোংব নিপাবু য়েথুরুম্নগ হুরানবশিংবু শো-গংনবৈদমক খুংশাসি মোংহল্লিরাও, চোপ্ন শেল চাহুন, অমদি চাউরব মীংচংকী পাক্লব লম্ফাংহু, য়োম্হোকসিরাও, অম্নম পায়শিনব য়াব য়াইকুপ খরগিদমক অহুম্ব রোমান অম ওইদোবৈ শরুক, ঐদি হূই ওইনহুম পোকচরম্নি, থাদ গো গো খোঁঙনব।

কে— ব্রুটস, ঐঙোন্দ গৌ গৌন্নু, ঐ মহু থংওই : নং নশাবু কাওজরে ঐবু সম্বণ থাজিম্নব হোৎনবদ ; ঐ লাম্মী অমনি, ঐ, নঙ্গোন্দে হেম্ন কুইন ওইরক্লব, ফিভম শেম্নবদ নঙ্গোন্দে হেম্ন মতিক লৈরব।

ব্রু— হায়নিংব হায়্ম, নত্তি নং নং, কেসিয়স।

কে— ঐ মানি।

ব্রু— ঐন হায়রিবসিনি নং নত্তে।

কে— ঐঙোন্দ মথা তান য়েৎচম্নু, ঐ ইশাবু কাউথিনি ; নংগি নশাহুদ নবুক্কিং থম্মু ; মহৈদে হেম্ন ঐঙোন্দ লরুজম্নু।

ব্রু— চংখোঁ চৎলু, করিম্নু লৈতব মী !

কে— মহুম্ ওইব য়াব্রাও ?

ক্র— ঐবু তাখো, ঐ ব্না হায়্গে। ঐবু লম্বী থাদোক্লগ লম পীয়্ হায়রিব্রাও নংগি অফিংবন'চিংথুদ ? অঙাওব নিপা অমন ফৈরেং য়ুরেং য়েংলগ ঐবু কিগদ্রাও ?

কে— হে লাইশা, লাইয়ামশা ! মসি পুম্নমকসি ঐবু থাংহন লৈখিগদ্রাও ?

ক্র— মসি পুম্নমক। মানি, মতুদৈ হেন্নবু : লাওথোংথো নংগি নাপলন থম্লব থগ্নোইহ্ কাম্ন্রিব ফাও। চৎলো, নংগি ননাইশিংদ উংলু নহাক কয়া শাগ্গনবগে হায়্বহ্—অহুগ মীনাইশিংবু থক থক মিকহল্লু। ঐন মহুদ থুকপিগদ্রাও? ঐ নংবু শেল্লহন লৈগদ্রাও ? ঐবু কুন্দুন থাংজরাও নংগি শাওগনব নচিংহ্? লাইয়াম্ সাক্ষী, নংবু চীংথায়হল্লিব ফীরাক্তগি থোরকপ হূদো নংন তুম্নব চাজ্রব তায় ; মরমদ ডসিদৈ হৌন নংবু ঐন শিজিন্ননি ঐগি কুম্মে ওইনব ; উম, নোক্লনব, নংন থোইমচা শারকপ মতমদ।

কে— মসি অহুদ তারব্রা ?

ক্র— নংনদি হায়রে নংন হেন্ন ফব লাম্মীনি ; মতুম হায়ন উসল্লু ; নংগি নাপন্দু চুমসনো, মতুন ঐডোন্দ মুংঙাইহনগনি য়াম্ন ; ঐগি ব্না ওইনদি পুকচেল চাউব মীশিংগি ব্না তারগ ঐ মুংঙাইনি।

কে— মাইকৈ খুদিংদ নংন ঐবু ইরাল শীরে ; নংন ঐডোন্দ অরানব তৌরে, ব্রুটস ; ঐন হায়খিবদি হেন্নলীরব লাম্মী হায়বনি, হেন্ন ফব হায়ব নত্তে। ঐবু হেন্ন ফব হায়খিব্রাও ?

ক্র— হায়খ্রবস্থ ঐ করিস্থ থোশাবিদে।

কে— শীজাগরক নৈরিউভেদ ফাওবা ঐবু, অদুম খোইদ্রাওহনবা ওমলমদে।

ক্র— ইংথৌ, ইংথৌ। নং অহুম হায়নদি মঙ্গোন্দ লকনরুব ওমলম্মোই!

কে— ঐবু ওমলমদে!

ক্র— ওমলমদে।

কে— করি, মঙ্গোন্দ লক্করুব ওম্লমদে হায়বা?

ক্র— নথরাই পাম্মুবন ওমলদে।

কে— ভাবম হেঙ্গৎনা শাক্সিনবগী ঐম নুংশিবৈ মরমদ, তুংদ নুংঙাইরকওইদব থবক ঐ তৌব য়াই।

ক্র— তুংদা নুংঙাইরকওইদবা থবক নং তৌরুরে। পাম্বৎনা কীনিঙাই লৈতে; কেসিঁয়স, নংগী থমকাহ্নদ, মরমদি ইবুঙ্গ-শেংবন থুংলাই ওইন ঐ অসুক লিংন লৈ মহুদি—মখোয়দু তঙ্গানবা নুংশিংকুম ইনাক্ত [ছুম্মগ চৎশি, মহু ঐ কৈস্থু থোশাবীদে। ঐ নঙ্গোন্দৈ সনা থর লৌরুচো হায়দুন মী থাখি, মহু নং পীরক্লুখিদে, মরমদি— ঐ অমোংপা পাম্মেন শেল থোমগৎপ ওমদ্রে, লাইরৈবাক্স সাক্ষী, থম্মোয়সি কায়খোরুগ খেল শার ত্রাকমাগী মহুৎ ঈ লিংছুনবলা হেন কৈ, লৌমীগী চেৎরব নুংশিংদৈ অরানব পাম্মেন থুনাম্ভ মুন্দোবংপী শরুক; ঐ মী থারু-বক্সি মতোন্দ সনাপীদনক লাম্মীপিড্ডদ ভুলব ম্রেব, মহু

নং পীরকখিদে। মন্থ কেসিয়াসকুম্ন তৌখিব থবকলা? অন্থম হায়ন ঐ, কাইয়স; কেসিয়সত খুম্নমগজ্রা? মার্কস ব্রুটসন অন্থক শেল পাম্মক্লবদি, মন্নপ মপাংদৈ অন্থক চোপ্ন শেল চপথংলক্লবদি; শেমশান্থুন লৈবিন্নু, লাইয়ামশা মখোয়গী নোংমৈ শীংজংশিংন্থু, মহাকপু মকুপ তান তক-খায়নব।

কে— ঐ নঙোন্দ করিমত মাই হায়খিদে।

ব্রু— নং হায়খি।

কে— ঐ হায়খিদে; মহাক অপঙব নিপা অমনি, ঐগী পাওখুম হন্দুন পূরকখিবন্থু।— ব্রুটসন ঐগী থম্মোয় চীখায়-হনখি, মক্নপ অমন মাগী মন্নপকী অশোই অঙামন্থু ঙাকপিক্কম থোকপনি। ব্রুটস্তি অন্থবু ঐগী অন্নানবশিংন্থু অঙহইবদগী হেন্ন চাউহল্লি।

ব্রু— ঐ তৌদে, নংন ঐঙোন্দ তৌরক্লব মতমদদনি।

কে— নং ঐবু স্থুংশিদে।

ব্রু— ঐ নংগী অন্নানবশিংন্থু পামদে।

কে— মন্নপকী মিংন অন্থম্ব মরালন্থু উরম্মোইদবনি।

ব্রু— চীন্নোল হৈবগী মমিংনদি উন্নোই, মখোয়ন্থুন উংলবস্থু ওলিম্পস চীংমূক ন্নাং চাওন।

কে— লাকউ, ঐণ্টনি, নহা ওক্টোভিয়স, লাকউ লমন শিংলো নখোয়, কেসিয়স ইথন্দৈ মথক্ত—; মন্নমদি কেসিয়স ঐ তল্লে তাইবংপানসে; তুক্কচবিন্নে ঐন স্থুংশিব নিপানা, শিংলক্লে মচিন মনাওনা অফা, অপুন্নে মীনাই অমগুম; মন্নাল পূম্ব উনবিন্নে নোটবুক্ত ইন্থন থমলে, তম্নন্নে, চিপ্ফা

পুনরে ঐগী মায়দ থীজিল্লনব। ওহ, ঐন কপথোকপ য়ারদিকো ইথল্লাই চাক্লিবসি ইমিৎশিংদগী! থিল্লথাং লৈরেসিদ—, সিদ লৈরে হাংলব থবাক্ল—; থম্নুংদন থম্মোয় অম হেল্ল ভাংলব প্লুটসকী খোংদগী, সনাদৈ মমল হেনব : নংন করিগুম্ব রোমান অম ওইরবদি, মসি লৌরো খুদকসিদ ; নঙোন্দ সনা পীয়ু য়াখিদব ঐন, ঐগী থম্মোয়সি পীরগে থিল্লু, সীজারদ নংন তৌখিব অহুম্ন, মরমদি— ঐ খঙিঙ, নংন মাবু খ্বায়দৈ তুক্কচরব মতমদ, মাবুন হেল্ল নুংশিখি, নংন করিগুম্ব মতমদ কেসিয়সপু নুংশিখিবদৈ।

ক্র— থাংথুমদা হাপচিল্লু নংগী থাংহু ; নংন শাওনিংব কান্দ শাও, শাওনব লম লৈগনি ; নংন অপান্বদ তৌ, ইজ্জৎ মাংলবসু ফাগী ওইনি। ওহ, কেসিয়স, নংগ পোৎপু পারিবসে য়াওমচানি, মান পুব অশাওবদি মৈখেত্ত মৈ য়াওবগুম্বনি ; কল্ল তক্লরব মতমদদ ফিংন মৈরীক অমা শাপ্লক্কদব, অহুদৈদি চুমত্রিংন ইংথখিদোব অমুক।

কে— কেসিয়সন হিংলকইবসি হুংঙাইনব নোক্লবত্রাও ক্রুটস ? মঙোন্দ অল্লাব অমদি ঈ পরাং চুমদবন ওৎলরবসু ?

ক্রু— ঐন মহু ভাংখিব মতমদসু ঐগী ঈ পরাং চুমলমদে।

কে— অহু য়োন নরালহু য়ানিংব্রাও ? নখুৎতু পীয়্ন কদায় ?

ক্রু— ঐগী থম্মোয়সু য়াওনা।

কে— ওহ, ক্রুটস—

ক্রু— করি তৌরবগে ?

কে— নঙোন্দ মতীক চান নুশিংব লৈত্রা ঐবু থাংনব, ঐঙোন্দ ঐখোয় ইমান পীখিব অফিংবহুন ঐবু কাউহল্লবদ ?

ব্রু— লৈ, কেসিয়স ; হুজিক্তগীদি নংম ভাইউম্মদন ব্রুটসত শাও-
রবা মতমদ মহাক্লা থনগনি নমান নংবু চৈয়ে, অহুগ
অহুম নংবু থাদোক্লমগনি।

( মপুংদ লাংব তায় )

( মনুংদা )

কবি— ঐবু মপুংদ চংহল্লো, জেনেরেলশিংগ উন্নগে।
মথোয়নীহু মলোম খর লৈনবনে : মথোয়নীদ থাদোকপ
চুমদে।

লুসি— নং মথোয়গী মনাক্ত চংব য়ারোই।

কবি— ঐবু করিশুজন থিংব য়ারোই, অশিবন নত্তন।

( কবি চংলকই মতুংদ হন্নরকই লুসিয়স অমসুং
টিটিনিয়স )।

কেস— করিনো হুজিক, কৈদৌমরে ?

কবি— ইকাইব য়ানি, জেনেরেলশা ! নথোয়বু কৈদৌরিবনো?
সুংশিনৌ, মরুপ ওইয়ু নথোয়গুম্ব নিলা অমীম ওইব
হৌনবহু, মরমদি ঐহাক্ল নথোয়দগি চহী য়াম্ন উংহেল্লে,
ঐ শোয়িরোই শায়ন নিঙই।

কেস— হা, হা। কযাদ লান্নন থাজগন্দব নিপাসিন খোন থার-
বনো !

ব্রু— সিদগী চথোকখ্রো, অহল, মী উশিত্তব। চংখ্রো চংলো।

কেস— য়ারৌকপু ব্রুটস; মসি মাগী হৈনবীনি।

ক্রু— ঐ মহাক্কি পুকচেলহু খঙগনি, মহাক্র মাগি মত্তম খঙলগ। লান্দ কৈদৌননি মখোয়সিগুম্ব খপ খপ চোংব অপঙবশিং-নবো।— সিদৈ চংখ্রো।

কে— চংলো চংলো, আদ চংলো। (কনি চংখি)

ক্রু— লুসিলিয়স অমসুং টিটিনিয়স, কমান্দারশিংদ হায়ক্ক মখোয়গি লান্মীশিংছু অহিং লেক্লব মফমছুব্রাইদ।

কে— অহুগ নখোয়ন মেশালা পুহুন লাকউ, হুজিকমক ঐখোয়সিদ।

(লুসিলিয়স, টিটিনিয়স চংখি)

ক্রু— লুসিয়স, য়ু চকু অম পুরকউ।

কে— নংন অহুক শাওরমগনি হায়বহু ঐ খল্লমদে।

ক্রু— ওহ, কেসিয়স, ঐ মুংঙাইত্তব কয়ান নারবনি!

কে— নংগি মিংয়েংলোন্দু নং করিমত্ত শিজিন্নদ্রে অহুম্ন নংন খুদোং চাদব থৌদোকশিংবু চংহল্লবদি।

ক্রু— কনামত্তন সিদৈ হেন্ন নিংথিন অরাব থাংব ঙম্লোই।— পোর্শিয়া শিরবনে।

কে— হা! পোর্শিয়া!

ক্রু— মহাক শিরে।

কে— কমদৌন শিবদগি নাস্তোকহৌবিবনো, ঐন নংবু অহুক শাওহল্লুরিবহু ?—

ও, মহুৎশিনব য়াত্রব, থরাই শোকপ অমাংব!—

করি ওইন নাথি ?

ব্রু— ঐ লৈতবৈ লাংতরুবা, অতুগ ব্লাব—মতুদি নহা ওক্টেভিয়সন মার্ক ঐন্টনীগ তিম্নরগ খুৎকন পাঙ্গল্লকপ ; মরমদি মা শিখ্রে হায়ব পাউগ লোইনন মতুস্ত তম্মৈ, মুংডাইতবদৈ মহাক হিপখি অতুগ মাবু শেম্লবশিং লৈত্রিভৈদ, মৈ য়োংখিরম্মি।

কে— অতুম্ন শিখিবা ?

ব্রু— অতুম্ননি।

কে— ওঃ, শিব নাইদব লাইশা !

( চংলকই লুসিয়স য়ুগ, মৈরাগ লোইনন )

ব্রু— মাগি মরমদ অমুক ডাংলম্নু।—কদায় য়ুতু পীবিয়ু কঙ্গন অম— মসিদ ঐ মুংশিহৈতব পূম্ব ফুমজিল্লি, কেসিয়স ( থকই )

কে— ঐগি থম্মোইস্নু খোরাংলে পুকচেল চাউব ব্লাশকু— থলহল্লু লুসিয়স, কঙ্গন্নু পাথোকত্রিব ফাওব ;— ঐ করিস্নু হেন্ন থকপ ডম্মোই ব্রুটসপু মুংশিবতু। (থকই)

ব্রু— চংলকউ টিটিনিয়স !

( চংলকই টিটিনিয়স মেশালাগ লোইনন )

চঙ্ডকসি ফরব মেশালা !

মৈরাসি মনাক্ত নক্ল ফম্মিন্নরগ, ঐখোয় থম্নসি ঐখোয়গি তৌদব য়াদবশিংতু।

কে— পোর্শিয়া, নং চৎলবোইরে কো ?

ব্রু— মখা তারগম্নু, ঐ নডোন্দ খুরুমজগে— মেশালা, ঐ সিদ চিঠি ফংলে— মতুদি নহা ওক্টেভিয়সক মার্ক ! ঐন্টনীগ চাউরব লান্মীমপৈ অম পূরন্থন ঐখোয়গ থেংনগদোবগি

লাক্নে হায়রে, মখোয়গি খোঙচ'ত্তু ফিলিপ্পিরোমদ থেক-লকই হায়রি।

মেশা— ঐঙোন্দস্থ মহুগ চপ মান্নব চিঠি থুংলরে।

ক্র— অহেনব পাউর্দি করি করি য়াওই?

মেশা—আন্টন শেমহুন নমহুন মীয়াম্বু লাম্মী ওইহল্লে, ওক্টেভিয়স, ঐন্টনী অমদি লেপিদসন সিনেটর চাম হাংলে হায় লমহেনবদৈ।

ক্র— মহুদ ঐখোয়গি চিঠিশিংহু খেন্নৈ,—
ঐগিদন শিখিব সিনেটরশিংহু হুক্ফুতরানি হায়রকই মখোয়গি আইন্ন কনবিদবদৈ, সিসরাউস্থ য়াওখ্রে।

কে— সিসরাওস্থ অম!

মেশা—সিসরাও শিখ্রে।—

লমহেনববু আইন্ন কন্দবদৈ, ইবুংঙোগি মুপীদগি চিঠি-শিংহু ফংবিব্রা?

ক্র— নত্তে, মেশালা।

মে— অহুগ চিঠিশিংহুদ মাবু নাবগি ব্রাম্থ য়াওদব?

ক্র— করিমত য়াওদে মেশালা।

মেশা—মহু, ঐন থগুবদ, খর ঙকই—।

ক্র— করিগিনো হংইববো? নংগি চিঠিহুদ মাগি ব্রা য়াওব্রাও?

মেশা—ব্রাওদে অঙম্বা।

ক্র— হুজিক, নং রোমান অমনিন, অচুম্ব হায়য়ু ঐঙোন্দ।

মেশা—অহুদি রোমান অমগুম ঐন হায়দৌরিব অচুম্বহু খাংবিয়ু। অওইবমক মহাক শিখ্রে, অওকপ মওংদা।

ক্রু— করিনো, বিদায় পোর্শিয়া—ঐখোয়পুম্ব শিগদবনি মেশালা? মহাক অমুকপুদি শিগনি হায়বথন্ন খন্ন ঐ হুজিক মহু খাংবগি পাঙ্গল লৈরিবনি।

মেশা—মতৌ অহুম্ন অচৌবমীশিংন অচৌব অমাংব খাংব তাবনি।

কে— ঐস্থ অহুম হায়ন নংগিগুম্ন ব্লার্থলবুদি লৈ, অহুগ ঐগি ইহৌশা ওইন মহু খাংব ভমদে।

ক্রু— ফরে, ঐখোয়গি হুজিক তৌব তারিব থবক্ত। নং করি থল্লি—হুজিক হুজিকমক ফিলিপ্পিদ চংপদি?

কে— ঐ মহু ফনি নীভদে।

ক্রু— নংগি মরমদি?

কে— মসি নি—য়েক্লবন ঐখোয়বু থিরবন ফৈ; অহুম্ন তৌরগ মাগি মচাক মরল মীংগনি, লান্মীশিংবু ব্লাহনগনি, মশাবুস্থ ওৎচনি; ঐখোয়ন সিদ লেংদন লৈবনিন, পোত্থাব ফংনি, ইশাবু কগুনি, ইখোঙ য়াঙনি।

ক্রু— অফব মরমশিংহু হেন্ন ফব মরমদ মফম পীব তাবনি দগুিন ফিলিপ্পীই অমস্তং লমসিগি কারক্ত লৈরিব মীশিংহু ঐখোয়বু মুংশিশন্নহুন লৈ, মরমদি ঐখোয়দ মথোয় মতেং কয়া পীনীংদে; য়েক্লবন মথোয় মনাক্ত অস্তুম লাকপদ, মথোয় মশীংহু থোমজিল্লুন য়াম্মকনি, মশা তেকশৎন

মথৌনা হাপকৎপ, ইচং থৌন। মতুগি খুদোংচাবন্থ ঐখোয়না ককথংকনি ফিলিপ্পা দ থেংনরবদি, স্মুনাইগি মী- শিংবু ফুংদ থম্লগ।

কে— অমূক্ত তাবিখো, ফরব ইচিন্নাও।

ক্র— নংন ডাকপিরবদি— মসিগ তাসিনখো— ঐখোয় চাং য়েংলে ঐখোয়গি মরূপশিংবু অয়াবমখৈন ঐখোয়গি লাম্মী- মপৈ মপূং ফারে, থৌরম্ন মুল্লে; য়েক্লবন মশীং হেঙ্গৎলকই নোংম নোংমগি, ঐখোয়ন মতোন্ন য়ৌরবনিন তাথগদবদ ডায়রে। তাইবং মীগি থৌদোকশিংদ, ঈচাও কাব মতম লৈ, মহুন ঈনোং লাকপদ য়াওহৌরবদি লাইবক ফবগ থেংনৈ; নাম্থোকহৌরবদি মখোয়গি পুন্সিগি খোঙচৎ শুম্বন্থ হেন্দোকপ য়াদন লৈরুই অথেনবদ অমদি থুদোংথীবদ। হুজিক ঐখোয়ন তাঙরিবসি মপূং ফারব সমুদ্রদনি; খুদোং চাবিইভেনিদ ঐখোয় ঈহনগ লোইনহৌব তায় নত্রগদি মাংজনি ঐখোয়গি থৌনা থৌরম্মসি।

কে— অদু ওইরবদি, নংন নোঙলিবদুগি মতুংইন্ন চখরো; ঐখোয় নতুং ইন্নগে, মখোয়গ উন্নরুসি ফিলিপ্পাইদ।

ক্র— অহিংগি ইচিক্র কাপ্পৎলক্লে ঐখোয়গি ন্নারী মথক্ত, মহৌ- শান ইনব তাবনি তঙাইফদবদি; মদু ঐখোয় পাম্মু পম্মুন পীরসি ডুহাক পোত্থাদুন, অতৈ হায়নিংঙাই লৈত্রে।

কে— অতৈ লৈত্রে, অদুদি কায়নরসি; হন্নং অমুক ডন্তা হৌরপ চৎপ তারে সিদৈ।

ব্রু— লুসিয়স, ঐগি ফুরিং অচোনব। (লুসিয়স চংথি)
কায়নরসি ফরব মেশালা। ফরেনে অহুদি— টিটিনিয়স, পুকচেল চাওরব কেসিয়স, থায়নরসি, নিংথিন পোথাবিরু।

কে— ও, ঐগি মুংশিরব ইচিন্নাও !—
মসিন ওইখি ফত্তব মহো অহিংগি —; কৈদৌঙৈদ লাক্কসনু অশুন্ন কায়নব ঐখোয় থব্রাইনীদ মতু লাক্কসনু ব্রুটস !

ব্রু— হিরম খুদিংমক ফরে।

কে— কায়নরসি, ঐগি ইবুংঙো।

ব্রু— কায়নরসি, ফব্রব ইচিন্নাও।

টি, মে—কায়নরে, অঙম্ব ব্রুটস।

ব্রু— মী খুদিংদ বিদায়।

(চংখ্রে কেসিয়স, টিটি, মেশালা)

(ফুরিং অচোনব পুত্থন লুসিয়স লাকই)

কদায় ফুরিংতু পীয়ু। কদায় নংগি যন্ত্রদি ?

লুসি—তাম্বুর অসিদ লৈ।

ব্রু— করি, উইরগ ডাংইব জাংলা !
তোল্লব অপঙবা, ঐ নঙোন্দ নরাল পীরোই ; নহাক শংবদ চোকথরম্মনি। ক্লাউদিয়স কৌ, নত্রগ অতোপ্প ঐগি মী অতৈ ; ঐ মখোয়বু ঐগি তাম্বুরদ ফম্পাক্ত তুমহন্নিংই।

লুসি— ভারো, ক্লাউদিয়স !

(চংলকই ভারো, ক্লাউদিয়স।)

ভারো—ঐবু কৌবিত্রা ইবুংঙো?

ক্রু— ঐন হায়জরি, ইবুংঙোখোয়, ঐগি তাম্বুরদ নখোয় তূম্ব তারে। ঐম নখোয়বু হৌদোরকপ য়াই—থৌন্দন, পা· খোল চংনব ঐগি ইচিন্নাও কেসিয়সকি মনাক্ত।

ভা— ইবুংঙোন পাম্বীব মতুংইন্ন ঐখোয়, লেপ্তুন লৈজনি, শংজনি।

ক্রু— অন্থম্ন নত্তে, হিপথো ইবুংঙোখোয়। য়েংওই, লুসিয়স, ঐন থিব লাইরিক্তু সিদ লৈরম্মে। ফুরিং অচোনবগি ফুরিংথাওদ ঐন হাপ্লম্বনিদন।

(ভারো, ক্লাউদি হিপথখি)

লুসি— ঐন হায়জবন্থনি, ইবুংঙোন মন্থ ঐঙোন্দ পীবিখিদে।

ক্রু— শাওগন্থ অফব অঙাং, ঐ য়াম্ন কাউগল্লে। নংগি লুমথরক্লব নমিংন্থু ওহাক্তং থাম্মগ নংগি যন্ত্রন্থ মতের্ক অমন্তং থোংগেরা?

লু— ফনি ইবুংঙো; মুংঙাইবনি হায়রবদি।

ক্রু— মুংঙাইনি অঙাং; ঐন নবু য়াম্ন রাহল্লমানে, অন্থবু নশা- নদি য়ানিংই।

লু— ঐগি ইথৌনী ইবুংঙো।

ক্রু— ঐন নংবু নতীক্তগি হেন্ন নথৌ তৌনব হায়ব চুমদে; ঐ থক্তিঙ নহাকন্থ পোত্থানব মতম পাম্মী।

লু— ঐ হান্ন তুমজক্লরবনি, ইবুংঙো।

ক্রু— মন্থ অফব পোৎনি, নং অমুকন্থ তুমথিনি ঐ নংবু কুইন

ফাররোই ; ঐন হিংব থোক্লবদি ঐ নঙোন্দ ক'নি।

( ইশৈ, যন্ত্র তায় )

মসি তুম্মিংহনব স্তুরনি।—ও, হাৎপদোন তুম্মিংব, নংগি মিশিন শাব গদাহুন ঐগি যন্ত্র ইশৈ শক্লিব অঙাং মথক্ত নল্লব্রা ? মোল্লব অঙাং, বিদায় ; নংবু হৌদোকপমুক তমথীব থবক ঐ তৌরবোই ; উইহুন তুথরবদি নংগি যন্ত্র মরীহু তৎলনি ; মহু ঐ নঙোন্দে লৌশিল্লগে ; অফব অঙাং, বিদায়! ঐ য়েংগে ; লামাইসিবু মথক মথা ওল্লরব্রনে—ঐন পাখিবৈ মথাক্ত কপ্পায়ল্লাইদনো ; সিদ ৎইরমানে—হায়ন নীঙিঙ। ( ফমথৈ )

( সীজারগি ভূত চংলকই )

য়োমসি মৈরী ফত্তন চাক্লেদা! হা ! কনানো সিদ লাকইব ঐন নীঙিঙ মসি ঐগি মিৎন শোয়ব ওইরিনি, হিংচা-য়াতহ্বগি ভূতসি মান মওং শাগৎপনি। মসি ঐঙোন্দ চঙলকইনা।— নংবু করি পোৎনো ? নংবু করিগুম্ব লাইরা, ল্যাইগি দূতপ্পা নত্রগ করিগুম্ব লাইমু মহুন ঐগি ঈ ইংহল্লিব, ঐগি শম্বু চপ য়ুংহল্লিবা রা ঙাংডু ঐঙোন্দ, নংবু ক'রনো ?

ভূত— নংগি ফত্রব ভূত অহুনি, ব্রুটস।

ব্রু— নংদি করিগিলাকইবা ?

ভূত— নঙোন্দ তাক্কে ঃায়হুন ; ইবানী ফিলিপ্পাইদ উনসি।

ব্রু— কৈ,—

অহুদি, ঐসি নংগ অমুক উণথিনি হায়বা ?

ভূ— মানি, ফিলিপ্পাইদ।

ক্রু— করিগি, ঐন নংবু ফিলিপ্পাইদ উনসি,—
অহুদি— (ভূত চৎখি)
হুজিক ঐগি থৌনা লাক্লে, নং মাংখ্রে। ফত্তব ভূত, ঐ
নংগ অমুক ব্লারী থর য়াম্ন শাখিনি। নিপামচা লুসিয়স!
ভেরো। ক্লাউদিয়স! অভাংশা, হৌগৎলো। ক্লাউদিয়স।

লু— ম্নরীশিংসি, ইবুংঙো, থর মরিল চুমদ্রে।

ক্রু— মান খল্লি যন্ত্র খোংলি হায়ন।
লুসিয়স, হৌগৎলো নমিৎ পাংঙো।

লু— ঐগি ইবুংঙো।

ক্রু— নমঙ মঙ উরব্রা নংবো, লুসিয়স, নংন অহুক হৌন কপ্লকইবদি?

লু— ঐগি ইবুংঙো, ঐ কপ্লুরে হায়বঁ খঙজদে।

ক্রু— অওইবনি, নং কপখি; নমঙদ করি উখিবগে?

লু— করিমত উদে, ইবুংঙো।

ক্রু— অমুক হন্ন তূম্ন লুসিয়স।— ইবো,
ক্লাউদিয়স। নিপা, নং মিকপ খোল্লব্রা?

ভেরো—ঐগি ইবুংঙো?

ক্লা— ঐগি ইবু ঙো?

ক্রু— করিগিনো ইবো নখোয়না নমঙদ অহুক হৌন কপ্লকইবগে?

ভে, ক্লা—কপখিব্রা ঐখোয়বো ইবুংঙো?

ক্রু- কপখি, করিগুম্ব উ লাকখিব্রাও?

ভে— করিমত উজখিদে ইবুংঙো।

ক্লা— ঐস্যু উজাখদে— ইবুংভো।

ক্র - চৎলু, ঐগি ইনাও কেসিয়সতা ঐগি, য়াইফপাও তম্মু, অদুগ হয়েং অয়ুক অঙনবদ মাগি লাম্মীশিংদু যাত্রা তৌ· হল্লু হায়রু অদুগ ঐখোয়ন মতুং ইন্নর্কনি হায়ন।

ভে, ক্লা—মহুমক তৌজরুগে ইবুংভো! ( চৎখি )

---

৫ষ মতাং

**১য় উৎপা।**

ফিলিপ্পাইগি লম্ফাংদ ।

( চংলকই ওক্টেভিয়স, ঐন্টনী অমসুং লাম্মী তেঙ্গোল )

ওক্টে— হুজিক ঐন্টনী, ঐখোয়ন থাজরম্বদু চুমলে ; নংন হায়খি য়েক্লবশিংদু মথাদ কুমথরক্লোই, চোংথক্ত অমদি অহাংব লমদ লৈখিনি ; মদু হুজিক চুমদ্রেদনা ; মখোয়গ লান খুথেং-নদৌরে, মখোয়ন ঐখোয়বু হারকপ পাম্মি ফিলিপ্পাই সিদ, পাউথুম পীররি ঐখোয়ন তাল্লুদ্রিবৈগি মমাংদ।

ঐন্ট— ভাইখো, ঐ মখোয়গি মবুকনুংদু য়ৌরুরে,—
ঐ খঙিঙ মখোয়ন মদু করিগিদমক তৌরিব ; মখোয়ন পেনগদবদি লম অতৈ যাওন উরগনি ; মখোয়ন কুমথরক-ইবসি কিহুন ফব থৌনাননি, মহুম তৌরগ মখোয়ন ঐখোয়দ খলহন্নিংই মদুদি মখোয়গি থৌনা লৈ হায়ন ; তৌবগিদি লৈব নত্তে।

(পাউমী লাকই)

পাউমী—শেমশাবিরো সেনাপতীশা !—

য়েক্রব লাক্লে মথৌনাগি মতৌ উংলহুন, মথোয়গি ঈভাং তৈব লানগি ফিরাল হাইগংলকই, করিগুম্ব খর খুদকসিদ তৌবিদব য়াত্রে।

এন্ট— ওক্টেভিয়স, নং লান তপ্ন চংব হোরো, ওইথংব নাকল লৈতেম মায়ব লৌবুকসিগি।

ওক্টে—য়েংথংব নাকল চংগে ঐ, নং ওই থংউ।

এন্ট— করিগিনো মুরব তাঙ্গাসিদ নংন ঐঙোন্দ য়েংলিবা।

ওক্টে— ঐ নঙোন্দ য়েংপ নত্তে, ঐ অহুম তৌগে হায়বনি। (চংলি)

(ঢোল য়ৈ, ব্রুটস, কেসিয়স অমদি তেঙ্গোল ; লুসিলিয়স, টিটিনিয়স, মেশালা অমসুং অতৈ অতৈ)

ব্রু— মখোয় লেপ্লী অহুগ রা লেপ্লব পাম্মি।

কেসি – চপ লেপখো, টিটিনিয়স ; ঐখোয় চখোকউরগ রা ভাংনখিগে ?

ওক্টে - মার্ক এন্টনী, লান হৌনব খুদম পীরসিরা ?

এন্ট নত্তে, সীজার, মখোয়ন লান্দারক্লগ ঐখোয়ন ওক্কদবনি। শেম শাহুন লৈখো; সেনাপতিশিংন রা খর হায়ননিংমানে।

ও— ইঙ্গং পীরক্তি ব্ফাওব লেংগনু।

ব্রু— খুং থোক্কক্রিদৈদ চীনখৈ হায় ; করি হায়বগে লৈবাক মচাশা ?

ও— ঐখোয়দি রাহৈন হেন্ন পাম্বদি নত্তে, নহাক্কুম।

ব্রু— ওক্টেভিয়সন, অফব রাহৈন ফত্তব চৈফুদৈ হেন্ন ফবনি।

ঐন্ট— নংগি ফত্তব চৈফুদ, ব্রুটস. অক্ষব ব্রাহৈ পী নংদি, মত্থুগি সাক্ষীদি সীজারগি থম্মোইদ নংন ভোব মথুলদো লাওরি— "কুইন পুলিসমু! য়াইফো সীজার!

কে— ঐন্টনী, নংগি চৈফুগি মফমদি হুজিক থঙনদ্রি, অত্থুগ নংগি নব্রাহৈশিংত্থুদি হয়িংখোইদৈ ফাওব মুন্নগ থোইহী পকহন্দ্রে।

ঐ— মমুস্থু য়াওদব নত্তব।

ব্রু— অং মানি, মখোনস্থু থোক্তবনি; মরমদি নংন হুখ্রে মখোয়গি ভুং ভুংত্থুস্থু, ঐন্টনী, অত্থুগ য়াম্ন শিংন থমকা তৌরম্মী নংন চিকত্রিভেদ।

ঐ— মীফত্তশা, নখোয়দি অত্থুম্ন তৌখিদ্রা, নখোয়গি তমথীরব থিম্নথাঙশিংন সীজারগি নাকল য়ুংশিন্নব মতমদ; নখোয়ন উংখি নয়াশিংত্থ য়োংজাওগুম, নমৈ হাইরম্মী শাদাম্ন হুইশিংগুম্ন, খুরুমখি মীনাইগুম সীজারগি মখোঙদ লেক্লুন মতমত্থুদ পাপী কাস্কান হুই পাংদবগুম মতুংদৈ খিনখি সীজারগি ভকশমদ। ওহ, চীবোল-হৈবশা!

কেসি— চীরোলহৈবশা!— হুজিক্লি, ব্রুটস, নথন্দবু থাগংচো: কেসিয়সন হায়ব ইল্লম্মবদি মসিগি মরৈসিন ভসিগি অম্ম্ন ওৎলম্মোইদবনিদো।

ও— লাও, লাও, মরু অদো; মরৈ য়েংনরগ হুমাং থোক্লরবদি, মত্থুগি প্রমানদি ভাংব হেনব মরীক থোক্লনি। য়েংউ— ঐ থাং শংলে শরৌশিন্নবশিংগি মাইয়োক্ত, থাঙন অমুক হন্ন হায়গংলকপ করম্ব মতম্নি থন্নী? সীজারগী মশাদ

লৈরম্ব থাঙফম কুন্থ্রাহুমদোইহু মতীকচান লমন খুমত্রিব ফাওব; নত্রগ অভোম্ব সীজার অম হাপচিনব থাজব হাংপশিংগি থাঙশিংন য়ানবদ।

ক্রু— সীজার, নং থাজব হাংপশিংগি মথুৎত শিয়োই, নংন মখোয়হুবু ননাক্ত পুশিন্দ্রবদি।

ওক্টে— হো অহুম্ব ঐ থাজৈ,—

ঐহাক পোক্লম্ব নত্তে শিনবা ক্রুটসগি থাঙশাংদ।

ক্রু— ওঃ, নংন নখোয় শাগৈগি খ্বাইদৈ পুকচেল চাউব ওইরম্মবদি, পাথঙ, মহুদৈ হেন্ন লেম্ন শিব ভয়ম্মোই।

কে— থৎনগনব স্কুলগি অঙাং, অহুম্ব ইকাইখুম্নবগি মতীক চাদবা, মীচঙন ওয়রিব মাইথুম হাপ্ন অমদি হরাউকুম্মৈদ ঈরপ্পগা।

ঐ— থাইনগি কেসিয়সতু হুজিকস্থু অহুম!

ও— লাকও ঐণ্টনী; চৎলসি—

থাজবহাংপশা, শিংনবসি নমাইদ লংশিল্লবনি ঐখোয়ন; ভসি লান থেংনবৈ নখো-া লৈরবদি লৌবুক্ত লাকও; নত্রগন নরিংজেলতু লৈরক্লব মতদ।

( চৎখি ওক্টেভিঃ স, ঐণ্টনী, মখোয়গি লাম্মী )

কে— করিগিনো, হুজিক, শিংলো মুংশিং, ঈথক হোরো হি থাদরো। নোং মুংশিং হোরে, পুম্নমক খুদোংথীবদ লৈরে।

ক্রু— হো, লুসিলিয়স! তাও, নঙোন্দ বা অম।

লুসি— ঐগি ইবুংঙো! ( তোঙান্ন বারী শাথি )

কে— মেশালা।

মে— করি তাকপিগদব জেনেরেল ?

কে— মেশালা, ঙসি ঐগি ইপোক মুমিংনি ; ঙসি মুমিংসিদনি কেসিয়স পোকখিবা। কদায়নখুৎতু পীয়ু মেশালা ; নংন ওইয়ু ঐগি সাক্ষী, মহুদি, ইথরাইন য়ানিঙদন, পোম্পেন তৌথিবগুম, লানফন অমদ থানব তারবনি ঐখোয়গ ইনীঙইথা তম্ব পূন্নমক। নং খঙিঙদনা ঐ ইপিক্যুরসপু অমদি মাগি মোত্তপু য়াংন থাঙ্গংলি ; ঐ হৌজিক পুক্লিঙ্ ওল্লে, লাইন থুত্তম পীবদ থংর থাজরে। সাদিস্তগি লাক-পদ ঐখোয়গি হাম্নগি ফিয়াল মথক্ত চাউরব কাকয়েন অনী তারক্লগ তোংলৈ, অদুগ ঐখোয়গি লাম্মীশিংগি মখুৎতৈ চরাম্নন চাথি ; হায়রিব লাম্মীশিংহু ঐখোয়দ য়াংরৈ ফি-লিপ্পাইসিদ ; ঙাস অয়ুক মখোয়হু চেনখ্রে, চৎখ্রে ; অদুগ মখোয়হুগি মহুৎত ময়াংকাক, লঙজা, উমাইবীশিংন ঐ-খোঁয় কোকথক্ত পাইরবে, লুরাক্লনা য়েংথহুন ঐখোয়ব অনাব মচিঞ্জাক ওইরবগুম ; মখোয় মমিহুদ মাল্লি অশিবগি থক্থন ঐখোয়' তেঙ্গোল মথক্ত, ভূত ওইন চৎখ্রগে হায়-বগি শেমশারবগুম।

মে— মহুম্ন থাজবিরুম্ম।

কে— ঐস্নু মহু মঁচেং ওইন থাজবজাংনি ; মরমদি—ঐগি থৌনা তগৎ তগৎ তেকই, ইবুকস্নু লেপ্পবনি খুদোংথীব পূম্ব লেংদন খেংননব।

ক্রু- অহুম্ন তৌরো লুসিলিয়স।

কে— ছুজিক, পুকচেল খ্বাইদৈ চাউরব ব্রুটস, লাইশিংহু ঙসিদি ঐখোয়গি মরূপ ওইন উই, মহুদি শাস্তি পাম্ব ঐখোয়বু পুন্সি তোলোইন পালহন্নিংই অহুবু তাইবংমীগি থোদোক-শিংনদি অরেপ্প নাইদবনিন, ঐখোয় খন্নসি থোক্লব য়াব খুদোংথীব পূন্নমক য়াওন। লানফমসিদ ঐখোয়ন করিগুম্ব মাইথীব থোক্লবদি, মসিন ইকোন কোনব মতম ওইরনি ঐখোয়ন পূন্ন ন্নারী শাদোব অহু ওইরবদি নং করি তোগে হায়ন লেপ্পে ?

ব্রু— মিৎয়েংলোন অহুগি নিয়ম মতুং ইন্নমু,—

মহুন ঐন কেটোবু মথন্দ শিজখিবৈ মরাল পীথিব।— ঐ থঙদে কমদোদগে হায়ব, অহুবু ঐন থেংনবদি মসি পাংদব অচোপ্পগি মতৌনি পুন্সিগি থোঙচৎ থিংবদি তুংদ করি থোক্লদগে হায়ব কিবগিদমক ;— অখাংকনবন ইশাগি খুৎলাই ওইজহুন তাইবংসিদ ঐখোয়বু ঙাকইব মতীক লৈব অন্নাংবশিংগি নোংদম ঙাইবা।

কে— অহুদি, ঐখোয়ন করিগুম্ব লানসিদ মাইথীবন্নবদি নং য়ারেনে রোমগি লম্বীদ ফাহন পুন্দুন পুবহু ?

ব্রু— নত্তে, কেসিয়স, নত্তে; মহু খল্লুমু—পুকচেল চাউরব রোমান, ব্রুটসপু করিগুম্বদ পুন্নগ রোমদ পুনি হায়বদি ; মঙোন্দ মহুদৈ হেন্ন চাউব পুকচেল চেন্নি। অহুব ঙসিসিন লোই-শিনব তারবদি থবক অদো মার্চকি থান্নাইন হৌথিব ; ঐ থঙদে ঐখোয় অমুক পূন্ন উন্নথিদ্রা উন্নররোইদ্রা। মরম

অহুন লোয়ব নাইদব বিদায়হু তৌনসি ; মপোকসিমগি, বিদায়, কেসিয়স ! ঐখোয় অমুক করিগুম্ব উন্নব খোক্লবদি কৈনো, মোমোন নোক্লনি ; মহু নত্রগন, কৈনো, অহুদি, মথায়নসি ফরবনি।

কে— মপোকসিমগি, মপোকসিমগি বিদায়, ক্রুটস ! ঐখেয় অমুক করিগুম্ব উন্নব খোক্লবদি মোমোন নোক্লনি মহু নত্রগ, মখাক্লনসি ফববনি হায়বহু অচুম্বমক্লি।

ক্রু— কৈনো, অহুদি—চিংহুন পূরো।— ওঃ, মী অমন করিগুম্ব খঙব য়ারম্মবদি লাকত্রিভৈন মাগি পুন্সিগী অরোয়ব মতমহু! অহুবু মসিম্ন মওক্লে— হুমিৎসি নোংমদি লোইবনি, অহু-দৈদি অবোইবহু খঙননি।— লাকও চৎসি, হায় ! চৎখি)

---

৫ব মতাং

## ২ব উৎপ।

ফিলিপ্পাইগি লম্বাং, লানগি লৌবুক।

( অলারম খোংই। চঙওকই ক্রুটস অমদি মেশালা )

ক্রুটস— থৌজিল্লু, থৌজিল্লু মেশালা, থৌজিল্লু, তানশিল্লু উচেকশিংহু অতোপ্প নাকন্দ লৈব লান্মী মপৈদ। ( অহৌব অলারম ) মখোয়বু লান্দাহল্লো খুদক অসিদ; মরমদি ঐ উরে, তঙ্গানব, নীঙহন্নব মতৌ ওক্টেভিয়সকি মাইকৈদোমদ, খংইন ইল্লবদি মখোয়বু মাইথীহনব য়াবনি। থৌজিল্লো, থৌক্লো, মেশালা ; মখোয়পুম্ব কুমথহল্লো। ( চৎখি )

৫ব মতাং

## ৩ব উৎপ।

ফিলিপ্পাইগি লম্ফাং, লৌবুক্কি অতোপ্প শরুক অম।

( এলারম। চংলকই কেসিয়স অমদি টিটিনিয়স )

কেসি— আয়, য়েংউ টিটিনিয়স, য়েংউ, মীতোকচাকশিংসে চেনখ্রে; ঐ ইশামকস্থু তান্নরুই য়েরুব ওনখ্রব অমদ; ফিরালসিস্থু চেল্লম্মবনি, ঐন তানরগ পাংদবহু হাংলুরবনি, অহুগ মঙোন্দৈ লৌরকপনি।

টিটি— ওহ কেসিয়স, ব্রুটসন য়াথং পীখিবহু খর ঙনমনবনে, মহাকপুদি ওক্টেভিয়সকি মথক্ত খুদোংচাব খর ফংদোব লৈরগ্নন হরাউ হরাউ লৌখি; মাগি লান্মীশিংন লান্দাখি মাংহন তাকহন্নব; ঐখোয়গিবুন ঐন্টনীন মাইকৈশুম্বদ কোইশিনখি।

( চংলকই গিন্দারস )

পিন্দা— লাপ্প চেনবিখ্রো, ঐগি ইবুংঙো, লাপ্প চেনবিখ্রো; মার্ক ঐন্টনীন নংগি তাম্বুরদা চংখ্রে, ঐগি ইবুংঙো, চেনবিরো, মরম অহুন, পুকচেল চাউরব কেসিয়স! লাপ্প পাইবিখ্রো।

কেসি— চৌংথমসি মতৌকচান লাপ্পে। য়েংউ য়েংউ টিটিনিয়স, ঐগি তাম্বুবশিংহুরা ঐন হুজিক মৈ উরিব মফমসে?

টিটি— মান ইবুংঙো।

কেসি— টিটিনিয়স. নংন ঐবু হুংশিরবাদি, ঐগি শগোলাস নং

তোংখৎলু, শাজৈ থাহুন থোখো, আদ লৈরিব লাম্মী মপৈসি য়োম্রিব ফাওব, অতুগ সিদ অমুক হল্লকউ, ঐ থওনিওই নাক্ত লৈরিব লাম্মীশিংসি ঐখোয়গি মরূপলা য়েক্লবরা ?

টিটি— ঐ অমুক শোয়দন হঞ্জরক্কে রাখল অম পুরগ। (চৎখি)

কেসি— চৎলু পিন্দারস, কাখৎলু চীংহুমসিগি মথক্ত ঐগি মিৎসিন মহেক শেংন উত্রে; টিটিনিয়স শেপ্লৌ, অতুগ ঐওোন্দ তম্মু নংন লৌবুক্ত করি উব ? (পিন্দারস চৎখি)

ওসি মুমিংসি ঐ অহানব ওইন মুংশা হোল্লে; মতমহু অমুক হল্লক্লে, ঐন হৌখিব মফমহুদ ঐ লোইশিল্লনি; ঐগি পুন্সিসি মাগি ওমখৈহু য়ৌন চেল্লে।—ইবুংঙো করি পাউ ?

পিন্দা—(মথক্তে) ওঃ, ঐগি ইবুংঙো !

কে— করি পাউনোনে ?

পিন্দা— টিটিনিয়সপু মাইকৈ পুম্বদৈ শগোল তোংবশিংন তানরে, মহাক্ল য়াংন য়াংন থৌরি, হুজিক ফংখিদোরে খিত্ত ওায়রে —হুজিক—টিটিনিয়স—মী থরদি কুমথখ্রে— ওঃ, মহাকস্থু কুমথরে— মাবু ফাখ্রে;—তাও! মখোয়ন হরাউহুন লাউ-ন্নরে। (লাউব তায়)

কে— কুমথরকউ, অমুক য়েংউরম্মু।

ওহ, পাংদব নিপানি ঐসি, অম্বক কুইন হিংবদি, ঐগি খ্বাইদৈ ফব মরূপ্পু ইমাংমক্ত ফাখিব উব !

(চংলকই পিন্দারস)

সিদ লাও, ইবুংঙো!—

পোথিয়াদনি ঐন নংবু বন্দী ওইন ফাখিব ; মতুদ ঐন নঙোন্দ রাশকখি, নথরাই হাৎপিরোই ঐন নঙোন্দ তৌ হায়ব করিগুম্ব থবক নংন তৌদৌবনি, হুজিক লাও, নংগি রাশকু ভাকও। অছুগ নং ননিঙ তম্ব নিপা অম ওইজরো ; ফরব থাঙ অসিন, সীজাবগি মবুক থিল্লুবছনি, ঐগি পুক-সিদ থিলহল্লু। পাউথুম পীনর্ব লেপ্পনু ; সে, মখোক্তু পায়যু নং। ঐন মাইসি হেক থুমজিনবগ, হুজিক তৌরিব-সুন্ন, নং থাং'স শেন্নৌ,—সীজাব ! নংগি লমন শিংলে, নংবু হাৎখিব থাঙ অছুমক্ত।                (শিখি)

পিন্দা—অছুনদি, ঐ ইনিঙ তম্মে ; অসুন্ন থোক্লম্মোই ঐন অপাম্বছু তৌবগি ইথৌনা লৈরম্মবদি। ও:, কেসিয়স। লৈবাক-সিদৈ লাপ্ন পিন্দাবস চেনখ্রগনি, মক্ষমছুদ বোমান অমত্তন মাবু উরবোইদব।                (চৎখি)

(অমুক চংলকই টিটিনিয়স, মেশালাগ)

মেশা— মসি ওন্নবদনি টিটিনিয়স ; মবমদি ওক্টেভিয়সপু তানখায়বে অচৌব ব্রুটসকি তেঙ্গোলন্, কেসিয়সত ঐন্টনীন তৌখি-বগুম্।

টিটি— পাউ অসিন কেসিয়সপু নিংথিন মথরাই মুংভাইহন্নি।

মেশা— মাবু নংন কদায়দ থনম্বা ?

টিটি— নিঙব কায়ন লৈহৌবনে পিন্দাবসক, মাগি মনাইগ চীংছুম অসিদ।

মেশা— মহাক নত্রা লৈবাক মথক্তা হিপ্লিবসে ?

টিটি— অহিংবদৌন হিপ্প মান্দ্রে। ও', ঐগি থম্মোই।

মেশা— মাবু নত্রনে অসে ?

টি— মানি, মহাক্সি, মেশালা। অতুবু কেসিয়সতি লৈত্রে। হে তারিব নুমিং, নংগি অভাংব নশেক্তু লুপতুন অহিং ওই· হনবগুম মাগি অভাংব ঈ মরক্ত কেসিয়সকি নুমিৎ তাখ্রে— রোমগী নুমিৎ তাখ্রে! ঐখোয়গি নুমিৎ তাবে; লৈচীন লীক্লা, খুদোংথীব থিবিক লাকও: ঐখোয়গি থবক লোইরে। ঐন মাই পাক্লক্কনি হায়ব থাজদবদৈ তৌখ্রিব থবক্সি অসি।

মে— অফব মাই পাকপবু থাজদবন থবক অসি তৌখ্রিব। হে ভুক্কচরব অরানবা, থব্রাই নুংভাইতবৈ মচা, নংন কবি-গিনো উৎলিব তাইবং ব্লাখলগ চানব লীখুন্দ ওইস্নু ওই-দব পোৎশিংদো ? হে অবানবা, থীন্দন গর্ভদ চংলগ নং কৈদৌভৈদ পোক্লক্কে অফ নুংভাইন, নমাতু হাৎপ নত্তন নংবু গর্ভদ পুজরকপী !

টি— করিনো, পিন্দারস। নংবু কদায়দ লৈবগে, পিন্দারস ?

মে— মাবু থিরু; টিটিনিয়স ! ঐন চৎলগ উনকগে পুকচেল চাউ-রব ব্রুটসপু, পাউসি মাগি নাকোংদ থিংজিল্লুগে; থিং-জিল্লুগে হায়ব য়াই, মরমদি থিঙ্গাইব ভম্ব য়োৎ অমদি তেন হু তৈরবন হেন্ন পামগনি ব্রুটসকি নাকোংদ উরিব মিৎয়েংফমসিংগি পাউ তাবদগি।

টিটি— নং চৎলো, মেশালা, (চৎখি মেশালা)
মরক অসিদ ঐ পিন্দারসপু থিরম্নগে।—

কল্লিগিনো অথৌর কেসিয়স, নংন ঐবু থাদোকউরিবা? ঐবু নংগি মরূপশিংহু উম্নরুদ্রাও? মখোয়ন ঐডোন্দ পীরক্ত্রাও লানডম লৈপরেংসি ইকোক্ত, নডোন্দ পীরুনব? নংবু করিমত তাখিদ্রা মখোয়ন লাওথিবদো? ওস্থোক-পনি, নংন লান্নন লোখ্রে হিরম খুদিংমকপু। অদুবু নং লোরো, লৈ পরেংসি নডক্ত শিরো; নংগি ব্রুটসন মসিবু নডোন্দ পীরু য়াথংলকই, ঐ মাগি য়াথংহু ডাকপ তায়। ব্রুটস, অমুক্ত লাও, য়েংও ঐন কয়া লুন তৌজব কাইয়স কেসিয়সবু।—নখোয়গি নোংদম্ননি, লাইয়ামশা।— মসি রোমান অমৈ মথৌনি; কদায়; কেসিয়সকি থাড, থিরো-লাও টিটিনিয়সকি থম্মোই। (শিখি)

(অলারম। অমুক চংলকই মেশালা, লোইনহুন ব্রুটস, নহা কেটো, স্ট্রেটো, ভোলুমিনস অমদি লুসিলিয়স)

ব্রুটস—কদায়দনো কদায়দনো, মেশালা, মাগি হকচাংন তারিবদে?

মেশ— য়েংউ, আদ লৈরে; টিটিনিয়সন মনাক্ত অরাব ফোংদোক্লি।

ব্রু— টিটিনিয়সকি মম্মাইদি মথক্ত ওল্লি।

কেটো—মহাকপু হাংলম্মে।

ব্রু— , ওহ, জুলিয়স সীজার, নং হুক্কিক ফাওব নতীক লৈরি। নংগি ভূত অদো কোয়ন চংলি, অদুগ ঐখোয়গি থাডশিংবু থিংজিনহল্লি মতীক চারব ঐখোয়গি পুরুংদ।

(অনেম্ব অলারম)

কেটো—অথৌব টিটিনিয়স! য়েংউ, শিরব কেসিয়সপু মহাক্ত লানডম কোকথোন পীরমদ্রা, হায়দুন?

ব্রু — অসিগুম্ব রোমান অনীদি হুজিকস্থু হিংলিব নত্রা? রোমান-শিংদৈ ইকোন কোল্লব, য়াইফখোকো নখোয়! মসি ওই-খোক্তবনি মহুদি রোমন অমুক নখোয়গুম্ব নিপা পোক্লক-খিনি হায়বদি। মরূপশা! শিখ্রব নিপাসিদ ঐন শিংগদব মিংকি পিন হেল্লি, ঐন হুজিক শিন্থব নখোয়ন উরিবসি-দগি।—ঐ মতম কাইখোক্তনি, কেসিয়স ঐ মতম কায়গনি লাও, মরমহুন, মাগি হকচাংসি থেসোসত থাখে। মাগি অরোইব তাইবং থৌদি ঐখোয়গি লানবন্দ তৌরোই, মহুন ঐখোয়দ ব্রাইচিলহনব য়াই। লাও লুসিলিয়স; লাও নংসু নহা কেটো; ঐখোঁয় লৌবুক্ত চংলসি, লেবো অমদি—ফ্লাভিয়সন ঐখোয়গি লান্সি চথসমু;—হুজিক পুং অহুম তারে, রোমমচাশা, মুমিং তাম্রিবফাওব ঐখোয় লাইবক য়েংখিসি অমুক্ত লান চংলগ। (চৎশি)

---

৫ব মতাং

## ৪ব উৎপা।

### লানফমগি অতোপ্প মফম অমদ।

অলারম। লান শোক্লহুন চংলকই, তেঙ্গোল অনীমক্কি লাম্মী-শিংন; অহুদৈ ব্রুটস, নহা কেটো, লুসিলিয়স অমসুং অতৈ অতৈ।

ব্রু— অহুমকপু লৈবাকমচাশা, ওঃ, হুজিকস্থু মাই থাঙ্গৎতুন

কেটো—করম্ব মুকশলন তৌরোইদগে? কনা কনা ঐগ চংগনি?
ঐ লাওথোক্কে লৌবুক্ত ঐগি ইমিং; ঐ মার্কস কেটোগি মচানি, হায়! মীওৎপশিংগি য়েক্লব অম, ইরৈবাক্কিন মরূপ অম; ঐ মার্কস কেটোগি মচানি হায়!

( য়েক্লব তান্নখি )

ব্রু— অহুগ ঐন ব্রুটসনি, মার্কস ব্রুটস; ঐ, ব্রুটস ঐগি লৈবাক্কি মরূপ. ঐবু ব্রুটস ওইন খঙজু। (চৎখি, য়েক্লববু তান্নহুন,, নহা কেটোবু মীন ভমখি, মহাক তুখি)

লুসিলি—হে নহা ওইরিব; পুকচেল চাওরব কেটো নং তুরবোইরে?
কৈনো, নংন শিরিবহুম্সু টিটিনিয়সকুম নথৌনা লৈন শিবনি; নংবুস্সু ইকাইখুম্নদোবনি কেটোগি মচানিপানিন।

লান্মী ১—চেল্লো নত্রবদি নং শিরে।

লুসি—চেল্লগ শিনব কৈদৌননি?
নংন ঐবু চুমদ্রিং হাৎপ ভমদোবদ, (শেল পীরগ)
ব্রুটসপু হাৎলু, মহাক শিবদ ইকাইখুম্নব ফংউ।

লা ১— ঐথোয় তৌরোই।— লেম্মব বন্দী অমনি।

লা ২—লম থাদোকউ হায়। ঐণ্টনীদ তাকউ ব্রুটস ফারে হায়হুন।

লা ১—ঐ পাউহু তস্মুগে—জেনেরেলহু সিদ লাক্লে।

( ঐণ্টনী চংলকই )

ব্রুটস ফারে, ব্রুটস ফারে, ঐগি ইবুংঙো।

ঐণ্টনী—মহাক কদায়দ লৈ?

লুসি— য়াইকরি, ঐন্টনী ; ব্রুটস য়াইফন লৈরি। ঐ খোনা কন নত্তোন্দ হায়ব ওস্নি, য়েক্লব কনানম্তু পুকচেল চাউরব ব্রুটসপু হিংন ফাব থক ওস্মোই, লাইয়াম্ম মাবু কনবিসম্তু অদুম্ব অচৌব অচোপ্পদগি নখোয়ন করিগুম্ব থেংনব খোক্লবম্তু হিংন নত্রগ শিন মহাকপু থেংননি ব্রুটস ওইন, মহাকনক মাম।

ঐন্টনী—মসি ব্রুটস নত্তে, মরূপ, অদুবু ঐন অরেপ্প ওইন হায়ব ওস্মী মনাদি অমনি মমন্দ তাদব ; নিপাসিবু থম্মু য়ৈথায় থিঙ্গায়দন, খোজান পুম্ব পীয়ু। অমুম্ব নিপাসিগ য়েক্লদো শরুক ঐ মরূপ ওইনিংই। চংলু য়েংউ, ব্রুটস হিংলিব্রা নত্রগ শিরব্রা, অদুগ ঐখোয়দ পাউ পীরো ওক্টেভিয়সকি তাম্মুরদ, করম হায়ন করি খোকথিব হায়বত্তু॥ (চংখি)

---

৫ব মতাং

## ৫ব উৎপ।

### লানফমগি অত্তোপ্প মফম অমদ।

(চংলকই ব্রুটস, দার্দেনিয়স, ক্লাইটস ষ্ট্রাটো অমদি ভোলুমনিয়স)

ব্রু— লাও, মরূপ ময়ামদৈ লেমহৌব তোল্লব, পোথারো মুংপাক-'সিদ।

ক্লাই— ষ্টেটিলিয়সন উথি মৈরা মভাল ; অদুবু ইবুংভো, মহাক হল্লকত্রে ; মহাকপু ফাথিব নত্রগ হাৎথিব তারে।

ক্র— ক্ষমথৌনে ক্লাইটস, হাংপ হায়বত্থনি বাহৈদি মহ্ থবক অমনি হুজিক পাম্নরকইব। তাও ক্লাইটস।

( মঙোন্দ লোম্ন মুরুম মুরুম )

ক্ল— করিবো, ঐন, ইবুংঙো? কদায়দৈ তাইবংপুম্ব পীগে হাম্নরবসু ঙমক্করোই।

দা— ঐবু অসুম্ব থবক তৌসিরাও?

ক্ল— ও, দার্দেনিয়স!

দা— ও, ক্লাইটস!

ক্লা— করম্ব ফত্তব ব্লানো ক্রুটসন নঙোন্দ হায়জবদো।

দা— মাবু হাংলু হায়বগি ক্লাইটস! য়েংউ, মহাক ব্লাথন্দ লুপ্লি।

ক্লা—হুজিক্তি পুকচেল চাউরব পাত্রসি অব্রাবন থল্লে, মহুদি মসি মমিংমক্ত পাথোক্লে।

ক্রু— সিদ লাও, ফরব ভোলুমনিয়স; ব্লা অমত্তং তারো।

ভো— করি তাকপিগদব ইবুংঙো?

ক্রু— করিনো, অসিনি, ভোলুমনিয়স; সীজারগি ভূতন ঐঙোন্দ, লাকখি অহিংদ তোঙান তোঙাম্ন অনীরক্তি— সার্দিসত অমুক, হৌখিব অহিংচুদ অমুক্ত সিদ ফিলিপ্পাই লৌবুক্ত। ঐ থভিঙ, ঐগি পুংফম লাক্লে।

ভো— নত্তে, কদায়দেনো ইবুংঙো।

ক্রু— মসি শোয়দ্রবনি ঐ থভিঙ ভোলুমনিয়স। নং উরে তাইবংপানসে, ভোলুমনিয়গ, কমদৌন মসি চথরি; ঐখোয়গি য়েক্লবশিংন ঐখোয়বু, কোম তাম্ন মাইথীব শীরে।

( নেম্ন অশারম তায় )

ঐখোয় ইশান খডন চোংথজবন হেন্ন মতীক চায়, মখোয়ন লাক্লগ ইস্থয়ব ভাইদোবৈ শরুক। করব ভোলুম-নিয়স, নং খভিঙ ঐখোয়নী অহৈভে পুন্ন স্কুল কামিন্নখি; মমাংঙৈগি মুংশিনখিব অহুগিদমক ওইরবস্নু, ঐ নঙোন্দ হায়জরি, ঐগি থাঙথোকসি অমুক পায়বিয়ু ঐন মসিদ চেনসিনবদ।

ভোলু— মহু মরূপ অমন তৌগদব থরক নত্তে ইবুংঙো।

( অশাবম খোংই )

ক্লা— চেনবিরো ইবুংঙো, চেনবিরো; সিদ পম্বহুন লৈবিরম্ন।

ক্র— বিদায় নঙোন্দ, নঙোন্দ, নঙোন্দস্নু ষ্ট্রেটো, নংদি অম্নুক কুইবসি তুমহুন লৈরকই; নঙোন্দস্নু বিদায় ষ্ট্রেটো।— লৈবাকমচাশা, ঐগি থরাইসি হুজিকস্নু মুংঙাইরি মহুদি ঐগি পুন্সিদ ঐ মী অমত্ত থেংনদে ঐঙোন্দ মবুক শেং দোকপ। ঐহাক্র মিংচৎ ফংগনি, ঙসি লান্দ মাইথীবসিন ওক্টেভিয়স অমদি মার্ক এন্টনীন চোপ্প লান ঙমহুন ফংলকপ মিংচত্তগি হেন্ন। অহুন খুদকসিদ ঐখোয় কায়নরসি, মবমদি ক্রুটসকি মরৈন লোইংল্লবগুম্বনি মহাক্কি পুন্সিগি ৱারীহ; অহিংন য়ান্দুন লৈরে ঐগি মিংথক্ত; ঐগি শরূ-শিংন পোথানিংলে, পুংফমসি ফংনব ৱান নোমজরুবগি।

( অশারম। মশুংদ—চেল্লো, চেল্লো, চেল্লো!

ক্লা— চেনবিরো ইবুংঙো, চেনবিরো।

ব্রু— চৎখ্রো। ঐ ইন্নরক্কে। (চৎখি ক্লাই, দার, ভোলু)
ঐন হায়রি ষ্ট্রেটো, নং ঙাইখো নবুংঙোগি নাক্ত, নহাক নিপা অমনি মীন ইকাইখুন্নব; নংগি পুক্সিদম্ম মিংচৎ মচেৎ অম লৈ; পায়নু অহুদি, ঐগি থাঙসি, নমাইদু লৈখোকউ, ঐন মসিদ চেক্সিল্লিভেদ। নং য়ানিংব্রা ষ্ট্রেটো।

ষ্ট্রে— কদায় নখুংত্তু হান্ন পীয়ু; বিদায় ঐগি ইবুংঙো!

ব্রু— বিদায়, ফরব ষ্ট্রেটো—সীজার, হুজিক্তি চেন্নমু ঐন নংবু হাৎখিদে, অম্মুক ফব পুকচেলগি তঙখাই ফংন নিঙহুন।

(থাঙদ চংশিন্দুন শিখি)

(অলারম। ইল্লকপ, চংলকই ওক্টেভিয়স, ঐন্টনী, তেঙ্গোল; বন্দী ওইন মেশালা অমদি লুসিলিয়স।)

ওক্টে— করম্ব নিপানো মদো?

মেশা— ঐগি ইবুংঙোগি নিপানি।—ষ্ট্রেটো, নংগি নবুংঙোদি কদায়দ লৈ?

ষ্ট্রেটো— নংবু অকা অপুন্নরিবহুদৈ নাম্বোকখ্রে মেশালা লানঙম্বশিংন তোগে হায়রগ মাবু মৈ থাদো মঙায়রে, মরমদি ব্রুটসতন খুত্তম চনখি মশার, অহুগ অতে মী কনামত্তন ইকাইখুন্নব ফংলোই মহাক শিবদ।

লুসিলি—অহুনদি ব্রুটস থঙনব থিব তায়, ঐ নংবু থাগৎচরি ব্রুটস নহাক চুমহল্লে লুসিলিয়সন হায়জবহু।

ও— ব্রুটসপু সেবা তৌরম্বপুন্নমকপু ঐন মুংঙাইহনগনি। নিপা, নংগি মতনহু ঐঙোন্দ পীগেরা?

ষ্ট্রে— ফনি, মেশালান ঐবু ইবুংঙোদ থাগৎপিরবদি।

ওক্টে— মহুম তৌ করব মেশালা।

মেশা— করম লৈখিদে ঐগি ইবুংঙোহ্ ষ্ট্রেটো ?

ষ্ট্রেটো—ঐন থাঙহ্ পায়রগ মহাক্ল অহুদ চেনশিন্নকখি।

মেশা—ওক্টেভিয়স, অহুদি মাবু লৌবিরো নতুংইন্নব, মহাক্কি ইকোন কোন্ন ঐগি ইবুংঙোদ সেবা চংখিব।

ঐন্টনী—মসিন ওইরম্বনি খ্বাইদৈ পুকচেল চাউব রোমান মখোয় ময়াম মরক্তে ; শরৌশিন্নখিব পুম্নমক, মহাক্তং নত্তন তৌখিবনি, মখোয়ন অচৌব সীজারবু কল্লকপদৈ তৌবহ্, মহাক মথন্তদি, চুমজ্রিংন পুকচেল শেংন থম্মুন মীয়াম খুদিংগি ফননব রাখলদ, মখোয় মরক্ত অম ওইখি মাগি পুক্সিন্থ লেম্ন লেনখি, মাবু শাখিব পোৎচংহ্ অসুম্ন তিন্নখি মহুদি মহোশা লাইরেম্বীন হৌগৎলক্কুন হায়ব ম্লাই তাইবং পুম্বদ, "মসি ওইরম্মী নিপা অম"।

ওক্টে – মহাক্কি ধর্ম্মগি মতুংইন্ন, ঐখোয়ন মাবু শিজিন্নসি ইকাই খুম্নন অমসুং মতীকচান। পোৎলোইহুন ঐগি তাম্বুর মসুংদ মাগি মশাগি ওসি অহিং লেপ্লসন্থ, লাম্মী অমগি মতৌগুম্ন নীংখিন লুন তৌ। অহুন, লৌবুক্ত পোথারো হায়ন লাওথোক্লো ঐখোয় চৎলসি, ওসিগি লাইবক ফব খুম্বিংসি হরাউক্লনব। (চৎনখি)

